⊙ EESHEI AMAGI SUR ⊙
A NOVEL BY SARATCHANDRA NONGTHOMBA


⊙ ফোংবা—শ্রীমতি মেম্মা দেবীনা
শবং পব্লিকেশন্স, ওইনাম বাজারগীদমক ফোংবা।

⊙ অহানবা ফোংবা
আগষ্ট ১৫, ১৯৮১ ই°
নীংতম তুমীং, থবান পূর্ণিমা, থাংজ।

⊙ অহানবা থূংনমগী কপী মশীং
১৫০০

⊙ মথূম
শবং আর্টস

⊙ যেকপা
প্রিয়োকুমার

⊙ ব্লোক শাবা
নেভেলটি ফোটো এনগ্রেভিং, ইম্ফাল
অমসুং
এন, মঙ্গী সিংহ এণ্ড সন্স, ইম্ফাল।

⊙ লাইবিক অমগী মমল
লুপা ১২০০

⊙ ছাপা নম্ফম
রাজকুমার মতুমস্নানা
ইন্দস্ট্রিয়েল প্রিন্টিং ৱার্ক্স, ইম্ফালদা নম্বা

॥ * ॥ মনিপুর সরকার, ইডুকেসন ডিপার্টমেণ্টকী শেলগী মতেঙ ফংজহনা অমদি মনিপুর রাইটর্স এশোশিএশননা চে পীনবীত্বনা ফোংজবা ॥ * ॥

ঙসিদগী চহি চাম্নবোমগী মমাঙদা ওইবম্বা মৈত্রবাক্নী ৱাবী লাই-ওইখ্রবা অহল-লমনগী মফমদগী তাজবগা ইথম্মোযসিদা অঙকপা মখলগী অৱা-হুংঙাই যানববা ৱাখল অমা পোকখি। মতমতুদা ৱাবী তাবিবা ঐগী ইফমদা পোকখিবা, ফাওখিবা অৱাবা, হুংঙাইবা, অকিবা তুজুংবা মসিমক সাহিত্যগা মথেল অমা ওইনা পাবা ফংজববদি কযাদা হুংঙাইবা ফংজবা হাযনা খঞ্জখি। অহবু ঙসিদি সাহিত্যগী জগত্তা অওনবা কযা লাকলে। মতম অমগী পৃথি ফাওখিবা হোমবগী 'ওডেসি' বানভট্টগী 'কদাম্বরী'গুম্বা লাইবিক উথিদ্রে। অনৌবা যাওন লাকলে। অহম ওইনমক ঙসিগী মোডর্নিজমগী যুগসিদম্তু লাইওইখ্রবা কবি-শিংহুগা অশেংবা ফিক্সিযসকী ৱাবাশিংহুবুদি কাউথোকপা ঙমদে। মখাযগী ৱাবীহু হুংঙাই মথোযগী বন্ননাহ ফজ, বর্ণনাহ হৈ-শিংই। বখাদ লাযনা তবং মাংলংগী ভগৎ অমদা এথোহবু পুবা ঙমখ্রবা। অহুবু হংনিবা ৱাহং কযাম্তু পোকখিদবা নত্তে। হংনিংখি খুম্বা ঙমলবোই-দবা ৱাহং কযা। ৱাহংশিংহু থমলগা অচুম্বগী অশেংবা মশক অহুতং লৌবগা লাইবিক্তু থুমজিনখি। মসিনা ঐগী লাইবিকসিমা লোইবা ফাওবা ইননবগী লমজিং ওইখি।

ঐগা উপন্যাস ইতিহাসতা যুমফম ওইখিবা নত্তে। তশেংনমক মসি শেংদ শেংলবা ফিক্সিযসনি। থাযনগী ৱাবীদা থেংনখিবা "থাযনা মমাঙঙৈদা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী।" হাযনবগুম উপন্যাসসিগী মরু ওইবা উৎচনিংলিবা উদ্দেশ্য উৎপা ঙমনবগীদমক মশক মমিং নাইদবা নিংথৌ অমা, যুবরাজ অমা, মন্ত্রি ফমনাইবনচিংবা খব হাপচবি। ইতিহাসকা মরী লৈনবা নত্তে।

উপন্যাসকী প্লোটকী মতাঙদা কুপ্না থেংলুববদি ৱাবীসিদা ঐনা উৎচনিংলিবা উদ্দেশ্য উৎপা ঙমলোইদবা মরমনা মদোমদা যাম্না কম্না পূকনীং থিংজিল্লুবা তোজদনা ঐগী হাযববু ঐনা পামজবিবা ঈশৈগী মুব মতং অপাবা খুদিংগী থম্মোয থম্মোয খুদিং যৌবা ঙম্নবা হোৎনজবনি।

অ:নৌবা যুগসিগী ফেসনদা লময়োববী মতাঙ য়োজরবস্থু থাযনগী "মোইরাং থোইবী"গীশু মফজ অমা লৈবনি হাযবা ব্লাফম অমতং মাঙদা থমজ্জরগা লিদ-লিরবা ব্লারীগী ষ্টাইল অমা অনৌবা যুগকী সাহিত্য প্রেমীশিংদা লাম্নোকচনবা হোৎনজবনি। হায়নবা লৈ—সাহিত্যদা প্লোট-তমক ফজবগীশু মফম লৈ। ব্লাহৈ ব্লাতাতমক ফজবগীশু মফম লৈ। উদ্দেশ্যতগীশু মফম লৈ। ( পূন্নমক ফবদি থাইদগী ফবনি )। মসিনা ঐগী লাইবিক মচাসিমা লোইবা ফাওবা ইজনবগী লমজিংনি। ঐনা পামজবা ঈশৈগী স্থুব অমতং মওং অমা ওইনা অপাবশিংদা লাম্নোক চনিংই। মতুগী উপাই থিবকপদা লাইবিক মচাশিগী শক্তম অমা ওইথিবতনি।

প্রিন্টিংগী মতাঙদা প্রুফ ককপা যৌহৌদবদগী শোযহৈদবা মফমদা য়াওখিবা অবানবশিং অসিগীদমক ঙাকপীগনি। খূদম ওইনা অফাওবা কবিশিংগী এক্সট্রেক থবদা যাওবিবা অবানবশিং—লমায ১গী শৈরেংগী ২শুবা পবেং looe গী মহুৎতা love, forever গী মহুৎতা for ever, ৪শুবা পরেংগী nover গী মহুৎতা never, Robert Burrs গী মহুৎতা Robert Burns হায়গদবনি। লমায ৯গী শৈবেংগী ২শুবা পরেংদা Paoe গী মহুৎতা Pace; লামায ৫৬কী শৈরেংগী ২শুবা পরেংদা againse কী মহুৎতা against; লামায ৬১গী হিডিংদা "খূদোংবগী খুদোংথীবা" গী মহুৎতা "খুদোংথীবগী খুদোংথীবা" হায়গদবনি। পূম্নমকসিগী মথক্তা লাইবিকসিগী মশাদা য়াওরিবা বনানশিং করিগুম্বদা চৈতপকী মতাঙদা ময়েক ঙনদবদগী করিগুম্বা অমগা অমগা মান্নদবা য়াওখিবা পূম্নমক ঙাকপীগনি।

—শরৎচন্দ্র নোংথোম্বম।

# ঈশৈ অমগী সুর

## চীংনুংগী তাম্বা ॥ ১ ॥

*To see her is to love her*
*And love but forever*
*For Nature made her what she is*
*And never made another*

**Robert Burns**

বসন্ত ঋতুগী নুমিদাংবৃ ইবম চহিগী অহানবা কুমদম ঈনিললনা মবাং হৌ-হল্লবা শংবানববী মালেমথক মীংবী পেল্লযম নত্তনা কবি অরাংপা অমমুক লৈবিবা। মথল মথেলগী হৈনম-লৈনমতনা মযম খুদিং চন্দন থীক্লি। মালেম লৈমা মাগী পীবুকনুংদগী থোবকপা হৈবাং লৈবাংতনা ইমাগী খুযা থম্বালদা লৈশি লৈথোক্লি। পোম্বী চেক্লা লিশিং-লিশিংনা নুংশি-নুংশিনা ইমাগী গুণ শক শোল্লি। মতমসির্মক্তি নুমীংচুপ্পমা তম্বা শিম্বা শিনবাংলুবা কোবোইহনবনা মাগী নোংমগী শিম্বা লোইরহনা মশেক মঙাল শামথরকপা মতমনি। কযাদ ঈংনা চীক্লবা। কয়াদ নুংঙাইরবা। মহোশা লাইরেম্বীগী খুযা থম্বালদা আবতি কংলুবদগী পাথোবকপা হৈনম লৈনমনা লিবি-লিবিবা মালংদা তিল্লহনা পুকনীং হকচাং অনিমক্তা ঙা থেংলরে। থম্মোযম্নুং উন-রাইমুক চীকনা অঈংবা ফাওবকলে। নুমিদাং-রাইরমগী ঙঙ্ত্রানবা নোংজাবীনা ফুদোংলবা চীংমায় অসিমদি সনাগী হৈবাং লৈরাংতনা থম্না শাংকাইরবোই নীংলে।

তাঙাসিদা অথাপ্পা চীংমায়গী খোঙলগী তুংইন্না, প্লাক্লাই খুড়প থানা অমম্বা মাগা লমজেল ক্লান্নবকলিবা ঙক্লা অসিবু-কনানো র.জকুমাবনি। অথাপ্পা চীংঙুং মানঙুং কাওনা শাদাললুবনি। মফমসিগী নিংথিবা শক্তমনা মথোং কাবকপা বাজকুমাবগী থম্মোয ওক্কংখ্রমাল্লে। শগোলগী খোঙথাং তপৎবকই। মাযকৈ থুংনা লৈনা-লৈনা ক্লেংলকই। বসন্তদা শাংপা মবৌ চাউববা মথল মথেল হৈবাং লৈবাংগী লাংদা থুকুবে। থম্মোয় ঙুংওনথরে, করন্না খোঙ শাম্লোকপা ঙমগবা। রাজকুমারন্থু পাকনা মফমত্তদগী খোঙ-শাম্লোকপা ঙমখি দ্র। চীংমায থুংনা শাংলিবা হৈবাং লৈবাংলক্তা চঙ-শিল্লকলে ভপ্পা তপ্পা। খবদং চংশিল্লকলবা মতুংদা শগোলগী খোঙথাং কোক্-কোক্ লাউবতু লেপখবে। চীংমাযগী অংতেম্বা থেল অমদা লেপলতুনা মফমতুগী ঙুংশি ঙুংওল্লবা দৃশ্য খিবিক মীৎকুপতনা যেংবা হৌবকলে।

মতম অতুমক্তদা বাজকুমাবগী নাকোংদা ঙুংশিববা মিববা খোঙ্গেল অমা তাববে। কনাগুম্বা ঙুপীমচা অমগী খোঙ্গেলনি। ঙুংশিলবা সুব অতুনা চীংমায় অতুবু ইনিল নিলহনখবে। তান্ন-তান্নবা চীংলোম্নগী ঙুংশিববা সুব অতু হন্না-হন্না খোম্থাং যৈবকলে। ও। কয়াদা ঙুংশিখ্রবা মখোঙ্গেলনা। মকম অতুগী হৈনম-লৈনমগা ঈবোহনবা ঈশৈ অতুগী ঙুংশিববা সুব অতুস্তু তান্না তান্না মাল ইপোমলক্তা ঈথক হৌখি। অসিগুম্বা থম্মোয ঙুংওল্লবা খোঙ্গেল অসি তাববদা বাজকুমাব খোঙ্গেলগী খোঙ্গুল লীবকলে। খরা চঙশিল্লবা মতুংদা উবকই - চীকলবা চীংঙুং মানঙুং অতুদা মীওইবগী খুৎশেমগী মমি তাদ্রবী নীংথিববী ঙুপীমচা অমনা লাঈজ ঈপাল লাংলমতু। ওই.থাক্রুবা মতৌ অসি উবদা মমীৎ কুপখিদ্রে। খল্লকই—"ঈশিং খোং অসিদা পাকুলবা নুংপাক অসিদা ও। পাববা অচোৎপা চরৈ মচেৎ অমতংনা থাগুপ্পগে থৌরাংলিবী মাগী তাংথক নাইব্রবী হকচাং কম্লৎ ও! মনিং তমমত্রিসে! কয়াদ মীৎকী পেম্নফম ওইরবা। নত্তে! মহাক অস্রিবনে মহৌশা লাইরেম্বী হাযবতুবু? . ."

## ঈশৈ অমগী সুর

রাজকুমাবগী শগোল খোংথাং তাবদা নিংথিরবী লাইবেম্বী অত্থগী হুংশিরবা ঈশৈগী সুর লেপখাবে। নাকলদগী পুল থাংদ যেপলদুনা হোৌগৎলকই। তুংলোমদা হুন্না মুক্তং যেংথোবকই ওম্থোকপনি। নিঙোলগী ঙাওববা মীৎয়া অনীগা শযাংথক্কী নীংথিববা বাজকুমার অত্থগী মীৎয়া অমীগা করিনুংগী অম্বুক মরোৌ চাউনা অম্বুক চেৎনা কিশি কিনক্করিবা!

মাবু উকবা মীকুপতা নিঙোল ওইবী শুক্ষ্ণৎথরে। তমথীববা মঙলান অমদা ঙমলবা চীংমায অমদগী ওনথবকপগুমথবে। নাকলদা যেপলম্বা ঈশিং পুন থঙহৌদনা হুংপাকথক্তা তাবকলে। মতমতুদা শুক্ষ্ণৎলাংদা থুববী হুপীমচা অহুনা লোম্না হংজৈ মথম্মোয়নুংদ মদোম-"কনানোনে নহাকপু শুক্ষ্ণৎযাই পুবা?"

অশেংনমক নৌশিবী প্রকৃতীগী মচা অত্থগী ঙাওববা পম্মোয়নুংদা কাঙ-হুমলকোইদোবা মুত্তি অমা ওইনা থোকলুবে মহাক অহুনা। মাত্ত নত্তে থৌদোকসে, বাজকুমাব অত্থগী মক্ষমদম্বু থোকলুবে মহুমক। ঙাওরবা পাখঙগী পম্মোবদা হুংশি তীলনা চীকথবে। কবি মতৌনো মহাক মঙখিদে। চীংগী ঈযুৎলক্তগী লাইবেম্বীগী শক্তম লৌত্থনা থোবকলবী চন্দ্ররাধা? থঙদে মহাক খঙখিদে। নিঙোল ওইবী মাগী চীংজুম লাইজনা চোৎলবা অপাবা চবৈনা যোমশিল্লবা হকচাং কযাংশিংদা রাজকুমারগী ঙাওববা মীৎলৈনা থেংনই। ও। কযাগী মতীক চুং-থিবাল চাববী মুত্তিনো? --- অশেংনমক বাজ-কুমানত্থ মীৎকুপ্পা ঙমখিদান। শুক্ষ্ণৎথবে।

থুনমক বাজকুমান শগোল শয়াংথক্তগী কুমথরকলে। নিঙোল ওইবী নাক্তা অমমক খোঙদোয় হল্লকলে। মতমতু ফাওবদা কামগী তেলনা পাল্লবী নিঙোল ওইবী মহাকতী মীৎলৈ হোংবা লৈখিদ্রে। নীংথিববা রাজকুমান অদুতবু য়েংজনা মরৈরে। বাজকুমার অত্থম্বু লেপতনা চঙশিল্লকপনা নিঙোলগী মাঙদা লেপলরে। মতম অদুতদা জ্ঞান তারকই, --- ইকাযবগা লেংযননা নিঙোলগী মীৎলু লৈদ লুকুথখরে।

রাজকুমারনা হায়রকই—"ইবেম্মা ! নহাকপু কনানো ? চীক্লবা মফম অসিদা নপাং কনা য়াওদনা লাইজ ঈপাল লাংলমলিবা…থেঙজিবনে কোবৌসে ?"

হুপীমচা অহু থুনমক "ও।" হায়তুনা মথুৎ-মশা থেকলকই। ঈশিং পুন থিরকই। উববকলে—হুঙ্গায়রক্তা তাববা কাযববা ঈশিং পুনগী মচেৎশিং "ও ! পুনসু কায়খরে…করম তৌনি…ও !…" হন্বনা যেংজবকই মতোমতা অচোৎপা চবৈনা যোমলবা লমহেল্লবা নিঙোলগী হকচাং কয়াৎশিং উজবগা মদোম ইকায-হুংশি যান্ননা থুনমক মফম অদুগী তফিং তফিং চেনখরে ছ; অনকপা চীংমায অমদা তবক-তবক লেপলিবা লৌতাংশঙ অমদা মায ওন-দুনা। ইংই ! নীংথিজে ! ফজে, শুদ্ধংনিংঙাই ওইববী শাথেকনি প্রকৃতীগী মচাদুগী শাথেকতু !

বাজকুমাবনা যেংহোই তুংযান ফজববী নিঙোলগী শাথেকপু। হুঙ্গায়-বক্তা নৌরবী খুযানা তান থানা থেংবদা ঈপোম হোই হকচাং কযাৎ পুম্বা মদু উকনগা মথোৎ কাবকপা পাখঙ অদুগী থম্মোয়দা চৈনা ফাওরকই খল্লকই—"নাবমলোইজনে থোৎলবী মহাক্কী খোঙযাসে। যুবমলোইজনে তুমলবা তুমবৌ মতোন-ন… ?"

খঙহোদনা হুপীমচা অদু "অযো…ও।" হাযনা হুঙ্গযবক্তা ফমথখরে। হুংশিরবা অম্রা খোঞ্জেল অদু তাবদা পাখঙ অদু তপথবা য়াদরে। থম্মোযদা চৈনা ফাওববে। অপনবা লৈতনা থুনমক শকহেল্লবী অদুগী নাক্তা চঙ-শিনখবে। মতম অদুদা উবকই—নিঙোল ওইবী নহাক্কী থোৎলবী খুযাদা লুনৌ ফংবা মখৈ কল্লবা তুম্বৌ অমন' যুবম্বা !

মদু উবদা পাখঙ ওইবা পন্থবা য়াদে। "ও।" হাযদুনা থুনমক চঙ-শিন্দুনা কল্লবা তিংখং শৎতোকলে। তিংখংগী চৈনানা কনখিবনা "ই ! ই।…" হাযনা হায়না মমীৎ উইশিন-উইশিন খাঙজরকই। মায়থোং থেগুম শাংখবে। নিঙোল ওইবীগী থোৎলবী খুযা অদু তিংখংনা হেক শৎতোকখিবগী ঈ-না পুমঙাঙ ডাঙখবে। অমবোমদা মহাক্তি শকহেল্লবা পাখঙদুগী মমক্কা

অমুম্না লৈবসি কযাদা ইকায়জববা। মহাক অনাবা ফাওখিদরে। তন্নমক চৎলগে থৌবাংলকলে। অদুবু চৎকদবা খোঙয়ানা নেৎথবা মযাম্রবদা করম চৎকদবা? “অয়ো ও” হায়বা খোঞ্জেলগা ঈরোযননা তপনা ঙাথবকলে নিঙোলগী তঙাংলবী মাযথেং থম্বাল পাখঙগী পাকলবা মথাহুংদা।

রাজকুমারনা মহাকপু ফৈরমননা শগোল শয়াংথক্তা থাঙ্গৎলে। মতমমহুদা ইকাযথীবীদুনা হায়ররই “অথোবা। ঐ ঐদি য়াম্না কিজে নহাক্কী শগোলদা তোংবা ঐ কি···।” অসি হায়রদুনা মহাক শগোল থক্তগী কুমথগে থৌবাংল-কলম্মী।

রাজকুমারনা শকহেনবী অদুবু খামলদুনা হায়ররকই—“নত্তে। কিগনু শক হল্লবী। করতো পাযযু। ও। ঈ অসি লৎপা লৈতরে···” অসি হায়রদুনা রাজকুমারনা মশাগী কিনা মচেৎ-মচেৎ শেগাযরদুনা নৌররী থুযাদগী থোরব্রিবা অঙাঙবা ঈড় থকখিনবা চেৎনা পুনশিনবীরে।

অমুন্না পুনশিনররবা মতুংদা শগোল খুজ্জি পাযরদুনা তপ্না তপ্না চিংবা হৌরক্লে। ঙাহাক্তা মথং অনামক রাগী মচেৎ অমতা ঙাওনদে। রাজকুমারনা রহোদোক্লকই “চথযা তরবা অসি কযাদ পূকনীং চুখ্রবা। কযাদ নীংশিজথ্রবা। ও। হৈনম লৈনম চেল্লবা মালং অসিনা পূকনীং হকচাং অনীমকপু কবাগী মতমক তেকথৎহল্লবা। লৈজনিংই ঐদি মফম অসিদা। পোকচনিংই মপোক লমঙাল খুদিং প্রকৃতিগী হৈবাং লৈবাংলক্ত। অদুবু লোন্থোক্তবা শবিবা মরেম চাউররী লৈবাংশিংগী পূকনীংগী অনীং-বদি খঙলুদবনা থৌনা ফঙমদ্রবা পাখঙগী থম্মোযনি।”

শকহল্লবা পাখঙ অদুগী মরম চাউররা মরাহৈ অদু তাবদা নুপী মচা অদু মতম বুইনা লোম্থোক্তবা ওইনা লৈবা ঙমশিল্লক্তরে। শোম্থাং-ননা খুমলকই—“প্রকৃতিগী মরক্তা শাৎচরী হৈবাং লৈবাংদি মীওইবগুম নাপল ডৌবা হৈজদে। থরাযনা তরনা চংজরকপা কনাবু তরাম্না ওক-পীবনি মতম খুদিং।”

রাহৈ থরসিদং ইকায-ইকায ফোঙদোক্লম্লগা শকহেল্লবী নুপীমচা অদু শগোল শয়াংথক্তগী চোংথরদুনা চীংমায থন্না শাৎলিবা হৈরাং লৈবাংলক্তা চেনখৎখরে। মতোম্ব উবদা রাজকুমারসু তঙক-তঙক য়েংলহনা

লৈহোরে। শকুহেন্নবী অত্থুনা মফমত্থদা লৈবিবা লৌতাংশঙ অত্থু যৌরমদাইদা লেপ্লত্থুনা হন্না যেংলকই। নোংথাংগুমনা ঙাল্লবা মায়থোং অত্থু মুংশি-মুংওল মীনোক্তনা পীক্ থল্লি। মথুং হইতুনা হায়বকই— "হো শকথঙদবা শকহেনবা! মফমসিগী হৈবাং-লৈবাংবু খোংদাবীববদি লেঙবীরকউ অমুক হন্না! ঙসিদি কোবৌ ময়ুম চংখবে হন্না-হন্নো ...নবানযাইদা !" অসি হায়বন্নগা মুপী মচা অত্থু লৈত্তুনা খল্লবা উবী উনাগী খাঙপোকথোঙ হাংদোক্তুনা চঙশিনখবে। মগী লৌবা মখোঙ্গেলনা চীংমায় খুদিং হন্না-হন্না খোম্বাং য়ৈহৌই।

বাজকুমাবত্থু মতম কযামা তুমিন লেপলত্থুনা মীৎ কুপ্তনা যেংলগই। মাগী মুংশিরবা মৰাহৈ অত্থুদা মথম্মোয় লুপথ্রমাল্লে। ঙইগী তুদা বাঙ্গোই মমাই লৈত্থুনা মবানযাই যৌনবা অমম্বগা যাঙবা ত ...।

---

## তুমথবা য়াদ্রবা অহীং ॥২॥

*A boy's will is the Wind's will*
*And the thoughts of youth are long, long thoughts*

**—Longfellow**

"বাজকুমাব, ঙসিদি নহাক খুৎলাই ঔবাইদবো"। গুরু বলদেবনা রাজকুমাবদা হায়লকই। মখা তারকই—"রাজবংশদ পোক্লবদি নোংমগী খুংলাই ভাইহাক ঔবাইবা কাউবা যাদে। করে, ঙসি কদাইদা চৎলুই?"

"গুরুদেব!" বাজকুমাবনা নোল্লুকনা খুম্নকই—"ঙসিদি ঐহাক গুরুগী যাথং তুংইন্না খুৎলাই চাংযেংজরুই। নোংচুপ হাবম পাংবা চীংমাযদা শগোল তোংত্থুনা কোযজরুই। অত্থুবু লাইবক থীবনা শাগী শাথুল অমতম্ব থেংনজবক্তে। মথঙগী মুমিৎতম্ব চৎচগে নীদি।"

"করে, ঐনা তম্বীগদবা নহাক্কী অযাম্বা পারাদি ঙম্না লোইরবনি। রাজবংশদা পোক্লবদি থৌনা ফবা মুপা অমা ওইগদবনি।" মাগী গুরুনা

মথা শমথরকই— "ঙসিদগী চহি বুনগী মমাঙ, মতমদু ফাওবদা লৈমপুগা সনা মাযথোং মুংগুক মুংজানবম্নি। মচিল মনাও অহুম শুই হাযবদু মঙায, লৈবাক্কী অচৌবা মপা। মপা ঙইনি হাযবদু মঙায়, মনাইবকনদি থীবকঙৈ,—মচান-মনাও অহুমগী মীংতা নহাক নত্তুনা মথোয়গী শাগৈ লেপহৌগদবা বাজবংশগা অশেংবা ধাবা কনামতম্মু লৈত্রিবনি ঙসি ফাওবদা। মনাও ইবুঙো অতানবা, নঙবু পোকপা অথোবা নপাবুং সেনাপতা ধনবগী চহি ৪০ শুরকপা মতমদা নহাক অমা ফংজবদি মচৌল মনাও অহুম্মকনা কযাগী মতাক হবাওজখিবা।

ঙসিদি নহাক চহি কুন চঙলকপদা মঙাযববম্মু মপুংফানা শবেপ ফাবে। নহাক বুদ্ধি লৌশিং কৈ, খবদং তম্বাখিবা কাউগন্দে। ঙসিদি ঐহাক রা অমা হাযগে, নপাবুংনা নঙোন্দা আশা পুম্বা থমলি। অতুনা ঐগী খুৎতা চেৎনা শিন্নবম্মা। নপাবুংনা লৈপাক অসিগী শা-লানগী ভার পুম্বা পুনিবনি। পুন্নমক অসি নোংমদি নহাক্কী খুৎতা তাবগদবনি। অসিদা নত্তুনা লৈবাক নিংথৌগী সিংহাসনগী মপু ফাওবা নহাক্কী নফমদা শিন্নবমগদবনি। মতম পুন্নমক্তা নহাক জ্ঞান তানা থবক তৌগদবনি। ফবে, ঙসিদি মতমম্মু থেঙখবে, পোথাকুবো। ঐস্মু তুমলুবগে।" অসি হাযবমলগা মাগা গুরুহু চৎখবে।

পুন্নমক অসি খন্থ-খন্থনা বাজকুমাবম্মু ফমুংথক্তা লোংনা হীপথরক্লে। মতৌমতা হংলকই "লৈবাক্কী মপু কনানো? নিংথৌনি। লৈঙাক শাসনদি কনানা পায—মন্ত্রিনা। শা-লানদি কনানা পান্নে—সেনাপতিনা। ঐস্মু বাজবংশদা পোকপা ইপাবু সেনাপতি অথোবগী মচানি। ইপাগী খুবম কবিগী শিল্লই? লৈশং থেক্রাযবা ফংলবা ইপাবুংগী মিংচৎ মচা ঐনা কবম্মা লৈখা তাহনসিংগ?

লৈঙাক শাসনগী মবমদা অতুক হাকনা কুপ্না খঙলুদ্রবম্মু অঙাঙ ওইবগী ৱাখলনা লাম্বা ফংবা খবসিদংবুদি বাজকুমাব অসিনা খঙনববা হোৎনৈ। অচুম্বমকম্মু, অঙাংদি নীংথাদ খঙই হাযবগুম, মাগী গুরুনা খঙজবা অমদি লৈ মহুদি - অঙাঙ ওইবিবা বাজকুমাব অসিগী মথৌনাদি মপাবুংগী মিংচৎপু লৈখা তাহল্লোইদবা মচানি। শা-লান অনীমক্তা

তু-না হৈ-শিংলবা মীশকনি। পূম্নমক অসি থম্ন-থম্না অহীং তাংলো লৈনা থেঙজিল্লক্লে। থেঙলমাল্লে হাযত্থনা তুমথনবা হোৎনবকই। অত্থবু অচীকপা অহীং, উন-রুই-মুক চঁরবা বসন্ত ঋতুগী অহীং অসিনা রাজকুমারবু তত্তনা তূম্বদগী থুগাইবনে। অচীকপা অহীং অসিনা রাজকুমারগী রাখলবু শকক লীশিং থোকনা লমফাংনহল্লবে। থঙহৌ-দনা অপাইবা রাখল অমনা মাবু হোৌদোক্ল'র। অহোবা মীহুৎথোঙদগী চঙশিল্লক্লিবা থাবগী মঙালনা মাগী মাযথেঙদা লৈবনে। অইংবা থাজগী মাযথোংবু উকুরগা নীংশিংলকই শকথঙদবী তামথ্রবী মহাক অত্থবু। মতম অত্থদা চাংদমনজববই থাজগী অইংবা মাযথোংত্থগা শকাহল্লবী অত্থগী মযাথোংগা। রাজকুমারনা খল্লকই "থাজগী অইংবা মাযথোং অসিদগীদি শকথঙদবীত্থগী মাযহীং বাক্লবী মাযথোং অত্থনা যজবা মহেল্লি। অচীকপা অহীংগী থাবল ঈপোম অসিদগীদি মাগী মথোং কাবকপা হকচাংগী ঈপোমমা মহল্লি। নমজিবা হৈবাং লৈবাংগী মুংশিনবা মনমসিদগীদি মাগী শমলাংগী চেংহি মনমনা মহেল্লি। মুংশিববা তাম্নাগী মখোঙ্গেল-দগীদি মাগী মখোঙ্গেলনা মহেল্লি—পূবনিং হূবা। ও…থম্মোযত্থবী… … অসিবানে মুংশি মৈচাক হায়বত্থবু?"

মতৌ অম্মুম্না হৌখিবা থোৌদোক কযা অত্ত নোংথাংগী মতৌগুম্না রাজকুমারগী রাখলদা চিথবা লৈতনা মথং-মথং নীংশিংলক্লবা মাল্লে। মহাক কবিগুম্বদা মোমোন নোক্লকই। মহাক কবিগুম্বদা বানা থাঙই। কবিগুম্বদা থঙহৌদনা ফুক হোগৎলকই। নীশিংলকই "…থম্নাযনা তানা চঙজরকপা কনাবু ওকপীবনি মতম থুদিং…" অস্মুম্না মহাক অহীংত্থমা তুমথবা য়াবমদে। মীৎকি ককলা অমতা উইশিনবা য়াবমদে।

---

## চন্দ্রমুখী ॥ ৩॥

*Love is a calmer, Gentler joy*
*Smoth are his looks and soft his pace,*
*Her Cupid is a black guard boy,*
*That runs his link full in your face*

—Charles Sackville

লৌতাংশঙদা লৈহৌবী হুগীমচা অদুগী মমিং চন্দ্রমুখী কৌই লোয়ানালমগী মালংদা লৈকা ফন্না শাৎচবী লৈবাংনি। লৈবাং লৈশক খঙ্গেম্বস্তু লৈনমদি তাকুবা কনাগী পুকনীং হুদনীংঙাই লৈতে। মচু-মকনা ওইবা তই, মখোৎ কানকলিবা পাখঙ ভুবনম্নাগী থম্মোয়বু অহানবা উকুবমক্তদা মহি চেলহনখিবা।

চন্দ্রমুখীগী মপাদি খুঙ্গংগী অচম্বা লৌমী অমনি। চীংজিন পোইন্নুগী লৌ-শীং লোইবগা চীংগী পামদা চৎতুনা মনা মশিং থাই। পলেম মমানা নৌনা হুন্দোকপীবমলবী মাগী অমতা পোকচবী মমোমবুস্তু মানা কয়াদ লুন-চান্ন তৌজবা। মাবু খক থাবা লৈতে। চীংদা কাবে মমোমবু পুই, তমদা কুমলে মমোমগা মবোযনৈ। কুম অসিমস্তু পোইন্নু লৌবোক লোইবগা চীংগী পামদা কাতুনা মনা মশীং থাবদা কয়াদ মহয মবোং চুম্নবা। চীংমায থন্না পান অলু তিলহৌ হঙ্গাম থোইদিংনা পুমশং শংলে। থাবিবা মনা মশীংগী মখোঙ শোম্বা তাঙ্গা হেনখিগনি খন্দুনা পঙজবিবী মমোমবুস্তু চাক পোংহননবা পুবতুনা মতম খবগীদমক লৌ-তাংশঙ অসিদা লাকলিবনি।

চন্দ্রমুখীনস্তু চীংগী পামদ চৎপদা কযাদ হবাওজবা। লৌতাং-শঙগী শগাইদা কাবগা তিন থীন্দুনা উচেক-ময়া তানবদা কয়াদ

হুংঙাইজবা। চীংমাযদা কাবগা চেংহি মযান থিবদা কযাদ হৈ-শিংখিবা অহৃবগী লোক্কী লুববা চীংজুম লাইজদা মযান শুনা ফুৎলবা চেংহীনা লাইজ ঈপাল লাংজবগা মানা কযাদা পেঞ্জখিবা। ঙসিস্থু চৎনিংই চীংগী চীংমাযদা। থিনিংই চেংহী মযান! পোথানিংই লোকহুংগী ঈবাও-খোলতনা থল্লবা নূংপাক্তা। ইপাল লাংজনিংই অরাংবা চীংদোলদগী লশিং মফেলগুম রা-রা চেম্বকলিবা ঈচেলদা। কে-কু লোৎপী শান্ন-নিংই ঈশিং চাইবাগী মরুম থুপ্ন। মী চীকলবা মফম অতুদা খননীংই হুংশি মাগী রাখলবু। অহৃবু চৎকদবা খোঙনদি থাবা যাদে কমদৌনি?- নহালদি নাবা থোইনা ফাওখিদে- ইকাইজবনা। অতুবু ঙসিদি অশোকপা অতুনা পুম্নমবকপনা অনাবা ফাওবে। কযাম কুইনা লেনখিগনি অস্থুম্না। অদুগা মপানস্থু মাবু কবিমতা চৎথোক্কনু হাযনা হাযবম্মী।

অস্থুম্না চন্দ্রমুখী, ঙসিদি লৌতাংশঙগী শগাইদা ফমলগা চিন্তা তৌজবা নত্তনা কবি উপাই লৈবিবা? মতোমতা মখল মথেল রাহং কযা হংজনবই -"নহানগী শকহেনবা পাখঙ অতুবু লাকলাবোইদ্রা? মহাক অদুবু কনানো? কবিগীনো শকখঙদবা মাবু অহানবা উরুবমক্তদা ঐগী থম্মোযদা হুংশি মবাং হৌখিবা?...... মাবু উরুবা খুদকতুদা মমল যাওদনা ঐগী থম্মোয কৎথোকলুবিবা? মতম কুইনা ঐগী চীকলবা থম্মোযহুংদা পোমতুনা লৈবম্বা থম্বাল লৈশাং তমথ্রমাল্লে। ঐগী থম্মোযসিনা অম্মুক পল্লেপফম খঙদ্রিবসিবু কবিগীনো?"

অস্থুম্না মতম কযামা হৌখ্রে। লৌতাংশঙগী শগাইদা ফমলতুনা মানা লাক্কদবা মাযকৈ হেংনা খৌবাংলবা মীৎকী পেন্নফম ওইরবা শক্তম অতুবু লাকপা ঙাইবি। ঙবাংস্থু হৌথি। অতুবু মাদি লাকখিদে। মতমদি লাকখি ·হৌথি নহালগুম। চেল্লি অথাপ্পদা লোকনুংগী ঈচেলস্থু রা-রা। তাবমদাই নুমীৎনস্থু যেংলি চীংমায অপুম্বা, মাগী সনা অহিংবা মচুবু ঙমজরবা মঙালতনা তাম্না তাম্না। চীংগী হরিনস্থু খোংলি নিং-নিং অচীকপা থুগাইবতুনা। লিবি মালংবস্থু মশীৎলি অতুম্মক হুংশিবা লৈনম

পুবহুনা। পুন্নমক হান্নগী হান্নহু মঙায়। অহুবু শকহেল্লবা পাখঙ অদুত্তদি মন্নাৎলে। নুমীৎতি তাশিনখবে।

মতম অসিদা মথোৎ কাবকলিবী, নুংশি ঈপোম লাংলবী চহি তবাতত্থবতা চঙলকলিবী চন্দ্রমুখীনা থনখিবা ব্রাখলদি কনানা অমুক হন্না থাবা ঙমলুরগনি। ইনখংলকপগী নুংশি ব্রাখলবু কনানা থিংবা ঙমখিবগে? মতম অসিদা মখোযদি জগৎকী ওইবা অন্না অনা কবিস্নু ফাওদে। মখোযদা ফাওবিবা হাযববু নুংশিবগী কল্লবা চৈনা অহুতনি। কনাগী মন্না-মপাউবুস্নু মখোযনা তানিংখিদে। তানিংলিবা হাযববু নুংশিবগী ব্রাতনি।

ঙসিদি চন্দ্রমুখীগী মফমদস্নু মতমক থোকলবে। প্রকৃতিগী হৈ-লৈ, উব-রাবী মবক্তা চাউজবকলবী, তাইবংগী মীওইবা সমাজ-নাক্তগা মতম খুদিং তান্না লৈবকলবী, পূকনিংগী অমদি লৌশিংগা জ্ঞান মপূং ফাদ্রিবী নুপী মচা অসিনা মীওইবা সমাজগী ঙক্রবা ব্রাবাবুদি খক তাবা ফংখিদে। মাগী পুন্সিদা তত্তনা থেংনজরিবদি প্রকৃতিগা মপাল তাংহুনা মপুন্সি চুপ্পা হিংজবিবা উচেক ব্রায়া, শজি শঙাইগা ব্রানৌদি মবীক চুন্না খঙখি। থোৎলবা উবী অহুনা মনাক নবপা পামেলহুদা নুংশি কাইহৌবগা ব্রাবী মহাক মুন্না খঙই। মথোৎ কাবকলবী শজি অমাম অহুনা মাগী যুবতী ওইবীগী হকচাং কাংৎনা মথোৎ কাবকলবদা শজি লামচা অহুদা নুংশি-কাইহৌজবহু মানা খঙই।

মতম অমা —

নোংমা অঙনবা অযুক্তা মথোৎ কাবকলবী শকুন্তলা (মানা-থোক্সবা) কৌবী শজি অমোম অহুনা লোককী লোকমায়দা মাগী নুংশিজবনা কামদেববু ঙাইহুনা লৈরম্বা মহাকনা থেংনখি; চন্দ্রমুখীনা ঈশিংখোংদা লাইজ ঈপাল লাংবা চৎপদা। ঙাওখি শকুন্তলাহু

মাগী নুংশিজববা কামদেবনা লাকত্রবদা। তথকলবা মীৎযেং অহুনা কোয়ন-কোয়ন যেংখি লাকপবা হাযনা।... ...অহুবু কযাম কুইনা লোৎকবা মাগী কামদেবনা মাগী চান্নবীবু থাদোক্তুনা। থুনমক যৌবকখি মকম অহুদা শকুন্তলাগী কামদেবহু।

শকুন্তলাগী কামদেবহু মঙাও থীববা শক্তি লামচা অমনি। মতম খুদিং ইঙাওদা ঙাওই। নুমীৎ অহুদস্থ ঙাওনা ফৈনা লাকখি-মহাক। নুংশি রাখলতনা চিন্তা পুহুনা লৈজরবী শকুন্তলাগী মনাক যৌনবা অঙম্বা লোকমায মথক্তগী ঙাওনা ফৈনা চোংথবকখি থেল অহু তম্না। মহু উবদা পাঙ্গল শোল্লবী, মিপাই চাউজববী শকুন্তলা থংখি। অহুদগী অহুদগী শকুন্তলানা ওইনজখি মশাবীদা।

মতমদুদা চন্দ্রমুখীদি যেংখি কল্লক চাউবী অমগুম, লোন্ন থূপ্ন, উনাবক্তা। মখোয অনিগী মতৌ উবগা তুমীন তুমীন নোকখি থন্নায তানা। ইকুজবা লোইঙমখিদে। চীকলবা প্রকৃতিগী শা-উচেক, হৈ লৈ খব নত্তনা মীওইবগী শাউম ফংদ্রবা মফম অহুদা ইকাযবগ রাফমদি করিস্থ পোকলুদে। মহুমকনা ইনখৎলক্লিবী চন্দ্রমুখীস্থ শেৎলিবা চবৈ অহুমতংনা লম হেল্লবী হকচাং কযাৎ খবদংতবু বুপশিনজে। অযাম্বা শকুক্তী মালং ঈচিক থেমলি। মতৌ অস্থম লাইজ ঈপাল লাংলম্বনি ঙসাইমখৈ। হৌর্জিক্ত শকুন্তলা অমদি কামদেবগী মতৌহু উবহুনা যেংনিংমনবদগী হৌগৎলকলে মহাক। মহাক্তী মতমদুগী শক্তম দি—

থোইনা চেকশিনব দ্রবা অচোৎপা চবৈনা বোমগোম যেৎলবা, শমলং চাউপুন পুনশিল্লবা মতৌদুনি। কনাবুস্থ থৌশাক্তবা তৌদে, অদূক মানা খবদং মীপাইজবিবা হাযববু শকুন্তলা অমদি কামদেবনা খঙখিগদ্রা হাযবসিতনি। অস্থন্না উবিবৈ'অমদি মাধবী অনিনা কোয়না যেৎশিল্লবা কুঞ্জবন অদূগী মরুমদা চঙলকলে। নাশোল পীকনা ফমথবগা লোন্ন লোন্না শকুন্তলা অমদি কামদেব অনিগী নুংশি নুংঙনগী অঙকপা জগৎ অদু মীৎ লাউনা পাঙথোক্তুনা যেংলকলে। ও। কযাদ মঙাও থীরবা

কামদেবনো ? কবিগীনো মানা অমুক মচাও থীবিবনিদে ? ... ” অঙাওবা কামদেবত্নগী মথোং কাবকপগী হৌনবা নাতে হুক্তবা থবকশিংত্নু উরুবগী চন্দ্রমুখীনা মতোমতা শোঞ্জে। অমুমা অস্নুম যেং-লম্বদগী মমৈ থংদদি নোকনিংমনখ্রত্নুনা মদোম মচান থুমজিন থীক-থীক নোকচৈ। নোকন-নোকনা যেংলম্মী ফনা কুইনা - লোম্না-লোম্না উনা রক্তগী। অত্নবু মমৈথংনদি মখোয অনীগী নুংশি চাংতেংনবগী অযোবা পম্মেং, ওইথোক্ত্রবা থৌদো উবকচৈ, মহাক যেংডমখিদবে — মমীং উইশিন-উইশিন থাঙজবে। খনখি— “ও। অসিবানে জগৎ সংসারগী নুপী নুপা ওইবগী মবী হাযবদো ?” মহাক রাখলদা লপলত্নুনা ইন-জফম তান্না অমুক হল্লকখি মফম অত্নুদগী। মতম অত্নুমকতি থওইদনা থাংবা খোঙথাংগী হৌনবা, মানা ঙসাই চংশিল্লকপদা চেকশিনখিবা অত্নুনা চেকশিল্লমদবে। ফিজি ফিরদা উটাবৈ মধবীগী মশানা লৌ-শিনখবে। কুঞ্জবন অত্নু ফেং-ফেং হ ইরকলে। মত্নু উরুবদা শাকুন্তলা অমদি কামদেব ইথং থানৈ। মীংমেং তথক-তথকলকই। চন্দ্রমুখীনা ঙসাই মথৈ লেৎতুনা যেংলম্বা অত্নু উরুবদা মবাননিমক ইকায়জবনা উবী উনাবক্তা মহে-মহে মঙনখবে। পুন্নমক অত্নু ঙসিদা অমুক নো হোনমা নাংশিংলকই। নিংশিংলকই নীংশিং কল্লবা থম্মোয মাগী মহৌশা, লৌতাংশঙগী চীকলবা শগাইদা ফনত্র॥ নুংশি রাখলনা চিন্তা পুনিবী চন্দ্রমুখীগী মফমদা।

অস্নুন্না লোইদাম কযাগী মমাঙদা উখিবনি মবানিগী নুংশি নুংওল কৃমহৈত্নু। ঙসিদি শাকুন্তলা অদো ফজববী থোইবী কৌবী মচানুপী অমগী মমা ওইবা ফংজবে। মাগী মমোম অদুবু নুংশিবমক্তনা চন্দ্র-মুখীনা কেন নৌনা থোনবীখিবনি থোইবী হাযনা। মবান্নি কয়াদ নুংশিনজবা। ঙসিদি মখোয অনি মমা মচা ওইবগী সংসারদা খোঙ-দাদুনা কয়াদ নুংঙাইনা লেল্লবা। পীকলিবী থোইবীনা হৈত-হৈত অনোবা তিংথৌ মতোল থংতুনা চাবত্নু যেংবদা কয়াদ নুংঙাইবা, কযাদ নুংশিবা।

অসূম্না হাখল কয়া খন্ন-খন্না চন্দ্রমুখীনা পাখণ্ড অদুবু ভাইজরকপা কোবৌ মশীং যামথরে। হৌখি অসুম্না অসুম······ অদুবু লাকখিদরে থম্মোয়না খৌবাংলিবা মহাক্তু দদি।

---

## ঈখো লাংবা ॥৪॥

অহল ওইরবলবা সেনাপতি ধনবীর ঙসিদি মশাগী চহি ৬০ চঙশিল্লকলে। অদুবু লৈমপুগী নকনবা ঈ ওইথিবনা লৈবাক্কী হায়েল খৌদাদি চিথবা খক যাদে। মহাক্তি পোথানিংলে লৈপাক্ক থবক্তগী। মহাক মাগী অমত্তা পোকচবা মজা ইবুংঙো ভুবনস্নাগী অশাদত্তা হিংজবি অদুবু চহি কুন চংশিল্লবপদা মচাহনবিবা নবাচক ওইরিবা মচাগী গুরু দক্ষা লৌগদবদি মতম থবা মরাংলি। মহাক ঙসিস্নু মশাগী য়ুমসিদা পূমলে লৈজবা ফংজদ্রি, মহে মশিং তঙ্কবগীদমক গুরুগী নাক্তা লৈবি। থোইদোক হেল্লোকনা মযাম্বুং মহাবাজনা ধাবা লৈজদবগী মাবু মচাগুম লুনা চান্ন তৌবী। অদুনা মহাবপু লৈবাকনা রাজকুমাব হাযনা শন্না মিংগৌনজে। ভুবনস্না হাযবা মিংথৈ অসি পঙনা শীজিন্নরমদে।

সেনাপতি ধনবীবনা অনা শঙকুমলকপা ঙসিগা থানা কোরৌ শিংবুম মঙানি হাযবকলে। অদুক হাকনা কন্নমক ঙমদ্রেবস্নু অসিগুম্বা লৈপাক্কী য়ায়তোং খমতোংবা মীশক অমনা যাহিপ যাতাহনা লৈরকপসিদা মী পুন্নমক মফমদুদা অনাবা হংবা লাকনৈ, সেবা তৌরৈ। ঙমজবা হৈ-লৈ অমত্তা ওইববস্নু পুরকনৈ, মপূক পেন্নবা, হরাওনবা। গুরু বলদেব অমদি রাজকুমারস্নু সেনাপতিগী মাক্তা লৈরকপা ঙসি মরিনি পুরা যাবে। অস্নুম্না মচা মনাই ময়াম্ন কোয়না সেবা তৌরবদা ঙসিদি সেনাপতিগী হকচাং খব মুংঙাইরকপগুম উরে। হৌগৎ-কাঙথৎপা মপাল-ইপান থোকপা মলকলে।

ঙসিদি রাজগুরুগা লোয়ননা মচাগী বিদ্যাগী মরমদা অকুপ্পা য়াবী য়াওই শানজবা ঙমলে। গুরুনা হাযবদগী থঙলে মতুদি মহাক অতুক হাকনা হৈখোই শিংথোইদবদি নংলকত্রে। পুম্নমক্তা মায় পাক্লকলবা অঙাঙ ওইরিবা ভুবননি। মানগী পাবা লোইবে। শাগী চাংযেং লৌরকখি। চীংদ-মান্দ থাহনা। অহানবা চহি অতু মাগী গুরুগা লোয়ননা উমং য়ামং, অসুকপা চীঙ্গোল কযাদ কোযনা শাতানবা চৎলম্মী। ঙসিদি মদোম কোযনা থাদোক্কুনা মফম মফম কযাদ শাগী পাবা চাংযেংহনকলে। অসুমনা তুংঙাইরবা মচাগী য়ারীদা অহিং অত হৌখিরম্মী।

মথঙগী তুমিদাং য়াইরমতু গুরুগী যুমদা অমুক হন্না লক্লে। হযেং ঈচুং ঙাল্লগা অমুক যেন্দা অঙনবদা তবা চাকযোম যোমলগা চীংদ মান্দ অমুক হন্না শা তানবা চৎকনি থনবদা ওন্থোকনা থৌবাংলকলে লাক্কদবা মতমগীদমক। মহাক অতৈবু থক থল্লুবা তৌদে। শা তানবা চৎপদা লোমালমগী ফজরব দৃশ্য উকগনি, তুংশিববা হৈনম-লৈনম তারগনি। লোয়ননা উকগনি শকহেন্নবী অতু তারগনি মাগী তান্নাবু চেম জবব চীংমায থন্না খোম্থাং যৈববা ঈশৈগী সুর ... অসিতনি মানা থনজবিবা – অহিং তুংথিল অনীদা। প্রকৃতিগী খুংশেমদা চাউ-রকলবী চনুবা অতু কযাদা চমজবা কযাদ ফজবা। কযাদ মীৎকী পেন্নফম ওইবিবা। প্রকৃতিগী মচা ৎইবীগী হৌনবা মথোং কারকলবী তাংথক নাইববী হকচাংত্রদা কোকঙমদনা চুবিবা মহৌশা লাইবেম্বীগী হৈনম-লৈনমগী তুংশিববা মনম... কযাদ থোৎলবীনো মহাকতো অনৌবা উবীগী পান্দমগুম তঙেংনমক মহাক মীওইবগী জাল হৈববা খুৎশেম যাওদনা ফজববী তুপী মচানি। অতবু অন্নাবদি রাজকুমারনা থল্লকই – অহুক কুইনা লৈমিন্নবকলগা করিগীদমক্তনো মাগী মফমদা ঐনা তুংশিবগী য়াহং অমতসু হংলমদনা লাকখিবদো? অহুম ওইনমক মহাক ঐগদি কবি মবী থোকনবিবা ..? মাগী

নৌরবী থুযাদা তুমলবা তিংখংনা যুবদা থোকখিবা "অযো" খোঞ্জেলদা থম্মোয়দা চৈনা পানখিবত্থনা করিগীনো - ? অদুগা অত্নক য়ুমলবা লানফমদা মীগী মশাদগী থোবকপা অঙাঙবা ঈখেঙনা লৌখোঙ ওইনা চেল্লবদা থম্মোযদা অথূকপা ফাওখিত্রগা মাগী থেংলবী খোঙযাদগী ঈ মনিক খরদং থোবকপথু উরুবগা ঐগী থম্মোযদা মীপাইবা পোকলুবিবনা করিগীনো ? খঙলে শকখঙদ্রবী মাগী মফনদা ঐগী কনিগুম্বা মবী খনদং লৈ। মবী অহ্ কবিনো ঐ খঙদে, অদুবু মহাক্তি ঐগুম্না ঈখৌ লাংলমলোইদ্রা থক ?

অরাবা রাখল অমতং মীওইবগী থেংপতা পকহনগে হাযববদি হুংশিবগী মপাল নাইদ্রবা ঈপাক্ত খোঙ নাম্মতং থাংণবা হো। অদু ওইরবদি মতমত্থদা শোযদনা পোকলককনি লেইনাইদ্রবা অরাবা রাখল অমা।

মতম পুম্বদা অরা অনা মশক খঙহন্দনা গুরুগী নাতা শিষ্য ওইনা লৈবকলিবা বাজকুমাব অদু ওসিদি অরাবগী ঈপাক্ত ত উবরে। অদুং ওইরকলবদম্মু তুমফম খঙদে। চীকলবা থাবলগী মালেমথক্তা ফমত্থনা হুংশি মাগী রাখল খল্লি। হুংশিবা মাগী মরমচৎ – হুংশিকবনা হাল্লবনি থম্মোয় থম্মোয শকখঙনদ্রিতৈ। অম্বন্না তৌখি অহিং চূপ্পা।

---

## হুংশি খোঙফম্বা ॥৫॥

লৌতাংশঙগী শগাইদা চিন্তা পোৎশুম পুত্থনা রাখলদা লুপলবী চন্দ্রমুখীত্থ ওসিদি খোঙ থাংবা থোকলে। শকখঙদবা পাখঙত্থনা পুনবী-বম্বা ফিজেৎ থোকতোকলে। অমুক নেৎথত্থনা য়েংই, যারে—মীংখিনা নেৎথবা যারে, মহাক কযাদ হবাওজরবা ! ঈশিং খেংদা চৎলন্ধি উনকুপ্পনি

শকুন্তলা মমা মচাবু। উবীংগী হুংশি লৌনম যেংলুনি। ঈচেলগী ঈশৈ তাকনি। লাইজ ঈপাল লাংলুনি। হুংশি মাযথোং যেংলুনি। মাগী পাকলবা মথাদ মাযথোং লোৎলুনি। কযাদ হুংঙাইববা মাগী রাখল। ঙাইঙমখিদে থুনমক চন্দ্রমুখী লৌতাংশংগী শগ ইদগী কুমথগে থৌবাংলকখি।

মতমত্থমক্তদা উবকখি অথাপ্পদা হুংশিংকী মমাঙ থানা শাগোল থৌবকলিবা শকহেল্লবা পাখঙত্থ… “ও।” চন্দ্রমূখীনা মাবু উংগা কযাগী মতিক হবাওজখিবা। চাং ওনফম খদ্রেবা হুংঙাইবা অমনা মাবু নীংউবা লৈতনা মথাদ কুনথহল্লকখি। হুংশিবা মাগী মহোশা তিংখঙ তুম্বৌ মনক্তা হুংশা থিংবা মখৈ চেনশিন্নখি। চেনশিন্নখি অংবপ্পা লৈতনা ।

অমবোমদা —

অথাপ্পদা লাকলিবা রাজকুমার অহুস্থ উবব ই মথম্মোযগী চান্নবী মাবু। থুনমক হুংশিংবী মমাঙ থানা চেল্লকলিবা শাগোলগী খুজ্জি ফাখংব। মখোঙনা চেঞ্জবগা হেন্না থুবগদবোই নীংত্থনা শ্বব থিংবমখৈ চেনশিল্লকখি। হৌজিক্তি উনবে মখোয অনিমক, অত্থবু অনিংবা যাওদনা চেনশিল্লুববী চন্দ্রমুখী হৌজিক্তি ইকাযবা মতৌ উৎলকলে। কবিগীদমক, কবি হাযনবগীদমক অত্থক বানা, অত্থক যাঙনা চেল্লুবিবা খল্লকই মদোম মরু লূকনা লেপলত্থনা। হুংশা শ্ববনা থাবোম্বীদগী হোন্দোবকই ফূইন ফূইনা, খোঙবীনা লৈমাযদা তকলকই হন্ন-হন্না।

মাগী ইকাযথীবা মতৌত্থ উবদা পাখঙ ওইবা মহাকস্থ ইকাযবনা মাযথোঙ লূকথবকলে। হুংশা শ্বর ফূইনা ফূইনা হোল্লত্থনা মাগী মতৈ, য়েংলত্থনা লৈরে।

কবি মতৌনো শাবী শানৌ অনিমক ! অত্থক খৌবাংনা চেনশিন্নবকপবু মসিগীদমক্তবা ? অত্থবু লোম্বোকত্রবা মথম্মোযহুং অনিত্থদি রাহুং লীশিং লীশিংনা পীক থনখ.র। ঙাহাক্ত.গী মতূং — ফস ত ত্রবা

মথম্মোযন্নুংগী ৱাহং খবনা মখোয অনিমক লোল্লা যেংনবকপা মীৎযেং অনী মীৎচানখি! খাঙঙমখিদে মীৎলৈ অতু মবৌ লৈববা; পাউখোঙ লীশিং লোৎলবা, ৱাহং লীশিং যাওববা মতুগী পাউথুম ওইনা — মতুগী পাউথুম ওইনা শাবী শানৌ অনিমক হাযনরুবা লৈতনা অমনা অমদা চেজ্জেৎনা কোনশিন্নখবে। অনিমক্কী অশাবা শ্বব ফুইনা-যুইনা হোন্দে কনববলে। থম্মোযন্নুংগী মিহুন দং-দং হুল্লিবতু অমনা অমদা পান্নবকখি। ও কযাদ পেল্লবা। মীকুপ অতুমদি শাবী শানৌ অনীমক স্বর্গগী নন্দন কানন্দা খোঙদাবগুমখবে। জ্ঞান মাঙ-নখিরম্মী। মখোয অনিগী মত্তৌ উবদা উফে থক্তা তোংলম্বা চেক্লা অনী শাউম চাউনা প ইথোকখি। মতম অতুদা মখোয অনিমক জ্ঞান তানবকখি। অমগা অমগা খংথা থাদোকনৈ। ইকাযথীবী অতুদি খোঙবীনা লৈমায তকনা খাঙজখি। মীৎলূ লৈদ লূকন।

মতম অতুদা বাজকুমাবনা মুপী মচাতুগী নৌববী খুবাম অনিবু চেৎনা পাযশিল্লতুনা হাযবকই — "কযাদ খৌবাংলমলবা থম্মোযনো, নহাল মখে চেঙলৌ শক্তমদি উজদ। থম্মোযনদি ঈখৌলাং। অতুবু ঙসিদি উনবেদো। হাযযুনে শকহেল্লবী লেইযুম্বী তবলমউ ঙসিদি নিঙোলগী চান্ন মিংলেনবু?

মুপী মচা অদূনা মাযথোং লূবনা খুমজংবই—"ঐগী ঐগীবু…?'

"মান্নি" বাজকুমাবনা খৌবাংনা হযববই— "মিংলেন অদু তাজবগা ইংজবা ওইজবগে থম্মোযসে।"

হৌজিক্তি চন্দ্রমুখী কযাদ ইকাযজববা। তাশংনমকম্ব মুপী মচা ওইবীশিংনা মশাগী মিংবু পাখঙ ওইবশিংদা তবাই-তবাই খক হাযদোক-ঙমদে অতুবু তাক্তবদি যাবোইদৌবি কমদৌনি — ?

মাগী মতৌদু উরুবগা পাখঙ ওইবা মহাকনা অমুক্কা নোৎলদুনা হংলকই—"নিঙোলগী কোলোয মিংলেন ফাওবা লমলানবনি খন্দুনা ঐগী ইফমদা তাকপীনিংঙ্গবকো। মদু খঙজবমলবদি ঐহাক লাকচরমলোই

মফমসিদা। যবে হে ঙিক্তি চৎচবগে।" অসি হাযবত্নুনা রাজকুমাব মায ওল্লকই।

মতম অসিদা চন্দ্রমুখীনা পাখংদুবু খামলদ্নুনা হাযবকই— "অমুক্ত ঙাইবীখো। কবম্বা মতমদা অমুক্তং উনবা ফংজগদগে হান্নুনা ঙাই- জবমলিবী ঐনি। অদুবু ইকাযথাবীগী মপোক্তা পোকলুবনা ।"

পাখঙ কবম্না খোঙ থাংদোকসিবা। তন্নমক অমুক ওনশিল্লকলে অদুগা হংলকই— "অদুদি হায়বীবো নিঙোলগী কোলোয মিংলেন?"

মুপী মচাদুনা ইকাযনা খুমলকই— " ই ই চন্দ্র মুখী " "চন্দ্রমুখী চন্দ্রমুখী। " পাখঙদুনা শোঞ্জবকই। "মতম খুদিং শংপা ওইবসগুকো ঐগী কংলবা থম্মোয হঙ্গাযবক্ত চন্দ্রমুখী নহাকনা। কয়দ মুংশিগ্নবা· কযাদ ফজখ্রবা কোলোয মিংলেননো ... ও। চন্দ্রমুখী "

মুপামচা অদুনা মখা তানা অমুব হংজবকই "অদুগা অদুগা তাকপীবমলোইদ্র শকহেল্লবা নহাক্কীদি ?

"ঐগীদি" বাজকুমাবনা মোমোন নোকনা পাউখুমলকই— "বাজকুমাব ভুবনম্না··· "

"বাজকুমাব বাজকুমাব।" চন্দ্রমুখীনা মতোমতা শোঞ্জবকই। খল্লকই "কনিগীনো মিংলেন অসি তাবগা ঐগী থম্মোযদুংদা খঙ- হৌদনা তনিক-তনিকপা ফাওবকলিবদি। অদুম ওইনমক— মপোক খুদিং ঐহাকপুম্ব শাংহলবীযুনে নহাক্কী নখোঙখাদা। যেংহনবীযুনে পুন্সিগী উবী ওইনা। ওইজগেনে নহাপু ঐগী থম্মোযগী উপাল।"

বাজকুমাব। "চন্দ্রমুখী, থম্মোযগী চন্দ্র। ঙসিদগী হৌনা পাখঙগী থম্মোয, মুজা নকাদ কখোকচবগে হাযববু কবম্বা অনিংবা অম। ?"

চন্দ্র। "তাকপীবিবা অদুক ঐগী ইবাইবক ফবা অমমুক লৈজদ্রে। অদুবু কবিগুম্বা মতমদা তোল্ল-তারবী ঐবু পাকলবা ঈপাক য়াযসিদা ইদোম লাংথোকপীরমলবদি · ।"

রাজ। "অত্থবু কবম ঐনা ঙমলুগনি?"

চন্দ্র। "কোয়না শীৎপা থঙ্গোল মাগা পাংথকনবিবা পাখঙগী থম্মোয-স্নুংগী অথূপ্পা লীচৎপু কনানা খঙহৌদগবা। কবিগুম্বা মতমদা অকনবা নোংলৈ অমা লাক্তুনা হুমদোকপীখ্রবদি … তোল্লবী উবীগী চঙজফম কৈদনো?"

রাজ। "অত্থক মীস্নুংশি খঙদববু ঐদি কবম ওইকনি? নুজা ওইবী নহাক্কী থম্মোযদা শেংবীয়ু।

চন্দ্র। "তোল্লবীনা কচ্চগে খনজখ্রবা থম্মোযদি অতৈ কনা অমতদস্নু নৎতে, মাঙদ লেপলিবা নঙোন্দনি। কবিগুম্বা জগৎ অসিনা মহাপ্রলযগী মৈশা লাংলবদস্নু ঐগী রাখনদি খক হোংখ্রবোই। অত্থগা নীংজখিবা অত্থনা নুজা ওইবা ঐহাক্কীদি অবোইবা রাশক ওইজগে।"

রাজ। "নহাকনা ঐঙোন্দবুদি শবখঙনদ্রিবৈ থম্মোয লানথোক'ঙমলগা. রাজবংশদ পোক্লবা ঐনদি কবিগী লানথোবলোই থম্মোযসি। ফবে থম্মোযগী চান্নববী। ঙসি হাযবা কোবৌসিদা থম্মোয থম্মোয অনীনা অবেপ্পা মশক খঙননবা স্নুংশি রাশক পবৈ-নরুবসি, লেংদবা মানা শাক্ষি থম ।

* * * *

অসি হাযবত্থনা শাবী শানৌ অনীমক ঈশ্বরগী মাঙদ রাশকননবা লাইজ ইপাল লাংবা চৎখবে। শেংলবা চীংজুম লাইজনা শাবী-শানৌ অনীমক্কী মক্ত্রবা থম্মোয অনীমক তশেং-তশেং চামথোকলে।

চন্দ্রমুখীনা লৈবিবা লৌতাংশঙ অদুগী অরাং পাংনা খবদং চংলগা চীংতুম মচা অমদা শিবগী মন্দিব অমা লৈবি। মহৌশা লাইবেন্থীগী অশেংবা মন্দিরনি। খুংশেমগী মমি তাবা উদে। চাউব-চাউববা হৈনৌ, উযুং পান্থীতনা মশা মবেং ফন্না পাক-শন্না হৌবি। মতুনা ওইবি মন্দিব অতুগী যুম্বী, মন্দিব অতুগী যুঁমথক। চেক্কী ফুবা দলালদা লৈবা পামজদ্রবা মীওইবগী নাপল চাউববা দানবু উবদা খাঙংমদ্রতুনা শিব মুংঙনা চাউববা উপাম্বী অমগী মখোঙদা চীংলেন্না ঙাম্থোইনি।

অসিগুম্বা মফম অসিগী অবা-হুংঙ,ই খিবিকপু ধ্যান তৌতুনা ঙাকপী শেনবীবিবা ইবুঙো মাগী থুযা খাগী দর্শন ফংজনবগীদমক চহিগী অবোইবা চৈবাঙবা হুমিংশিংদি মফম অসি মীনা চীকন-চাইনবা যাদবা মখৈ লাকনৈ। অসিদ নত্তুনা নোংমাইজিং খুদিং শিবগী দর্শন তৌনবৈ। মতম অহুদদি মফম অসি অশাংবা নাবক শীংলক উমং-ব্লামং ওইবনা অকক্নবা মতমদা অকক্নবা হুমীংতা মীযাম হৌনহুনা শিবগী দর্শন তৌবা চংনবশ্মী। নাইতোম চংপা ঙমনবমদে।

শিব অসিগী অথোইবা মগুন অমদি—মাবু কনাগুম্বনা অমাং অশেং থাযদনা শোকলু পল্লুবা, মাবু ইনথুরুবা, মমাঙদা পোং অমা ফৈনা থমলুবা অসিনচিংবা তৌরুববদি মতু হেক শেংদোকলমদ্রিফাওবা মাযকৈ অতুমা

---

* হৌজিক্তি ব্লাবোইচীং মহাদেব অসিবু দর্শন তৌনবগীদমক অথাপ-অথাপ্পা মফমদগী যাত্রিকশিং লাকনবে। অথোইবা ভাগবানগী মন্দিব ওইবনা লাকলিবা যাত্রিকশিংনা পোথানবা হাযতুনা টু বিষ্ট হোমন-চিংবা কয়া সবকাবনা শাবে। লম্বী শেমলে।

অকনবা নোং-হুংশিং শীৎলক্তুনা যুম কৈ পুন্নমক থুদেকই। মী পুন্নমক লৈকম খঙহনদে। মসি ঙসি ফাওবদা শিব অসিগী অথোইবা মতিক মগুন অমা ওইনা লৈবকলি। অসিগুম্বা মতিক মগুন চাউববা শিব অসিনা ঙানাথ ইবিবা চীং অসি ৱাবোইচীং হাযনা খঙনখি।

চীক্লবা নফম অসিদা রাজকুমার অমদি চন্দ্রমুখী অনীমু অশেংবা ফিরোল শেং-চারহুনা মথৃৎতা মখল মথেল হৈবাং-লৈবাং থূজোক থন্না পুরহুনা শিবগী দর্শন তৌবা চঙলকলে। মতম চাদনা শিবগী দর্শন তৌবা লাকপা উবরদা মালংবনা শিববু মীৎকপ থোকনবা হৌদোবকলে। নাল্লবা চীংনায অত্হদা চাইবম্বা উনা-ৱানা পুমমক হুংশিংনা উ-উ শীৎলহুনা হুমদোবকলে। মীৎকুপতুমগী মহুংদা নফম অহু শীৎ নাল্লকলে।

অচকপা শিব মন্দির। মাবু ঙাক শেল্লিবা প্ররতিগী থুংশেম কযাবু যেংন-যেংন শাৰী-শানৌ অনীমক শিবগী খুযা খাদ মকোক নোন্না চঙলকলে। লৈ-গুনা শিববু যাকাযনবা হৌদোবকলে। শাৰী-শানৌ অনীমক মনাক্তগী শিন্দুর লৌহুনা অমনা অনগী ল.ইবক্তা নমনবকলে। হুরু-থুদক ৱুল্লহুনা শাৰী-শানৌ অনিমক অমতা ওইবা পূকচেলনা থম্মোযগী অনীংবা কযা ফোঙদোববলে — লোন্না কযা ফোংনা কযা

চন্দ্রমুখীনা শোনজবকই— "হে ভগবান। জগৎপু শেম্বীবিবা মপু-ও। ঙসিদি তোল্লবী ঐহাকনা নহাক্কী খুযাখাদ ইথূৎনা লাম্বা ফংজবকপা হৈবাং লৈবাং খবদং হেকচববলগা কচ্চববা নত্তনা অতৈ অমুক কচ্চবা ঙমজদবে। অহুবু নহাক্কী নফমদগী ঐনা নিজগববদি কযাদ যাম-খূবা। চিবোন ৱাহৈনা লৌনমজবমু হৈজদে। ঐনা নিজরিবদি থম্মোয়-শেংনা, মহাকপু ঐগী পুন্সিগী উপাল ওইহনবীয়ু— মপোক মপোক খুদিংদা। অসিতনি।"

রাজকুমারনমু নিজবকই— "হে প্রভু, জগৎকী মপু। ননাইনা নিজরিবা হাযববু ঐগী থম্মোয় লৈকোনদা যুগাযনা শাৎলিবী চন্দ্রমুখী

আসে মপোক-মপোক খুদিং পীনবীয়ু ইখুৎতা, শাৎহনবীয়ু লৈক ফম্না; ঐস্থ ইথম্মোয অনি লোঙদনা রাশকচরি— পুন্সি অসিদা মালেম অসিনা মচেৎ-মচেৎ কাযখ্রবা কোবৌ অসিনা কিখ্রবা মতমতফাওবদা থাদোকখ্রবেই মাবু। রাশকশিবু ননাইগী, কায়হনবীদবা পীনবীয়ুকো হে দযামধ।"

অস্থুম্না রাশক পন্দোম লোমনববা তুংদা শাবী-শানৌ অনীগী মীৎকী পিনা শিবগী খুযা থম্বাল চামথোকলে। শিবনস্থু পেনবীরহুনা শাবী-শানৌ অনীবু বব পীনবীবকলে। মখোয অনিমক খুৎতগী কুন্দো পবেং লোথৎনহুনা অমনা অনগী চকশমদা হুকনরকলে।

মতমসিদা চন্দ্রমুখীনা হাযববই —"বাজকুমাব, পুন্নমক অসি ওইহুনস্থু ঐগানি হাযবদা কনা লৈতে। তোল্লবী ঐবু পোবপাবা ইগা অসি নত্তনা হযেং কবিগুম্বা মত্তনদা তোল্ল তাব শীংদ চল্লবী মুঙ্গাযবক্কা লৈবাং-নি খন্দুনা হুন্দোকপীবম্বদি তৌর্বাগনুবো। ঙসিদগী হৌনা নিঙোলগী থরাম হকচাং পুম্বা কখোকচববনি পাখঙ নকাদ।

"চন্দ্র থম্মোযগী চন্দ্রমুখী।" অনীমক হাযনরুবা লৈতনা চেৎনা থাগেৎনজবে। থম্মোযগী অথুপ্পা কযা থম্মোয থম্মোযদা লোম্ন পাউহংনখবে

বাজকুমারনা হাযবকই —"চৎলসিনে চান্নববী প্রকৃতিগা হৈকোল লৈকোল কযাদ। চৌন্দমলুবসি মমুন ফাববা হৈবাং কযা। লৈবাংলুরসি কোকমাইদ্রবা শাঁংঙল কযা। সে, থেৎলগনে নাচোমসে নুবা নহাক্কী শমজীদ। লৈবাং নাচোম অসিগী লৈনমসে কেক্তবা ওইখ্রসনুবো মপোক লাঙোল খুদিং। চৎলসি—চৎলসি।"

অসি হায়বহুনা শাবী শানৌ অনিমক হৈকোন কয়া লৈকোন কযা ফাওনা লাকলে। চৌন্দমলবা হৈরাং কযা অমত্তা ওইনা চামিন্নবে। লৈকা অমতদা শাৎপী লৈবাং কযা লৈকা শেৎনা চিনমিন্নরকলে। মতম কযাগা লোকী নূংপাক্ত ফমহুনা মুংশি ঈশৈ তাকরে। মত্তম কয়ামা থাগী

লৈহাউ মখোঙদা ফমহ্না মুংশি ৱারি শাক্লরে। মতম কয়ামম্থ লৈহাউ লৈরেন পাম্বীগী মরুমদা পোথাক্লবে। উরীবৈ মাধবীগী মরুমদা কেকু লোৎপী শাম্নক্লরে। অম্বুম্না হোৌখিবা খঙহোদে মতমছু। হৌজিক্তি মখোয় অনীমক উরী উনাতনা যোমলবা কুঞ্জবন অমগী মথুংদা চঙমিন্নবক্লে। ও · কয়াদ পুকনীং চুখ্রব। খঙহৌদনা মালেমথক অমম্বগী প.উজেন লাকলে। শাবী শানৌ অনীমক কাযননবা যাথং লৌনবকলে। কয়াদ থম্মোয় চাকনা কাযনরগদবা পুংফমনৌ। অনীমক হন্ন-হন্না কোনশিন্নরে। উনবগী মুংঙাইবা, কাযনগনি থনবদা মীৎলু পিরাং ঈহৌনবা তাইবং মাগী লীচৎনি। হৌজিক্তি চন্দ্রমুখী মীৎলু পিবাং ঈহৌনা মশাবীবু বিদাই পীবকলে।

---

## মুংশিবগী মুংশিবা ॥৭॥

অম্বুম্না মুমীৎ কযানিনি হোৌখিবা।

ঙসিম্থ বাজকুমার চীংমায় থুংনা অযাঙবা যাঙ্গোইথক্ত তো.লহ্না শা তান্নুবদগী হল্লকলে। মতম কযামা চুপ্পা মাবু ঙাইনা ঙাইনা মুংশি ঈশৈ শক্তুনা চেংহি শম্বাল লাংলম্বী চন্দ্রমুখী লাইজ ঈপাল লাংবা লোইবকলে। নুংপাক অমগী মথক্ত অচোৎপা শমলাং ফোদোকতুনা ফমলি। তামলবা মীৎযেংনা তান্না যেংজহ্না থম্মোযগী মবুঙোবু ঙাইনা ঙাইনা ঙসাইমখৈ থোইবীবু (মানা লুনা তৌজবী শকুন্তলাগী মচা) নিঙোলগী ঈথক হোৌববা মথামুংদা চেৎনা কোল্লহ্না শাম্নবম্মী। শাক্তি মচা অত্থগী মশানা তরু-তহেল্লবা মতু অহু নিঙোলগী মোল্লবা থুবামনা হন্ন-হন্না নানবীবমক্তনা অমুক হেন্ন ফজবা মথে.ই হাপকৎলি।

অস্থুম্না মবাম্নি ঙাহাক শাম্নরবা মতুংদা চন্দ্রমুখীনা থোইবীবু মপুক লামলকপগী মতৌ উবত্তুনা মমা থিরুবা থাদোকখরে। থোইবীনা চৎখ্রবদা মমানা মাগী মতৌ যেংন-যেংনা লৈজহৌই।

মতম অসিদা রাজকুমারস্তু শাগোল শয়াংথক্তগী কুমথবক্তুনা তপ্ন-তপ্না চন্দ্রমুখীগী নাক্তা চঙশিল্লকই। মাবু উবমক্তদা চন্দ্রমুখী ফমলম্বদগী হোগৎলকই। চান্ন-মাযথোং যেংবা-য়েংনা মোমোন নোক্তুনা চেনশিল্লবকই। মখোয অনিমক হকথংননা কোনশিল্লজে।

"রাজকুমার!" চন্দ্রমুখীনা হায়রকই - "ঐনা নঙবু কয়াদ খেং-বাংনা ঙাইজবকলিবা!"

"অশেঙবনি চান্নববী। "রাজকুমারনা খুমলকই - "ঐস্নু অত্তুম্না খনথি, নহাক শোযদনা ম্বাবৌবমলগনি হায়না।"

"অত্তুবু অস্তুক থেঙল' ফাওবা কদায়দা চৎপীরুবগে? "চন্দ্রমুখীনা ওইনা চাউবী মতৌ উৎলত্তুনা হায়রকই "ঙাইখিদো ঐহাকত্তি ক্ষোবৌ-সিনা কোকতোম্দগী খজিক্তং লৈথরকখিবা মতমত্তুদগী। হৌজিক্তি কো-বৌহনবা মহাকস্তু অমুবা লোইবী চীংশাং নাপোমদা মাগী ঙাল লোৎলকলে।"

"অব্বাবনি চন্দ্রমুখী!" বাজকুমারনা খুমলকই "মরম অমতংনা থবক অনী পাংথোকপা। ও! ঙসিদি হকচাং অসি কয়াদ চোকথরবা। ঙসি অসি ঐনা ঐগী গুরুদেবগী মফমদা শারম তরেৎ কৎকনি হায়না রাশকথিরম্মী। মত্তুনা ওইহনগনি হায় ঐগী অরোইবা চাংয়েং পরিক্ষা। অত্তুগীদমক গুরুগী যাথংদগী ঙসিদি ঐহাক ইদোম লাক্তুবনি, চীংরার অসিদা শারম তরেৎ পুননবা থাউবুনাইগা লোয়নলা অযুক য়েন্দা অঙনবদগী হৌনা লোইবী চীংশাং নাপোম য়ৈনা শা ভাল্লকপনি। কোবৌসিনা মযুম চঙদ্রিঙৈগী মনুংদা ন্নহাকস্তু উনহৌদবা য়াদে। শারম তরেৎ শুদবস্তু য়াদে। অস্থুম্না ম্নানা লারুপনি। লাইবক ফবদগী উচীন নাচিম্না শারম তরেৎ শুরত্তুনা থাউবুনাইবু পুহনখগা ঐন্ন

যৌবকলিবসিনি মক্কমসিদা। চান্নরবী ঙসিদি ঐহাক ওম্বোকনা চোকথৈ, ওম্বোকনা অরাম খোৌরাংবা ক্বাওই। নহাক ঐঙোন্দা করিগুম্বা থবদং পীজবা ঙমগদ্রা ?'

"পাম্মুবা।" চন্দ্রমুখীনা মোমোন নোকনা হায়বকই "নহাকীদমক ঐনা পুন্নকলি পম্বৈগী পামদা হৌবা মমুন ক্বানা মুল্লবা উহৈ রাহৈ থবদং।" অসি হায়বত্তুনা চন্দ্রমুখীনা পোৎয়োম মচা অমা পুথোরকই। মপুক লামলবা রাজকুমারনা পোৎয়োমত্থ হাংদোকপদা উবে হাউব হাউববা উহৈ রাহৈ কয়া।

'চৌন্দনবায়ু পাম্মুবা। পম্বৌগী পামদা মুন্নকপা লাক্ফাইনি।"

"ও। কয়াদ ফজববা উহৈনো।" অসি হায়রত্তুনা রাজকুমারনা পাকলবা নুংপাক অমগী মথক্তা ফমলত্তুনা চাবা হৌবকলম্মী। অত্তুক য়ামলবা উহৈ রাহৈশিংত্থ মীৎকুপ অমগী মনুংদা তক্না চাথোকলে। চাবা লোইববা মতুংদা রাজকুমারনা মবুক নাল-নান্নত্তুনা হায়বকই — "কয়াদ হাউথ্রবা। কয়াদ পেল্লবা। ঈশিং থবদংগা পীথকুউ চান্নরবী।"

চন্দ্রমুখীনা পম্বা তৌদনা লংনা তকথোক-নাম্বোকলবা পুন অত্থদগী অইংবা অরুবা চীংগী ইফুৎতগী শোকলকপা লাইজ হৈথবকই। রাজ-কুমারনা খুবাম অনী য়াবত্তুনা মপুক পেন্না ঈশিং থকলে। ঈশিং হৈনা-হৈনা নিঙোলগী ঙাওববা শমলাং চবুন-চবুনবু লিবি শিংপা মালং মানা পাখঙগী মায়থোং তম্না হুমজিল্লকলে। মুংশিববা চেংহি মনমনা ঈথক-ঈপোম হৌবকলে। পাখঙগী থম্মোয মুংওললে। ঈশিং থকপা লেপলে, নিঙোলগী মনিং তমলবা শমলাং খুবাম থম্না পায়বকলে। মুংশিনা মনম মমলকই হম্ন-হম্ন "ও। অম্মুক মুংশিরবা চেংহিগী মনমদি ঐগী পুন্সিদা থক নমলকখিদ্রি। কয়াদ মুংশিথ্রবা। লোয়া লমগী অঙাওবা মালং — লোইবী চীংশাং নাপোম য়ৈনা শীৎলিবা মালং নঙনা হুগে খনত্রনে মুংশিরবা মনম অসি। সে, চান্নরবী! পুন-শিনবীরগেনে চৈৎনা, ঙম্না মাঙথ্রনি মুংশিরবা মনমসি। অসি হায়ত্তুনা

পাখড়গী মখূৎমকনা নিঙোলগী অঙাওবা শমসাং খোমজিন খোমজিন পুনশিনজরে। মাবু মনাক্ত ফমখহল্লে! মথাক্সুংদা চেৎনা কোনশিনবীরে। কবি খূমজনিংঙাই লৈত্রবী চন্দ্রমূখী থম্মোয়গী অপেনবা নত্তনা করিদি পাউথূম পীরুনি অশাবা থম্মোযগী কৃইরবা খর নত্তনা।

অশুম্না শাবী শানৌ অনীমক কয়াদি কুইনা চীনবান মকা লান ঙমদা লৈরুববা। কুমহৈ অসি য়েংলগ্মী ঙসাই মখৈ থোইবীহু অঙকপগা লোযননা মুংঙাই মপাল লাংলবী ঈগী ঈচেল থৃদিংদা অশাবা ঈনোৎ কাখৎলকলিবী থোইবীগী হকচাং শাউম অমদা বনহুগী অপৃংবা উবী রাবী কেং-কেং হাইনা খাঙজরকই। খঙহৌদনা রাজকুমারগী মীংয়েং মায়কৈ অদোমদা তিনখিবম্মী। নোয় পেল্লবা শক্তি অঙুবু উবমক্তদা মনাক্তগী তেন্দোং লোখৎতুনা থূনমক তেঙ্গা খোংবা হৌরকই।

রাজকুমারগী তফিং-তফিংবা মতৌহু উবদা চন্দ্রমুখীশু ঙক্না মায়কৈ অদোমদা যেংশোবকই। মতমতুদা উবকই—কবি উপাই লৈজত্রবী থোইবীনা তথক-তথকপা মীৎযেংগা লোয়ননা চেনফম খঙদহুনা লৈবম্বহু। মহুবু উরুবা খুদক্তুদা চন্দ্রমুখীনা রাজকুমারগী লীরুং ফাবহুনা হায়রকই "ও। নত্তে-নত্তে রাজকুমাব। মাবু হাৎকনু মাবু হাৎকনু! নঙগী তুমলবা তেজৈহু উবদা কিজবনা থোইবীসে মতু চুংলেনে মীপাইনা।"

"থোইবী!" তন্নমক অনীংবা য়াওদনা রাজকুমারনা অঙকপগা লোয়ননা লীবি হস্কিনখি। "ঐদি খঙদেদনা চান্নরবী।"

"অশেংবনি রাজকুমাব। মহাক ঐগী চান্নরবীনি। য়েংবীয়ু ঐ মাবু কৌজগে।" অসি হায়রহুনা চন্দ্রমুখীনা তপ্ন-তপ্না শক্তি অহুগী মনাক্তা চঙশিনখরে। মতমহু কাওবা থোইবীদি ইঙক-ঙকনা য়েংহুনা লৈবে। চন্দ্রমুখীনা চঙশিন্দুনা মাগী ঙকশমদা কোন্নুরে। লাইবক্তা মুংশিনা চুশচরে। অহুগা হায়রকই—"নঙ করিগী কিরিবনোনে থোইবী! শকহেন্নবা পাখঙসে মাম্ন নঙগী চান্নবনি। কিগনু-কিগনু!"

অসিগা লোয়ননা শক্তি অতুবু শুপকোন কোনশিন্দুনা রাজকুমারগী মনাক্তা পুশিল্লকলে ! রাজকুমার কয়াদ ওকথ্রবা ! নোকলহনা ফজরবা শক্তিহুবু শীৎ-শীৎ নাল্লকই। হায়রকই – "কয়াদ নুংশিখ্রবা শক্তি মচানো ! মসিবু মীওইবনা করিগীদমক শিকায় তৌবিবা ! ও, মানা ভথক-লিবসিবো করিগীনোনে চ'ন্নরবী ! মাগী কোয়রাওনববী মীৎস্না অন্নীসে… ?"

চন্দ্রমুখীনা থীক-থীক নোকলকই। হায়রকই - "ইকলুম চা'বা ! থোইবীগী মমা শকুন্তলানা মচাবু কৌবি উবগী বনসিদা।"

"কদায় – ? রাজকুমারনা অমুক্তা হেন্না ইকলহনা হংলকই। নওঁনা করম খঙলিবা ?"

চন্দ্রমুখীনা উবীরৈ মাধবীতনা যোমশিল্লবা কুঞ্জবন অমা তন্না খুদোম্বীনা থিল্লহনা নোকলি। রাজকুমারনা চন্দ্রমুখীগী মতম্বাক্তা ভাথরহনা যেংলি। উবে অ'চৌবা শক্তি অমা। ওম্বোকনা নোয পেল্লবা। চন্দ্রমুখীনা থোইবীবু কোনবা তৌকলহনা হাযবকই – "চৎলো চৎলো থোইবী মমাগী নাক্ত চৎলো।" থোইবী হবাওন' খোশাবহনা চৎখি। মমাগী নাক্ত কেনা নৌনা চঙখি। খোবোম থন্না খোমলাং থকখি। মমানা মচাবু শুংশিনা লেকপীরে।

বিশ্বজগৎ অসিদা লৈরিবা জীবশিংনা মমানা মচাগী মফমদা শুংশিবা, মচানা মমাবু শুংশিজবা বাৎসল্য প্রেম অহু ওসি মবোল থোক্ত্রবা শকুন্তলা মমা মচাগী মফমদগু ত দনা অহুম্মক ১বৈবি। অসিগুম্বা শুংভাইববা মমা মচাগী কুমমৈ অসিবু যেংজনগা বাজকুমাব অমদি চন্দ্রমুখী কযাদ পেঞ্জনবা।

রাজকুমারনা চন্দ্রমুখীগী মবেংজুমদা পায়বহনা হায়রকই – "চন্দ্র-মুখী, চান্নরবী ! মমা মচাগী প্রেম হায়বসি কয়াদ চাউখ্রবা মরীনো ? নহাক্তী…নহাক্তী হয়েং… ?"

রাহু তাবদা চন্দ্রমুখী মাযথোং লুকখি। মে.মোন নোক্তুনা খাঙজে। পূকনিংগী ঈহৌ মায়থোংদা ফোংলকলে। ঙাঙলৈনবা ঈচেলনা মায-থোংদা মমি তাবকলে। রাহংতুগী পাউথুম ওইনা চন্দ্রমুখীনা হাযবকই — "মতমতুদা ওইখিবা যাই নহাক্কী থৌজান হৈত্রবী থে.ইবীগী মপাগুম ।"

"মানা কদাযদা চৎখে ?" বাজকুমাব ঙকনা হংলকই।

"চৎখে কামদেব ( থোইবীগী মপা ) দু। কাউখ্রমাল্লে শকুন-তলাবু।" চন্দ্রমুখীনা খুমলকই। মাগী মাযকৈ যেংন-যেংনা শকুন্তলানা কপখি মতম কয়ামা খুদাং পিকম তৈনা। বুইবে উথিদবা। নোংমা থোইবীনা মমাগী গর্ভ হুংদা লৈবিঙৈ, চিঙৈনা উখি ঐনা মাবু অসিগুম্বা হুংমিদাংবাইবম অনা। অঙকপা নোংজাবীগী ফিজং মকুমদা মথোয়-অনী হবাউ মথোই কাখি। চোংন-ফগ্না। কুঞ্জবন অসি ফজখি। মীৎকী পেন্নফম ওইখি। অদুদৈ— অদুদৈ উথিদ্রে লৌনম চাউবতু ঙসি ফাওবা ।" মখা তাথবা ঙমখিদ্রে। মতুগী মতুংতা মাগী মীৎলুগী পিতনা মতুগা নখা লাথবি। বাজকুমাবনা চন্দ্রমুখীগী মীৎ-লুদগী চেন্থবকপা পিবিকশিং তপ্প-তপ্প নপথোকলি।

ঙাহাক্কী মতুংদা অঙকপা মতৌ অমা ওইরবে। শকুন্তলাতু অপুংবা উবী-উনাবক্তগী ফিংনা খংনা চেনথোবকই। মমীৎ মনা তথক-তথকই। যাকনা যাম্না যাকনা খোংলকলম্ম। চন্দ্রমুখী অমস্তুং ব জকুমাবন্সু মাযকৈ অদোমদা যেংশিনখি। ওঃ অরাবনি। মীন্নুংশি খঙত্রবা অচৌবা শাহিং চাবা পাম্বা কৈরেল অমনা হুংশিববী থোইবীবু শরাক তমথবে। থোইবীগী থোংলবা চবমদা উমলতুনা কৈরেল অতুনা অঙম্বা চীংমায তম্না চেনথংখবে। মমাগী খোমলাং থযোংনজবা নংজহৌত্রবী থোইবীগী পীকলবা চীনবান্দগী তিনবেংগা কেয়ননা খোমলাং মবি-মরি তাহৌবি। "কনবীয়ু! কনবীয়ু।" হাযরকপগুম মাগী লুরবী মীৎম্না অনীতু কুপখিদরে। অথাপ্পদগী খোঞ্জেল অমনম্মু লাউরকই— "চেকশিল্লু। চেকশিল্লু। পাম্বা কৈরেন মায়কৈ অদোম পাংখ.ব।"

থুনমক রাজকুমার তেন্দোং হাপতুনা লীরি চিংথরে। নারক অদোমদা কাপশিনখরে। অদাবনি, শারাক হৈরবা কৈরেল অদু নাথৈছুনা লোংখরে। রাজকুমারসু থুনমক শগোল থত্তা কাখৎখরে। চন্দ্রমুখীবু মথুম মায়কৈ পাংলো খৌদারকলে। রাজকুমার পাম্বা কৈরেলগী খুছং লীখবে। অঙমবা চীংমাযগা ওইবনে, শগোলগী খুনাম চেংতবে। চেনবা মঙম শামলকলে। রাজকুমারনা শাক্লে নমথা-নমথা থারকই। মীংযেংনা পামবা মাগা মীংচানকই। থোৌনা ফনবা পামবা কৈরেলনা মমীং মৈবুল থাল্লকই। অশাও শক্রম উংলকই। খোবোম থন্না উমলবা অশাবা ঈগা লোযননা চীংমায নীকনা ং-লকই। থোঙ্জলগী তাবদা শগোলগী কিনদনা কদিংনা থব থাক্তক চায। মতমসিদা রাজকুমারদি পামবা কৈরেলগী হাংননবা অঙমবা চীংমাযমক ওইতুনসু খুজিং পুম্নমা থাদোক্লনা মশা চেপ্পকনা নপশিন্দুনা লীকং তেংগা থোংনা নিশান তৌরকই। ওা অরাবনি নোংমব। চিববা তঙ্গসিদা শগোলগী থুবন চেংথিনদে লৈচাকনা বা-বা কিন্থববা চীংমাযতুনগী শগোল অত্ত কৈনা শাংথরকলে। রাজকুমার লৈমাযথক্তা উপনা তানকলে। মাংলে হৈবা পানবনা যেকনবদু শারাক তমলগে মতাংগুম শাগুপ লৈনা চোংশিল্লকই। মতমসিদা রাজকুমারদি অবেপ্পা লৈতনা চীখা তন্না খবো-খবা ওম্বরকই। থুং-তগী থুংলাই তাখবে। শারাক হৈনবা পামবা কৈরেল থুপ্ন-থুপ্না হল্লকই। হন্না-হন্না শারাক শোযরকলে। পামবা কৈরেল শাউরকলে। মমীং মৈবুল থাল্লকই। হৌক্তিক্তি রাজকুমারসু অত্তেম্বা খেল অম্না য়োরকলে। কূক হৌগংলি। পাম্বগা মীং চানৈ। কৈ অতুনা অরোইবা শাথুপতা হল্লকই। হন্দক্তী রাজকুমারগ শাগোম্নমা তুমিন্নরে। হৈতশিংদবা রাজজুমার নত্তে, মতমসিদা গুরুনা তম্বীখিবা পাবা কয়া নীংশিংলকই। অরোইবা পরীক্ষানি থল্লকই—পাম্বা কৈরেলগা পাঙ্গল খেকনবগী। পাম্বনা মথক অমুক পাংই, রাজকুমারনা অমুক পাংই।

অসুম্না অনীগী পাঙ্গল চাংয়েংনবদা পাঙ্গল মথৈদি মান্নানা উরে। অদুবু পাম্বগী খুৎলাইনা মহেন্নি। শত্থম-শত্থম ককতোকলে। অত্থম ওই-নবক হনবা লৈত্রবা রাজকুমারনা অরোইবা পাঙ্গল ফুকতোকতুনা পাম্বা কৈরেলগী মথক থংলকই। মতম চারে খন্দুনা নাকন্দগী চুরি মারকই। অদুবু অন্নাবনি। নাকলদা য়েপললবা থাঙ তাহোরে। উপাই লৈত্রে। পামবনা অমুক মথক থংলকলে। অসুম্না খুৎলাই থাওদনা রাজকুমারনা পামবগী অচেংবা য়েংলকই। মশা ডাকথোক-নবসু হেৎনবি।

মত-শিদা চন্দ্রমুখীনি - ?

মহাক মাংপ ইবগা লোখননা রাজকুমারগী মায়াক য়েংনা লৈজ-রেই। শত্রুহেদনা পামবা কৈবেলনা শারাক তমখ্ণদা থোইবীগী মথক্তা থঙত্রবা হকচাংনা তগৎ-তগৎ তেকনা চীংমাযদগী ওন্থবকপত্তু মহাক উখি চেনশিন্দুনা থোইবীবু মতমবাক্তা কোনখৎপীরে। মতমত্ত ফাওবা ইচেল লেপখিবা কুইখিন্নিবা থোইবীগী হকচাং ফোড-ফোড শাবমলি। থযোংনবা ডমজাহোন্নবা খোমলাংনা চীনবাল থক-বা পূমচোং-চোং, তুংশিনবা মাংম্না অনী উইশিনবা নংদ, নোববী থোইবীনা তাতনা লৈবত্তু উনগা মহাক নোংখোংবগুম কপলপলে। শকুন্তলানা মচাবু মনম নমূল-নমূলতুনা ভাওনা ফৈনা চৎলকলে। কায়না মৈচকনা খেকুন লাউনা খোংলকলে। চন্দ্রমুখীনা কয়ারক ভা—থেংতুনা অন্না মৈচাক থাঙলকলে।

মতমসিদা মথুংতা অথৌবা শীংজং পাযরবা অহল ওইববা হুপা অমা চঙশিন্নকই। মহাকনা মতৌঙ উববদা মথৱাই মানা হায়রকই—"ও! থোইবী শিববা! থোইবীবু তমথীববা পামবা কৈরেলতুনা শারাক তনলমলবা! পামবা কৈবেল অসিমকনা হাংখিবনি মাগী মপাবুসু।" হুপা অসিগী মমীংতগী মীংলু পিরাং শীস্বরকই। মহাক কনাসু নত্তে, চন্দ্রমুখীবু পোকপা মপা মধুমঙ্গলনি।

চন্দ্রমুখীনা কপ্পা-কপ্পা হায়রকই "ওঃ বাবা। থোইবীগী মপাবুস্ত পাম্বা কৈবেলসিমকনা হাংখিবকো। অতুগা কবিগী তাকপিদে বাবানা ঐ'ঙান্দদি মতমন্তুদা। ঐনা নোঙ্গাখ্রবা মরাযবক থীববা মাবু কযাদ ব্লাবৌনা ঙাইখিবা, মমা মচাবু হন্নমক্তা যেংবীবদে হাযতুনা।"

"হুপীমচা!" অহলতুনা হাযবকই "অসিগুম্বা মীন্নুংশি লৈত্রবা থৌদৌ অসিবু মহাক্কুম্বী মীপাই-চাউরবী অমনা কবম তাতুনা লৈবা ঙমলুগনি? অতুনা তাকখিদে মঙোন্দা। যবে হৌজিক্তি চংলসি।"

"নত্তে বাবা।" চন্দ্রমুখীনা হাযববই "যেংবীযু। মীন্নুংশি খঙদ্রবা পাম্বা অসিগা অহনবা লৈতনা মাযোকনবিবা পাখঙ অসিবু তেংবাংবীয়ু। মশাদা খূংলাযস্তু য়াওদরে।"

"করি হাযবা ইবেম্মা। খূংলায যাওদ্রবা মীওংবগা পাঙ্গল ফববা কৈবেল কৈজাওতুগা কদায-কদায-ও। বযাদ ?থেনা ফখ্রবা পাখঙনো? মাবু তেঙবাংলুদবা যাদে।" অসিগা লোযননা থুনমক অহলতুনা অথৌবা শীজং খূংপায চেংনা পাযবতুনা চাংমায অতু তম্না কাখংখবে। চন্দ্রমুখীস্তু পাম্মুবগী তেংবাংগে থন মপাবুংগী মতুং ইন্নখবে।

মতমসিদা বাজকুমাবদি — মতম কযামা পাম্বা কৈবেলগা পাঙ্গল থেকনা নম্নরুববা তুংদা তাঙ্গা ফংলতুনা হন্দক্তী পামবগী মঙক থেকলকলে। ময়া কাবাক খুল্লকলে। কল্লবা পামবোম, খূংতুম চেংনা তাশিল্লতুনা কাবাক খল্লবা পামবগী য়াম্নুংদা পামবোম মরু ফংনা নমশিল্লকলে। শাহিং থকপা থিবোং থিবিল মথৈ ফংনা মথক-মখা ওম্থোকলে। পাঙ্গল ফববা শাহিং চাবা কৈবেলতু শ্বব ফুন-গংলকলে। ময়া কোঙ্গোল পৃক-পৃক কাবকলে। তিম্থ্রাক যাংদৌ চোংবগুম ফৈনা মযাংলেন থেকলকলে। অবোইবা শাথুপতা অবোইবা শ্বরগা লোয়ননা হুল্লকই। বাজকুমারস্তু পামবগী ঙক্ত মখূং নাম্মনা চেংনা কোল্লতুনা পামবনা হুল্লে মাস্তু যাওবে, পামবনা ওল্লে

মাম্মু য়াওরে। অসুম্না মীৎকূপ থরগী মফুংদা চাউববা কৈজাও অদু মতু তুবুম নাম্ম তেক্তনা চীংমায় থক্ত লোংনা হাইথরবলে। পাম্বা কৈরেল হাংলবা তুংদা রাজকুমারনা নুংপাক অমগী মথক্তা ফমদুনা ভাই-হাক খ্বর হোন্দোকপদা মঙাযরি।

মতমসিদা চন্দ্রমুখী মপা-মচাম্মু মফম অদুদা য়োরকলে। অণাপ্প-দগী হৌনা থৌনা ফরবা রাজকুমাব অদুনা ঙসাইমথৈ তৌবকলিবা অঙকপা কূমহৈদু য়েংন-যেংনা লাকপনি। হৌজিক্তি বাজকুমাবগী অশোকপা মশাদগী শীম্বকলিবা অঙাঙবা ঈখেঙশিংদু উরবদা মীৎ-পাই চাউজববী চন্দ্রমুখী লব্বাই মশম য়ুংখবে – “ওঃ! মাঙলেদনা অসিদি! কবম তৌনি বাবা?” হায়দুনা ইকায-ইকি ব্রাংমা লান্না রাজকুমাবগী নাক্ত চেনশিল্লকই।

অহলদুনা পাখঙদুদা হংলকই -“থৌনা ফববা পাখঙ, নহাক্পু কনানো”?” বাজকুমাবনা মোমোন নোকনা খুমলকই – “বাবা, ঐহাক্তি লোইজিং লেইয়াদ কোযনা শাদানবা চৎচরুবা মীশক অমনি। ঐগী ইমিংনা বাজকুমাব ভূবনম্না।”

“ওঃ! লাইবক ফরবা বাজকুমার।” অহলদুনা হাযবকই – “অসিগুম্বা তমথীরবা কৈরেল অসিমা হাৎপীরম্বদি লোইজিং লোযা অসিগী কয়াদ মরাইবক ফথ্রবা! ঐখোয়গীদি স্বর্গ কাবনি। থৃজিল্দগী তুম শংতোকপীরম্বনি। মতম কয়ামা তমথীববা কৈরেল অসিনা চীংমায়সিদা লৈজবা মতু শোনবা জীবশিংদা নত্তনা মী-ওইববুম্ন ওৎ-নৈবীরকলি। মসিগীদমক লৈবাক্তী মপুনম্নু যেংশিন-বীদে, লোযালমনি হাযদুনা। অমরোমদা লমদম অসিদি অশেঙবা লোযালমনিদো রাজকুমার! মফমসিদা তান্না তান্না খুন্দাবিবা তবক-তবক লেল্লিবা মীওই কযা লৈমপুনা সমাজগী মবক্তগী তেংখাই তাদ্বোকপীরবা ভাক্তনি।”

অহল অছু মমীৎতগী মপি শিন্থরকই! মথুৎনা মপি তৈ-থোক-তৈথোকনা মোমোন নোকনা হায়রকই—"অহঃ কয়াদ মুংঙাইরবা হৌজিক্তী। রাজকুমাব, নহাক মুংঙাই য়াইফনা পান্নু! লৈবাক সেবা মতোল লোম্না তৌবা ওইয়ুকো। ইস। ঈ অসি য়াম্না থোকলে। যাম্না চোকথরমলগনি। ঐগী লাইর খাংপোক্তা ঙা-হাক্তুং লেঙশিনশি, য়াম্না হঙ্গোইনা থোকলগদ্রা? সেবা থরদং তৌজগে।"

বাজকুমারনা অহলত্রবু মুংশিবা মীৎয়েংনা য়েংলদুনা খুমলকই—"বাবা। নহাক্তুম্না পুকফবা বাবা অমা ঐনা ঙসি থেংনজবা ঐগী ইরাইবকসি কযাদ ফরবা। মীওইবনা মীওইবগী মফমদা কবিগী-দমক হঙ্গোইফম থোকপগে? ঐ মতু করিমতা থংজাদ। লেঙ-লসি বাবাগী খাঙপোক্তা।"

অম্তুম্না মখোয় খুদিংমক খাঙপোকশঙ তম্না মাইওনখ্রে।

---

## পন থিংনবা হোৎনবা ॥৮॥

চেন্থরকলবদা ঈচেলনা
কৈদৌরুনি অচৌবা নুংপাকনা
শীৎলকলবদা মুংশীৎনা
কৈদৌরুনি অচৌবা চীংমায়না॥

অহীং অছুগী অথেঙবদা রাজকুমায়না কনাবুসু কিবা লৈত্তনা শগোল থক্তা তোংলদুনা মযুম মায়কৈ পাংখি।

*  *  *  *  *

মসিগী মমাঙ, মানা চন্দ্রমুখীগী লাইর-খাঙপোকতা লৈরিঙৈ, মপা-মচানা মাগী অশোকপশিংছু হিদাক-লাংথক শেমদুনা কয়া'মা সেবা তৌখিবনি। চন্দ্রমুখীনা মশাগী চরৈ মচেৎ-মচেৎ শেগায়র-তুনা পুনর্বাখিবনি।

মানা খোঙশাল্লমদাই মতমছু —

থম্মোয চমজ্রবী চন্দ্রমুখীনা খাঙপোক্কী হাংনখোঙ লাক্লই রাজ-কুমারবু থিনদোকনবা খোবকই। বসন্তগী হৈনম-লৈনমনা হারবা মালেম থক, অহৈংবা থাবলগী লুপা মচু মানবা মশেক মঙাল-তনা চামথোকলে। অসিগুম্বা থাবলগী কুমহৈ উরুরবা, সিগুম্বা নুংশিরবা প্রকৃতীগী হৈনম-লৈনমবু তাক্লররা, সিগুম্বা অহৈংবা মালংগী শাউমবু ফংলুরবা, মতমসিদা মকমসিদা শাবী-শানৌ অনী চৎমিন্নববা করি পোককনি থম্মোয়দ? পাক চাউরবা আকাশ অসি নোংগী মচেৎ অমত্তা পক্তে। লৈচিল নোংক্কাই মনা অমত্তা থাংদে। থব্রান্মিচাকনা তনিক-তনিক পোমজবা, থাজনা ফুগারনা শাৎচবা, নোংইননা কোয়না পাইজবা অসি নত্তনা ওম্মোকন চীকই। খাঙপোক্কী মাঙদা হৌরিবা খাগী লৈহাউগী মপাললক্তা লীক্লা ফুরকপছু অহৈংগী মুক্ত পবেং থাদরকপগুমই। অহৈংদা থম্মোয চাকচরবী কোকিলগী কুহু খোঞ্জেলনা নিঙ্লি। মানা অমু-মূক উশা অমদগী উশা অমদা চোং-ফনবদা লীক্লানা লৈমায তম্না নীংথায়খিবছু মুক্তা থুজোক-থুজোক কিন্থরকপগুমই। চীংগী হরিনা লেপ্ত' শৈশকলি।

ওম্মোকনি। শাবী-শানৌ অনীমক্কী পূকনীং হুশি-হুংওল্লকই। মপাল নাইদ হুংশি-হুংওল্লকলে। চন্দ্রমুখীনা তপ্ন-তপ্না রাজকুমারগী নাক্ত চঙশিল্লকই। হংলকই—"নহাক চৎলগদ্রা রাজকুমার?"

"উম, চৎপা তারে।" রাজকুমারনা তেম্না খুমলকই।

"কৈদোউঙৈ অমুক লাকপীগনি? তাকপীরমউ ঐঙোন্দা।"

হন্দক্তী বাজকুমাব খব মপী অমা শাংনা হোম্বরকই— "হয়েং-মক লাকনি!" বাজকুমাবনা খুমলকই।" নৎত্রগা নৎত্রগা সুমীৎ খবনিগী তুংদ · · ·।"

"মবমদি - ?"

"মবম ?" বাজকুমাবনা খুমলকই—"ঐ হয়েংদগী পাবুংগী নাক্ত চৎলবা যাই। চৎপা থোকলবদি মহৌশাগুম নীং-ভম্বা ফংদবা য়াই।"

"নত্তে মহু নত্তে।" চন্দ্রমুখীনা হাযবকই "বাজকুমার, নহাকনা লাকত্রবদা ঐনা কনাবু যেংহুনা লৈবা ঙমহৌগনি? হৌজিকস্ম য়েংবীয়ুনে চান্নবা অসিগুম্বা থাবলনা ঈপোম হৌববা, পাকলবা মালেমথক অসিদা ঐ ইতোম্মতা কবম লৈহৌ হাযবগে ? ঐ খক লৈহৌবা ঙমলোই।" মহাক্কী তনিকলবা খো ঙল্লক্তা মীৎলুগী পিরাং ঈরোইনবকই। থোঞ্জেল নীকনা মখা ত'বকই— "নহাক ঙমগত্রা ঐবু হন্দোকলমলগা অসিগুম্বা থাবলনা ফিঙৌ ফৌববা মালেমথক অসিদা শগোল তোংহুনা চৎখিবা ?"

"মহু ঐ ঙমগনি চন্দ্রমুখী।" বাজকুমারনা লাযনা খুমদোরকই।

মাহেহু তাবদা খোযশাওনরবী চন্দ্রমুখীনা থম্মোয় শোকনা খুম-লকই—"নঙনা মহু ঙমলবস্ম ঐনদি খক ঙমলোই।" মখা তাবকই— চৎখিবা তারবস্ম হায়বীরমউ থাবলগী ঈপাক থকসিদা ঐনা নঙবু কয়াম কুইনা ঙাইরম্মুগে ?" অসি হাযবহুনা চন্দ্রমুখীনা রাজকুমারগী শগোল খুজ্জি পায়রবে। মপাল নাইত্রবা মুংশি লিচিংগী কল্লবা থৌবীবু লাযনা থদৎঙমত্রবা পাখঙহু থুনমক শগোল শায়াংথক্তগী কুমথরকলে। নুরাগী থোৎলবী মাযথোং থম্বালবু থুবাম অনীনা থাক্সৎলহুনা হায়রকই - "চান্নরবী। অবেম্বনি, পুম্নমক অরেম্বনি। মুংশি মুংওল্লকলবা থম্মোযসিনা নহাকপু করম থাদোক্তুনা চৎ-লুগনি। ঐ চৎলরোই! খক চৎলরোই।" অসি হাযরহুনা নুরাগী

মোল্লবা নঙ্গলদা হন্না হন্না নানবীরকলে। মখা তাবকই– "চৎলি থাবলগী ফিজং মরুমদা শারুরসিনে হুংশি-ব্রাবী। মধুমতী-মালিকা, উরীবৈ-মাধবীগী কুঞ্জবন্দা শান্নরুসি কেকু লোৎপী। অহীংসিমা লেল্লুবসি, হুংশি মংলেন চূপতুনা–চৎলসিনে চান্নববী।"

মখোয় অনীগী ওইথোকত্রবা ব্রাবী কযাসি ঙসাই মখৈ থূপতুনা তাবমলিবা অহঙ্গ ওইববা মধুমঙ্গলনা মাগী থুইববা মীৎলু অনীদগী পিগী ঈবা শীন্থরকলে। থূদাং পিফম তৈরা তৈথোকচরে। অত্থা তপ্না তপ্না চঙশিল্লক্কুনা হাযবকই—"নত্তে-নত্তে বাজকুমাব। নখ ন লম্বেল অত্থদা চৎখিগনু। ঐগী মীমান্নদ্রবী নূঙ্গাযবক্তা শাৎচবা চন্দ্রমুখীবু থাদোকলমউ।"

অহলহুনা মখা তাবকই "পঙলবী নুপীমচা। প্রকৃতাগী হৈ-লৈগী কূমহৈ, চীংমাযদা চেম্থবা চীংজূম লাইজগী ঈশৈ, চীংহুং মানহুংদা কোযনা চাক্তাজবী পোম্বী চেক্লাগী বুমহৈ, মনীং তম্নবী শজি-শঙাইগী যূম্বাল্লোন নত্তনা, মাওইবা সমজগী যূম্বাল মশক খঙজদ্রিবা প্রকৃতাগী মচা। যেংউ-যেংউনে নুপীমচা। মাঙদ লেপ লিবা পাখঙ অসি বাজবংশদা পোকপা বাজকুমাবনি।"

খঙহৌদনা মীৎলু অনীদগা তাবকপা পিবু তৈথোকলগা মখা অমুক্কা তাবকই—"বাজকুমাব। যোইবু যোইহেন তাললিব-ও। নহাক-না অবানবা লম্বেল অসিদা খোঙদাহুনা অমুক হন্না নশাগী লাং থাকলুবগনু। লৈমপুগী থূযাগী উফুল্লক্কী উথুল্লক্ত তোন্না-তানা শাৎচবী ঐগী পঙলবী নূঙ্গাযবক্কী চন্দ্রমুখীনি। মহাকপুম্ব থম্বীবমউ লম্বেল অত্থদগী। পাৎ-কোমদা শাৎপী লৈবাংবু অমাংবা পকই খঙন-খঙনা করম্না লৈমপুগী থূযাদ কৎলুনি? মত্থ হৌনদে। মত্থ হৌনদেনে বাজকুমাব।"

অহল অত্থ ব্রাবনা খৌগংনবক্লে। ঙাহাক তিল্লাং থযোৎন-রুববা মতূংদা ব্রানা মখা তাথবকই–"মত্থগী মহুৎতা রাজকুমাব,

মৈত্রবাক্কী চাউর-চাউববা যূবা-দলানগী নীংথিববা গমলা মুংদা লৈখাঙ শঙবা মালি কযা-কযানা কূপ্পা শেন্নবত্নুনা, মপাল মউ চাউনবা হোৎনবিবা লৈবাংলক্তগী খোযদাবা থনবীরুবনা রাজকু-মারগী যাইফবা ওইগনি। ঐগী মনীংতমবী নুঙ্গায়রক্কী লৈবাং অসিবুদি মপাগী মীৎকী পেন্নফম ওইনা ঐগী ইথুৎতা অত্নুম্মক শীন্নবীবমউ। মতম পুন্নমক্তা, রাজকুমারগী য়াইফবা ওইরসনু।

অসি হাযবমলগা মুপীমচা অত্নুবু থৃজেং পাযরত্নুনা মল্লবা লাযরবগী খাঙপোকনুংদা পুশিল্লকলে। খাঙপোক্কী থোঙ লোন-শিনখবে। মতমত্নু ফাওবা রাজকুমাবদি খোঙফম অমত্তা ফাওবা লেঙবা তৌদনা অশাবা মূর্ত্তিগুম তুমীন লেপলত্নুনা অত্নুম্মক লৈ-হৌবি। চন্দ্রমুখীস্নু থোঙগী অহোবদগী মূত্নুনা যেংথোরকই। মীৎকী অশাবা পিরাংতনা লোন্না লোন্না বিদাই পীবি।

গচ্ছ গচ্ছসি চেৎ কান্ত।
পন্থানঃ সন্তু তে শিবাঃ।
মমাপি জন্মতত্রৈব
ভূযাদ্ যত্র গতো ভবান্॥

---

## মুন্নানবা ফাবা ॥৯॥

শা তানবা হেক হল্লকলবা মতুংদগী বাজকুমারনা তৌখিব থবক পুমবা মাগী থাওবুনাই অত্নুনা কুপযেং যেংত্নুনা লৈরম্মী। রাজকুমারগী শাজৎ-লীচৎতা অওনবা অমা লাকপদগী থওইনমক

মাগী গুরুনা চিংনরক্তুনা হৈ-শিংলবা মীনায নুপা তোমালবু মাগী খাওবুনাই ওইনা বাজকুমাবগী অরোনবা শাক্সং-লমচৎ পূন্নমক ফারুনবা হাযদুনা থাবকলিবনি।

মতৌ অস্নুন্না হৈ-শিংলবা মীনায নুপা অদুনা অযুক অঙন-বদগী বাজকুমাবগী তুংইন্দুনা লাকলি। শিকাবদা ফাবকপা শা মখৈ খোমজিল্লম্মী। অস্নুম মপু-মনাই তুংথ-মাঙথ হনমীন্নবকলবা মতম অদুদা বাজকুমাবনা হাযবকই—"যাম্বা, নহাক পূন্নমক অদুগা লোযননা হান্না যৌবমল্লো। ঐদি ঙাহাক পোখাববা তুংদা তন্ন-মক যৌবকলগে।" অসি হাযদুনা লোযালমগী চীংমাযদা পোখাহৌই।

হৈ-শিংলবা মীনায নুপা অদুসু কবি খুমজবা ঙমদনা অদু-স্মক লাকলে। ঙাহাকী মতুংদা বাজবুমাব মফম খঙহৌদনা চীকমাঙনখিবা মানা উথিবম্মী। তন্ননক মহাকসু শগোল মমায লৈতুনা লোন্না থুপ্পা বাজকুমাবগী খুদুং লীবকলম্মী। উবকলম্মী খঙহৌদনা মাগী মীৎমাঙদ বাজকুমাবনা লমলক্কী 'হেল্লোই অতোম্বী-গুম শকাহল্লবী নুপীমচা অমগা চেৎনা থাগোন্ননখিবা, নুংশি-ন্নারীনখিবা, হৈবাং-চীন্দমমিন্নখিবা, লৈবাং লৈচিনমিন্নখিবা। জাৎ তাববী লোযালমগী নিঙোলনা শোকপা লাইজ থকখিবা। ...... মথঙ-মথঙ মখোযনা তৌবা পূন্বা ঙম্না যেংলম্মী। মমৈথঙদা মহাকনা পান্বা কৈবেল থেংনদুনা বাজকুমাব ওইবগী মতীকচাবা মথৌনা উৎখিবা, পূন্নমক মহাকনা কুপশেন শেন্ননদুনা লৈবম্মী। কবিগুম্বা ন্নাজকুমাবনা শোযখিগদবা লৈববদি তেঙবাংগে হাযদুনা খুৎলাই পাযদুনা ঙাইবম্মী। অদুবু থৌনা লৈনা ন্নাজকুমাবনা পান্বা কৈ-বেলবু খুৎলাই যাওদনা হাৎখিবা অদু মানা ঙমখৈ লৈতনা থা-গৎখি। অদুদগী বাজকুমাবনা চন্দ্রমুখীখোযগী লৌতাংশঙদা চৎখিবা, থাবলগী ইপোম মবক্তা মখোয অনীনা ঙাঙন-শকনখিবা খিবিক মহাকনা শীৎ-শীৎনা ঙাদুনা লৈবম্মী। মতুংদা অঙকপা থৌদৌ

অদু মাগী গুরুদা মবীক চূম্না তমলুনবা খাওবুনাই অত যাঙ্গোই শগোল হুংশীংকী মমাঙ থাখবে।

---

## পন নমখায়নবা হোৎনবা ॥:০॥

**It lies not in our power to love or hate,**
**For will in us is over rul:d by fa'e.**
**—Christopher Marlowe**

ব্রাবম পূমবা তাববা খঙলবা তুংদা গুরুদুনা খাওবুনাইদুদা হাযবকই—"ফবে নঙ যোবো। ব জকুমাব যৌবকলগনি হৌজিক।" গুরুদু শাউবনা মৈ থোকলম্মী। মহাক বাজকুমাববু খৌবাংনা ভাইদুনা লৈবম্মী।

লাবতি লাকলে বাজকুমাবদু। অংথঙবা অহাংগী অচীকপা থুগাযদুনা বাজকুমাবগী শগোল খোঙথাং কোক-কোক লাউবা তাবকলে। থুনমক বাজকুমাব থোঙ হাংদোক্কুনা ইমূদা চঙশিল্লক-লম্মী। মৈগী মৈঙালদা হুংশুক-হুংজানববা মাগী মাযথোং অদু মাগী গুরুনা উবকলম্মী। শেৎ-চাবিবা ফি-লোল, মচী-মচীদা তংলিবদুসু উবকই। গুরুনা হংলকই—"কবি তৌবে অসুক থেঙ-লকলিবদি বাজকুমার?"

"গুরুদেব" রাজকুমারনা নোল্লুকনা থুমলকই—"লমখাঙদা পাম্বা কৈবেল অমগা শাথেঙনবদগী……… "

"উম।" গুরুনা খুমলকই—"মদূমকনা অসুক থেঙবগী মরমমক্তী ওইবোইদনা তোমালদি মফমসিদা। হুমীৎ ময়ুম চঙড্রিবৈদা য়োরকই।"

তশেংবমক্তি তোমালম্ থেঙনা যৌবকপনি। অদুবু গুরুনা মাগী মবান লোৎথিবনি। মখা তারবই "গুরুগী মফমদা ওইদবা থক ঙাঙফদে। পুক্নীংদা অবোনবা ব়াফম অমতা থমফদে বাজকুমাব। গুরুনা শাউখ্রবদি মাগী শাপ অমতংনা তমজকুবা বিদ্যা পুম্বা মহয যানঙমদনা মাঙই। হায়বু বাজকুমাব নহাকনা থেঙলকলিবগী মবমদু। নহাকনা ঙসি পাঙথোকখিনা থবক পুম্বা ঐনা ধ্যান তৌবদা চন্না উবা ফংই। নহাকনা থুৎলায যাওদনা পাম্বা বৈবেল হাৎপা ঐ চন্না থচই। নহাক বযাদ নথৌনা লৈখ্রবা। থৌনা ফনবা নিংথৌ-নচানা মীনম্বা চুংবদি পাপ্পী মশকনি।

"অচুম্বনি গুরুদেব।" বাজকুমাবনা নোল্লুকনা থুনজবকই — "অচুম্বতবু পামজবা ঐনা অব নবদি থক ঙাঙজবোই।"

'অতদি হায়যু হৌজিক ফওবা বদাযদা চৎলুই?"

থম্মোযগী চান্নবাগা নাক্ত।" বাজকুমাবনা কবিম্বু চিন্দনা থুনন্দাবকই — "লোযালমগী চমজবী মহাকনি। ঐনা মাবু থক কউ-ঙনদে।"

"বাজকুমাব।" গুরুনা শাউনা হাযবকই — 'অদুবা নহাকনা শুমীৎ কযানিমুক চীংদ-মান্দ কোযদুনা পবাজয লৌকবদি?"

"মদুদা কবম্বা অকাযবা লৈববগে গুরুদেব? নুংশিফম থোকপা থম্মোযসিনা মাগা তিন্নকুবতনি। প্রকৃতীগী হৈকোল-লৈকোলদা চাউ-জবকপীনি মীওইবগী চিবোল লৌনম মচেৎ অমতা পক্তে।"

"মদু থক ওইবা যাবোই।" মাগী গুরুদু মমায মমিৎ পুম্বা ঙাংশং ঙাঙলকলে। মখা তাবকই - "নঙোন্দ ইকাযবা হাযদু মচেৎ অমতা পক্ত্রবা বাজকুমাব?

মাগী গুরুদু শাউমনখিবনা ফনা কুইনা রা মখা তাথবা ঙমখিদে। চীন-বান চীকখি। থৌনাও খ্রুক-থক কংশিল্লকখি। হাযবকই "মদুদগী

মত্নদগী করিগুম্বা নহাকনা খোঙফম লৈবোইদবা লৈববদি থীস্দনা নহাক্কী লমচৎ-শাজৎ পুম্বা ঐনা নপাবুংদা তমথোক্কনি।”

“মত্নদা থোইনা অকাযবা লৈতববা খল্লি গুরুদেব! রাজকুমারনা থৌনা ফনা মখা তাথবকই- “মীওইবনা মীওইববু ন্নুংশিবদি হৌনশানি। ঐনা ন্নুংশিববু মমল তিংনা লৈরুবা নত্তে। মানস্থু যোল্লক্তে ঐঙোন্দা। অসিগুম্বা মমল নাইদ্রবা মশক উদ্রবা পোৎশকশিনা কবম্না ঐখোয অনীগী থম্মোযদা যৌনবকপা ঐস্নু খঙখিদে, মাস্থু খঙখিদে। চৈন্না ফাওই থবদং লাপথোকনবদা। পুন্সিসিদা মাবুদি থাদোকপা ঙমগনি থাজদে।

“লোইবেদনা অসিদে।” গুরুনা শোল্লকই “ন্নুংশিবগী অমুক্তং ইকায-ইকি খঙদবা হাযবত্ত যৌবেদনা। লম হেল্লবী হেল্লোই অত্নুনা বাজকুমাবসিবু মন্ত্র-যন্ত্র তৌশিনবীত্নুনা শেমজিনবীববনি। হৌজিক কবি উপাই তৌবা তাই?” ফনা বুইনা খল্লুববা মতুংদা গুরুত্নুনা হায-বকই “বাজকুমাব, নঙোন্দা নপাবুংনা আশা পুম্বা থমলি। নহাক লম হেনগত্নু। মথোৎ কাবকপগী অমুক্তং ন্নুংশি ন্নুংওলদা ঙাওবা হাযবত্ন নহাক তৌবেদনা। নহাক থূনমক শকহেল্লবী অমগা লুহোংলগনি। হেনগনি শোযদনা শক্তগী চুদগী লনদগী থুমদগী পুন্নমক্তগী নঙগী লোযালমগী হেল্লোযত্নদগীদি। পুন্নমকসি নপাবুংনা শিন্নববনি।” অসিগা লোযননা মাগী গুরুনা মথোৎ কাবকলবী নূপীমচা অমগী নীংথিববা তসবীব অমা রাজকুমাবগী মফমদা লানশিল্লি।

বাজকুমাবনা মীৎকুপ অমতং তসবীব অত্নদা যেংলুবগা হাযরকই— “মহাক শকহেল্লবী অমনি। অত্নুম ওইনমক কদায়দদি য়াওরিবা ঐগী থম্মোযগী ন্নুংশিবগী মশক তাকফমদি? কদাযদস্নু যাওবা উদে। মাগী মফমদদি ৱাৎপগুম উবি মহৌশাগী ওইবা থুশেম চঙদ্রবা মায়থোং অত্ন। যাওবি মাগী মফমদা থুৎশেমগী মমিদি ৱাৎতনা। লৈতেং ৱাৎতে

শকহেনবীসিগী। ভানথোইবি খুজি নাচি হিবা মণি মুক্তা হকচা কযাৎ খুদিং ওম্বোকনা হৈ-শিংনা। অদুম ওইনমক ঐনদি হাযনিংই— খুৎশেমগী লৈবাংদা অশেংবা লৈগী লৈনমত্তু য়াওদে। পাৎ-কোম অমোৎপা লৈখোম লৈনাংলক্তগী হৌরকলবম্ব মহৌশাগী থম্বালতদা থম্বালগী অশেংবা লৈনম ফংবা ভমই। লৈনমত্তুনি ঐনা পামজবা শক্তমত্তু নত্তে।"

"নহাক তর্ক লৈবতা নত্তনা প্রকৃতী অমদি মীওইবগী বর্ণনা তৌবম্ব যাম্না হৈবে।"। মাগী গুরুনা মখা তাবকই "অদুম ওইনমক রাজকুমার নহাক মীওইবা সমাজগী হৌন-লোনচৎতি বর্ণনতা খঙলমখিবোই। মত্ত নহাকনা রাজবংশদা পোকপা রাজকুমার অমা ওইনা খঙফম থোকপনি।"

"ঐদি মত্তুগী মরমদা করিম্ব খঙখিদে। "রাজকুমারনা খুমলকই। "চুমই পীকলিভৈদগী হৌনা খুৎশু খুৎলাইতগা যাওম্নবকলবা ঐগী নাক্ত শাগী লানগী বিদ্যা তম্বতনা নথৌ ওইবত্তনা লাকলি। নহাকনা খঙফম থোক্তে।" মাগী গুরুনা মখা তাথবকই—"য়েংউ তাও। মীওইবা সমাজদি কল্পবা লীচিং অমগী মখাদা নিতি-নিযমতনা পুন্দুনা থমলিবনি। মত্তুগীদমক লৈপাক নিংথৌ পাল্লিবনি।" মখা তাথবকই—। "অসিগুম্বা লৈপাক্তী চৎনবোল অসিবু থুগাইত্তনা চৎলুবা যাদে। চৎলুবা মখোযশিংত্তু লৈ-মপুনা অকনবা চৈবাক পী। ভসি চীংযা চীংচেপত্তা শাইদাংলিবা মীওইশিং মতম অমদা লৈ-মপুনা সমাজগী মরক্তগী তোখাইনা তাম্বোকখ্রবা ভাকনি। জাৎ তাববনি।'

"ও। মীওইবা।" রাজকুমারনা শোঞ্জবকই "মীওইবা কযাদ অরাবগী মশকনো? মীওইববুদি মনীংতম্না পাইত্তনা শান্নবিবা উচেক রাষাশিংনা হেন্না নুংভাইবমগনি!"

'অহুনা বাজকুমাব।" গুরুনা হায়বকই—"নহাক অঙাঙ নৎ-লকত্রবনি। ঙসিদি নৈপাক নিংথৌগী রাজব্যবহার চৎনরোল নীংথিনা নৈনবা তাবনি।"

"মহু পামদ্রে। মহু নৈনরুবা ঐহাক অমুক পামজদ্রে গুরুদেব।" রাজকুমারনা থম্মোয শোকনা হাযরকই—"মীওইববু মতম খুদিং যোহ্নিং ফলাং চন্দুনা থম্বত্ন ঐ পামলকত্রে।"

"মহু মীওইবা জাতিগী যাইফনবগীদমকনি বাজকুমাব। গুরুনা মখা তাবকই 'মীওইবদি থ্বাইদগী লৌশিং শিংবা রাখল নৈবা জীবনি।'

"রাখল নৈবা জীব।" রাজকুমারনা মোমোন নোকনা হাযবকই - "মতৌ তমজবতনা রাখল নৈবা শকলবা মীওইবগী পুন্সি। অদুবু ঐনদি লৌবি জগৎকী লেঙলি-পাল্লিবা জীব অতৈদি মশাগী তো-ঙানবা লীচৎ অমদগী থক হোংদে। কনাগীমু মতৌ তমলুদে। মীওইবগী মতৌ তমলকতে। উপাল-রাপাল উবী-রাবীনা মীওইবগী মতৌ তমলক্তে। অদুবু—অদুবু মীওইবদি উচেকনা পাইবা উবগা পাইনিংই। কৈগী অথৌবা খুজিন উবগা খুৎতা খুৎলাই পাযনিংই। রাহোংগী কেবা উবগা জগোয শানিংই। কোকিলনা খোংবা, তম্নাগা মুব, খোইমুগী ঈশৈ তাবগা মুংশিবা খোঞ্জেল পুথোক্তুনা ঈশৈ শক-নিংই। হযিংখোইগী নোম্বা কনবা উবগা থবক কন্না শুনিংই। অনৌবা উবীগী অথোৎপা মতৌ উবগা থোৎনা নৌনা নৈনিংই। উপালগী পীন হৈবা উবগা দান তৌনিংই। ষণবীগী অতপ্পা মতৌ উরগা পূকচেল তপনিংই। যোংগী মশা খিংবা উবগা মলযুদ্ধ হৈ-নিংই। নোংশাগী মথৌনা মবিংজেল উরগা থৌনা ফনিংই। মীওইবনা উরুবা খুদিং মতৌ তমনিংই, অদুবু মখোযশিং অহুনদি মীওইবগী মতৌ থক তমনিংদে। মীওইবা হাযবসিবু ইকাযবা খঙদ্রববা?"

"মহুননি মীওইববু জীবলক্তুগী অথোইবা শীংদ চলহননবিবা মাগী গুরুনা মখা তাবকই—বাজকুমার, নহাকনা অঙাঙ ওইবা নবুদ্ধিগী

হৌনশা, নশাগী অপঙববু হন্ন-হন্না ফোঙদোকচবি। নহাক কবিমতা খঙদে নত্রা ? ঐ হায়গে তাও -অচৌবা ইমুংগী মচা মগুনা অতোনবা জাৎকী মচা মগুবু খোয়দাবদি পাপকী মশকনি। মহুগীদমক ব্রহ্মসভানা পুন্নমক্কী মথক্তা ৱাযেল্লি। মসিদং খঙজিল্লু। ফবে অহীং অসি নোং ঙানগদবা কুইশিল্লকত্রে। ঙাহাক্তংদি তূমহোসি।" অসি হাযবমলগা মাগী গুরুহ্ তূম্বা চঙখে।

বাজকুমাবনা শ্বব মপী অমতং শাংনা হোম্থকুবগা মতোমতা শোঞ্জবকই—"অচৌবা ইমুংগী মচা মগুনা অতোনবা জাৎকী মচা মগুবু খোযদাবদি পাপকী মশকনি .. ..

... মসিবু কবিগীনো ... ?

... মসিবু কবিগীনো ... ?

মীওইবনা মীওইববু কবিগীদমক তূকচফম থোকপা ?

অহানবদা পোকলকপনি ঐখোয নীং-তম্বা, ইশাগী অধিকাব লৈনা থৌজাল হৈববী মাপ্লেমথক অসিদা। চ.উবকপনি ঐখোয কনাগী মতেং যাওদনা মালেম লৈমগী থোমলাং চূপতুনা। অতুবু ঙসিদি অংকপা সমাজ অসিদা মীগ-মীগা অমুক খেন্নহল্লবা। হকচাং কযাৎত কবি খেন্নবিবা...... ? ঈ তেংদা কবি খেন্নবিবা ? মীওইবনা শেম্বা নিতি। মীওইবনা শেম্বা কানুন হে অর্থ থোক্লবা সমাজ। মীৎ তাঙলবা সমাজ! অসিগুম্বা সমাজ অসিদগী থাপ্ন— যাম্না থাপ্ন চৎখ্রবা সমাজগী অখাবা মীৎযেং অসিদগী নাম্থোক্লুনা চৎখ্রবা মতম অতুতদা মীওইবগী পুন্সি অসিনা মপূং ফানা মহয় যাম্না হুংঙাইনা লেপ্লবা ঙমগনি!"

———

সুমীৎ অত্তুদগী মাগী গুরুনা রাজকুমারবু খোঙকাপ অমতম্ব চৎথোকহনখিদবে। সুমীৎ খরনি মাগী মপুবচেল ওন্নবা হায়ছুনা মথল মখা র.ফম কযা নৈনবে মতমতু ফাওবদা চৎলে সুংশীৎকুম্বা. ফমলে নুংগুম্নবা র.জকুমার অত্তুগী মনাদ বরিগুম্বা র.ফম অমতম্ব হাপ-খিদবে। মতৌত্ উবদা অহল ওইববা গুরু বলদেব মীৎপাইবা পোকলম্মী। খাম্বা যাবরোই খন্দুনা মপাবুংগী নাক্তা লাকলে। পাউ-পুম্বা গুরুনা মপাবুংদা শীৎ-শীৎনা তমথোকলে।

ওইথোক্লবা থৌদো অত্তু তাববদা অহল ওইরবা সেনাপতীগী কোকথক্তা নোং খাক্তনা বজ্র লিশিং লিশিংনা তারকপগুম্বে। মশা পম্বা হুমাংনা অনপ্পা কারকলে। গুরুগী মফমদা হায়বকই “হৌজিক মতম লৈরি। মাবু ঐগী নাক্তা থরাবকলো।”

গুরুনা খুমলকই –” যাম্না ফনি মনাও ইবুঙো।”

* * * *

সুমীৎতুগী সুংমিদাংরাইবমতু

রাজকুমার তন্নমক মপাবুংগী নাক্তা চঙশিল্লক্লুনা নোল্লক্লকনা খুরুমই। মাবু উবদা মপাবুংনা হায়রকই – “নহাক যৌবকপা ফরে। ফমউ, ঙসিদি পাবুং রা খর হায়গে।” মখা তাবকই “ভূবন, নহাক্কী নথৌনা হৈ-শিংবা খিবিক নহাক্কী গুরুগী মফমদগী ঙম্না তারে। য়াম্না সুংঙাইবে। ঙসিদগী হেন্না নহাক অমুক নবালক ওইরক্লোই। হয়েং

অসিমক নহাক্কী লাইমিং লৌবগী যান্না ফবা হুমীৎনি। অতুনা পাবুংনা নহাকপু কৌবনি।"

রাজকুমার। "পাবুংগী য়াথং ইকোক থোংনা যাজবি।"

সেনাপতী। "অতুগা ৱাফম অমসু, ইপানা অহল মতম ওইশিল্লকপসিদা, ঐনা হিংলিৎনে, নহাক্কী অবেপ্পা অমতং খঙহৌবত্তু পামলে। নহাক থীন্দনমক লুহোংদবসু যাদ্রে। মতুগীদমক ঐনা পুন্নমক শেমশ ববনি।"

"পাবুং।" রাজকুমারনা থুমলকলম্মী।

"ঙাইখো, মবক থৎলকখিগনু।" মপাবুংনা হায়থবকই—"লুহোংলব' মতুংদগীদি ঐগী থুভম নঙোন্দা শিন্নবমলগনি।"

রাজকুমার ৱা ঙাঙবা থোকখিদবে। তুমিন্না লৈখি।

— — — —

## ঈখো লাংলবী নোঙ্গৌবী। ॥১২॥

*"She stood her ground against the noisy steps*
*That came on, but her body rocked a little"*

*— Robert Frost*

থৃৎশেমগী ফজববা লৈকোলনি।

লৈকোল অসি লৈপাক্কী ফম্নাইবা কৈরুংহনবা চাউথোম্বগী লুপা শাংবা মতম কযামা চঙনা শেমজবনি। অসিগুম্বা লৈকোল অসি মাগী অমতা পোকচববী মজাইবেম্মা লৈপাকলৈনা মালেম অসিদা ভাইবং লীলা যাওননবা খোঙদারকপা চহি কুমজা অতুদগী শেম-শাবা

হৌখিবনি। ঙসিদি চহি ১৬ মপুং ফাবকলে। মজাইবেম্মা লৈপাক-লৈনা মপুম মরৈ ফানা হকচাংগী কযাৎ খূদিং তাংথক নাইদনা লৈশাৎ তম্‌লকপগুম, লৈকোল অসিস্থ য়েংবদা মীৎকী পেন্নফম হাযবহ্ন ওই-রে। নোংমগী কৈকুংহনবা অভম্বনা লৈবোলসিগী মনূংদা মজাইবেম্মাবূ পেন্না অমুক্তং য়েংজহৌত্রবদি চাক চাবা চংখিদে।

লৈপাকলৈ ঙসাইমথৈ লৈকোলসিগী মযাযদা চৎতুনা মালং ইচিক থেমলমলি। মখল মথেলগী লৈ-ভুনা ফূগাযনা লৈকা ফন্না শাৎলি। হৈনম-লৈনমনা মফম খূদিং শিন-থুংই। লৈকোলন্নুংশিদা হেক চঙলকপদগী নিঙোল ওইবীগী মপূকনীং শক্মক লিশিংলক হন্না ন্নুংশি ন্নুংওল্লকই। খাঙঙমদে থম্মোযন্নুং—মদোম ন্নুংশি মৈশা লাংজবা। মতম অহুদা মালংবনা লিবি শীৎলকপদা নিঙোলগী চোইনা তাবা শমলাংবু হুমহুনা পুখিবহ্ন মথম্মোযগী চান্ন, কনা লাক্তুনা চিংলবোই নীংলুই। পূকনীং তযাং তশোযবকই। নিংকোক-নিঙ্গানৈ। খোইমু থাংজেংবা কযানা কোযন-কোযনা পাইহুনা খোযদাবা লৈবাং থনবহ্ন উরুবগা নিঙোল ওইবী মহৌশা, খোইমুগা মমীৎনা কাবাম্বা মতৌবু মথম্মোয শোকনা শাউজৈ।

লৈকোলহুগী মনূংদা মতম কযামা চুপ্পা খোইমুবু কোয়তান তান্নরুরবী লৈপাকলৈনা ন্নুংশা শ্ৱব থবেৎ-থবেৎ হোল্লহুনা লৈকোল-গী চিদাইদা ফমলগা শোঞ্জবকই— "করমবা মতমদা লাকনি বাজ-কুমাবদো—থম্মোযগী রাজকুমাবদো?"

মসিগী মমাঙ, মহাকনা উখ্রবনি রাজকুমারগী নীংথিরবা শক্তম অহ্ন মাগী মফমদা পীবকপা তসবীবদগী। মহুবু উরুবা খূদক্তুদা মথম্মোয়দা পোকথ্রবনি মাগী অহানবা উনবগী অন্নুরাগ অহ্ন।

হৌজিক্তি মী চীকলবা লৈকোলমুং অসিদা মাগী চেৎনা চান্না থমজবা রাজকুমাবগী তসবীর অহু পুখোকলকলে। মীংকী পেন্নফম ওইববা মথম্মোযগী বাজকুমাব অহুগী শক্তমবু পেন্না যেংজবে। বাজকুমাবগী অপোম্বা গুলাপকী কুচুগুম তঙাং তঙাংলবা চীনবানথক অহুদা মাগী নৌববী খুদোম্নী অহুনা নমলহুনা হাযবকই "কবিগীদনা অসিগুম্বা থোংনা নৌনা ফজববা চীনবাম্বোং অসিদগী মতম তম্ভূক বুইবসি মুংশিবগী রাহৈ অমা ফাওবা থোকলকতবদি? অসিগুম্বা চীনবানথোং অসিদগী থোকলকপা মুংশিবগী রাহংশিংদু ঐ তানিংই। মানা হংলকপা খুদিং ঐনা লাযনা খুম্বা ঙমগনি, মবমদি মসিনা খাইদগী হেন্না থোংলবা ফজববা চীনবাননি।"

"অচুম্বনি মহুনা খাইদগী হেন্না থোংলবা চীনবাননি।" মচী অমদা ঙসাইমখৈ নাথৈহুনা লৈবম্বী মুপী মচা অমনা থোকলক্লগা হাযবকই। লৈপাকলৈ হন্না যেংথোবকই। মোমোন নোকচৈ। মসিগী মমাঙ মতম কযামা ম তৌ অম্ভূঃ। মুপী মচা অসিনা লৈপাকলৈগী মুংশি ঈখৌ লাংলবী মতোবু হন্না হন্না ফ.খুবনি। ঙসিদি মাখায অনীমক মসিগী মবমদা রাবী শানবদা অমূক হন্না লোৎনদাব। লোৎনবগী মহুত্তা মুংশি মুংওল্লবা থম্মোযগী মুংশিববু মযেং তাখিননবা হোৎনবদা মতেঙ ওইনবা লৈপাকলৈনা মতা কুন্দালৈবু তত্তনা হৌবহুনা হীবম অসিগী অফ-ফত্ত তবেৎ তবা থোকনা নৈনখ্রবনি। কুন্দালৈ চঙশিল্লক্তুনা মতাগী নাক্তা ফমলবে। মখা তানা হাযবকই—"অহুবু থোংলবা চীনবান অসিদগী হুগুম্না খাববা মরাহৈ থোবকলোই হাযনস্তু খল্লুগনু?"

"কবিগীদমক নহাকনা অহুম' হাযবিবনা?" লৈপাকলৈনা শাউ-বংননা খুম্লকই—"নঙ খঙব্রা? শকহেল্লবা অসিগী মীমুংশি খঙলবা থম্মোয অমা লৈবি হযেবা।"

"ফৈ-ফৈ। অহুবুদি ঙাহাক্তা ঙাযবে খঙনগদবা" কুন্দালৈনা হায়বকই। মখা তাবকই—"নহাক বাজকুমাবগা উননিংববা?"

"রাজকুমারগা ?" লৈপাকলৈগী মাযথোং নোংথাঙগুম্না মকা লামলকই। হংলকই "ঐগা মাগা উনজবা ফংগদ্রনে ইতা ?"

"কবিগী ফংলোই ?" কুন্দালৈনা মোমোন নোকনা মথা তারকই—"লাইবক ফবী। নঙগী অকনবা তপস্যদ মহাকনা কযাম কুইনবু থাঙহনা লৈবা ঙমলুনি ? স্বাযং ওইনা নঙগী খোঙ্গুল লীবকলে। মহাক মফম-সিদা শোযদনা যৌবকলনি ইবেম্মা।"

"মফমসিদা ইতা ?" লৈপাকলৈনা মোমোন নোকনা হংলকই "নুংশি নুংঙলতনা থক্কবা লৈকোলসিদা মহাক লাক্কনি হাযবা ? অদুদি হাযযু ইতা মতমদুদা ঐনা মঙোন্দা কবি হাযগনি ?"

"হৈমা।" লৈপাকলৈগী থকচান্নববী মতৌদুদা কুন্দালৈনা মমীৎ উইশিন-উইশিন পুক্রী তিংবমখৈ নোকলুদগা হাযবকই—"নহাকনা হাযখিবদাযনে ইতা—মানা হংলকপা খুদিং লাযনা পাউথুম পীবা ঙমগনি হাযনা· ···অদুগা হৌজিকন-হৌজিকন— ?" কুন্দালৈ অমুকন্সু পুকলি তিংবমখৈ পঙনোক্তা নোকখ্রে।

"নোক্কদু ইবেম্মা।" লৈপাকলৈনা শাউবংননা হাযবকই-"নঙ খঙদ্রনে-নুংশিবগী মমাঙদা মীওইবগী পাঙ্গল থৌনা পুন্না লেন্না নুংশাগী মঙান্দা তুমখিবগুম তুমখি হাযবত্ত ?"

"অদু,—ঐবু কবি তৌসে হাযবগে ?" কুন্দালৈনা মমিৎ নোইব-নোইবদুনা হাযবকই—"রাজকুমারদি যৌবকলনি হৌজিক ···।"

থঙহৌদনা শগোলগী কোক-কোক লাউবা খোঞ্জেল অমা মাযকৈ অদোম তমলকপা তারে। কুন্দালৈনা লৈপালগী মরুমদগী মঙক খবদং থাঙ্গৎলদুনা মাযকৈ অদোম তম্না চঙশিল্লকলিবা রাজকুমারগী শক্তমবু য়েংননবা হোৎনবক্রে। শগোল শাযাংথক্তা ফমলিবা স্বর্গগী দেবদূতপু ঙমজরবা মতীক-মঙাল লৈববা নীংথিববা রাজকুমার অদুবু উরুরে' মহাক খাই লাউখবে। শক্তমদুমক উবদা মাস্নু নিঙোল ওইবা মহৌশা, মথম্মোয়ম্নুং নুংশি-নুংওল্লকই। অয়েকপা তসবীর অদুদগী অশেঙবা

শক্তম অসিনা শব্বক লিশিংলক থোকনা ফজবা হেনখবে। মদোম শোঙ্গবকই—"ও। অস্থূক নীংথিরবা শক্তম অসি মতম অস্থূক কুইবসি কবিগীদমক্তা শকলোৎনত্নুনা লৈরুবিবা ?" ৱাফম অসি কুন্দালৈনা চীন-বান মকা ফোংখ্রমাল্লে. মচ তাবদা লৈপাকলৈনা হাযবকই—"ইতা, লাকলববনে মহাকপু, মফমসিদা তশেংনমক ?"

"লাকলে ইতা লাকলেনে।" কুন্দালৈনা খুমলকই—"যেংঙু অমুক্তা মাযথোংসে, নোংথাংগুম্না ঙাল্লবা, দেবদূতপু ঙমজববা, চুং-ফিবাল চাববা শগোল শযাংথক্কী পাখঙসে। বাজকুমাবত্নুনি নহাক্কী। ও·· মহাক মাযকৈ অসাম তমলক্লে। ঐদি ঙমজববোই ইবেম্মা নঙগী শকহেল্লবা 'সিগা মাযাকনজবা।' ঐ চৎলে ইতা। নঙনা থোকপা তৌহোরো।" অসি হাযবনলগা পন্থবা তৌদনা কুন্দালৈ চেনখবে।

তশেংবমকস্থু মথোৎ কাবকলিবী হুংশি মশক খঙলবী শানৌশিংনা হেন্না শকহেল্লবা পাখঙশিংবু উবগা কা হেন্না ইকায়ঞ্জে।

লৈপাকলৈনা মতাবু ঙাইখো হাযনা ফনা য়াম্না খামজৈ, অত্নুবু মহাক অত্নুমক চীকমাংনখবে, পাকলবা লৈকোলত্নুং অত্নুদা। হুন্দোকপী-বমলে পাঙ্গল শোল্লবী লৈপাকলৈবু মতোমত।

বাজকুমাব থুনমক লৈকোল অদুদা খোঙ থাংজিল্লকলে। শগোল শাজৈ যেৎনা পায, ওইগী খুবামত্নুংদা তাম্বা চানা খুজ্জিগী তান থা, অবেপ্পা লৈত' চঙশিল্লকলে। মপুংফানা ফজববা লৈকোলত্নুং অদু রাজ-কুমাবনা মীৎযেং লিশিং থোকনা চাইখাযবদুনা যেংলক্লে। "কযাদা ফজখ্রবা লৈকোলনো ?" রাজকুমাবনা মতোমতা শোঙ্গরকই।

মতম অদুমক্তী লৈপাকলৈদি মনা প্ংলবা মালিকা পাম্বী অমগী মরুমদা থুপতুনা মশা পীকনা তাশিন্দুনা লৈখ্রে। মালিকাবু ঙাকলৌ ওইহল্লগা মানা রাজকুমাবদা হূদুনা যেংখিবা মীৎযেংদু তমফম থোক্তবা মীৎযেংনি। ঙাইহাক্তী লৈপাকলৈনা মালিকা পাম্বীগী লৈনা লৈকা ফাওনা শকহেল্লবা পাখঙ অদুবু উরু-উরু লৈনা মথম্মোয় পেন্না যেংজরে।

কযাদা খোযদাজববা। কযাদা পেঞ্জবব। গুন খুদিং গুনা তিল্লিবা অসি-গুম্বা ফজববা নী'থিববা পাখঙ অসিবু মাগী বব ওইহনবীনবগীদমক খনবীবনলিবা মপাবুঙবুম্ মহাকনা মালিকা মকুমদগী কযাগী মতিক খাগৎচখিবা তমফম থোক্তে।

বাজকুমাবস্ম্ লেপতনা চঙশিল্লকপনা হাযবিবা মালিকা মখোঙ অসিমক্তদা যৌবকলে। খঙহৌদমা মুপীমচা অত্তুবু উবকই। মতমদুদা লৈপাকলৈদি মাগী ইকাযথীবী মতৌ, মবেংজুম শুপকৎলত্তুনা উনাবক্তা মাইখোঙ থম্বাল লোৎনা খাঙজরি।

মদু উকবগা বাজকুমাবনা হাযবকই - "ও, ইবেম্মা অদুক ৰানা শকলোৎপীত্রসম্ ঐহাক ইবাল লৈনা মপু ত্তক্তনা লৈকে.লসিদা চঙজ-রকলে। থম্মোয়গী যাব্রা অমা অনীদং শেংদোকচবমগে হাযদুনা মফম-সিদা ইখোঙনা থোংনা লাকচববনি।"

"তাকপীযু, ইবাল লৈবিবদি পাঙজদ্রবী ঐহাকনি।" লৈপাক-লৈনা মক লূকনা খুমজবকই—"ইবালযাইদা লাকপা অতিথীবু তবাম-তবাম ওকঙমদবা ঐগী চাউববা ইবাল লংজববনি। মতম কযামা চূপ্পা অসিগুম্বা পূংজা অসিতবু ঙাইজদুনা লাকচবিবনি। অদুবু ইকাযথাবা মহৌশা, অস্নুম্না • "

"মান্নি।" রাজকুমাব হাযবকই—"অত্তুবু ইবেম্মা, ঙসিদি মতম অদু হৌখবে। নহাকপু পূন্সি চূপ্পা অসিমা ইচল শকনা মিংখৈনজগে হায-দুনা ইখোঙনা থোংনা লাকচরিবনি। ঙসিদগী ইচল লৈজবগী মুংঙাইবা মশক খঙজদ্রিবা ঐহাকপু মবুং অমা ওইবগী মুংঙাইবা অদু নহাক্তী চীনবান থোংদগী মিংগৌ অমতনা অমুক্তা পেলহল্লুগবা ইবেম্মা।"

"নত্তে-নত্তে বাজকুমার।" লৈপাকলৈনা থম্মোয কায়না হায-রকই "অত্তুগুম্বা যাব্রা অদু অমুক হন্না তাহনবীরগদু। ঐহাক ঙজমবোই, থম্মোয়গী চান্নবা হায়বা মিংগৌ অসিদগী হেন্না অতোপ্পা অমমুক!"

"মহুদা নহাক্কী তোংজবা অমুক লৈরবোই।" বাজকুমাবনা মখা তারকই—"মরমদি ঐহাক লুহোংবা অহু তংশংনমক ইশানা হাযদোক-চববনি।"

"মহুদা ঐগী ইরালদি কবিনো ?" লৈপাকলৈনা খোঞেল নীকনা হংলকই। মীৎলু ঈবা ঈহৌবকলে।

"ইবেম্মা। কবিদি লৈরুনি নহাক্কী নবাল ? 'রাজকুমারনা খুম্লকই— "ইবাল লংজকবিবদি ঐহাকনি। মতম লৈবিতৈ লাকচবিবনি লৈকোল-সিদা ইবাল কোকপীনবা ই'খাঙনা থোংনা।"

লৈপাকলৈ মথম্মোযগী ফোঙ্দাকনীংবা যাম্না কযা মকা ফোংবা ঙমখিদরে। থম্মোয কাযববা পাউদম অসি অস্পুম্মক তাহুনা লৈবা ঙমশিল্লকতবে। মীৎলুদা অশাবা পিগী ইচেলনা তাংথক নাইদনা শীম্বকলে। রাববা থম্মোযগী পাউখুমদি মীৎকী পিতনা পীবনা মতিক চায। অহুগা মসিমক নত্তনা অতে অতোপ্পা ইঙ্গীৎনা পীববম্ মহুগী মতীক চাবা পাউখুম খক ওইবা ঙমলোই।

খাঙবা ঙমখিদবে। লৈপাকলৈ মাযথোং লৈখৎলকলে। নুংগুম্না কল্লবা বাজকুমাবগী থম্মোযম্নুং ফাওনা যেংলকলে। কোযবাওনববী মীৎম্না অনীদা পিতনা জ্বাব কাবকপগুমলক্লে। হুন্-হুন্ ঈনোৎ হাপলক্লে। তঙাংলবী খজাই নাপোম অনীমক পিগী লোকলম ওইববে। চোৎলবী মীৎকী পানা মুংশি ঈনোৎ হাপলকলে। থেকনা খোযববী মুববী পিগুম অনীনা ককথৎপীরবা খাওবোগী মমৈগুম লেঙ-লেঙ চৎলকলে। নাতোল নাকচী ঙাঙশং ঙাঙলকলে। চীনবান পেহৌ-পেহৌরকলে। অমুক হন্না খাঙবা ঙমলক্তরে। ডোরবী মাযথোংগী কুচু মাঙলকলবী লৈপাকলৈনা ইকায-ইকি পুম্বা থাদোক্নুনা বাজকুমাবগী মখোঙথাদা চঙজরকলে। হায়রকই -'রাজকুমার ! ঐদি নহাকপু খক থাদোকপা

ঙমলোই। তাইবং মীবোল ত নকউ—নঙসে ঐগীনি তাকপীখি! ঐসে নঙগীনি শিন্নবীখি। তাকপ।খিবনি ইপাবুংনা অস্মূম্না। মতমত্তুদগী,— মতম অত্তুদগী ঐহাকতী নহাক্কী অমতা ঙায়জরবী সহধর্মীনিনি খঙ্গথি।"

মখা তাথবা ঙমদনা লৈপাকলৈ ঙাহাক কপতুনা লৈখি। ফুনগৎ-লকপা থম্মোয়নুংগী অরাবা চীনবান মকা ফোংলকই। মখা তানা অমুক হায়বকই,— বাজকুমারগী তূমিন্না লৈথোকপা মতৌত্থ উরুরগা থম্মোয শোকনা—"নুংশিবা অমনা নুংশিবা অমগী মফমদা অস্মূক তমথীববা ইকায়বা অসি পীনবীববদি মহাক্কুনা কবি অমুক ওইফম থোকলি-বগেনে বাজকুমাব? খুম্বীবমউ ঐগী থম্মোযনুংগী চাকলবা রাহংশিংসিগী পাউখুম। পাউখুম পীবা ঙমলোইদবা লৈরবদি করিগুম্বা, মুখৎপীবমউ ঐগী থম্মোয়নুংদা থাম্বী মৈ-হৌবগুম চাকলিবা নুংশি মৈচাকসি!"

অসি হায়বত্তুনা থম্মোয় কাযববী নুপীমচা অত্থ ওন্না থোইনা কপ-লকলে। মীওইবগী থম্মোযদি মীগী থম্মোয শোকপা উবগা রাদবা ঙমদে। অসিগুম্বী মথোং কাবকলবী শকহেল্লবী অমগী মথম্মোয শোকপা মতৌসিদি থমবু থমখিসি, যেকনবা অমনফাওবা থম্মোয শোকপা মতৌনা কপ্ন-লাউনা চঙজবকলবদি মীওইবগী থম্মোযনা থক থাঙত্তুনা লৈথোকপা ঙম্নদে। হৌজিক বাজকুমাব কবি থল্লি? মহাক মংকুপতুমদি মীওইবগী নুংশি চাউবা মথম্মোয অমা মাগীস্থ পাল্লিবনিনা তূমিন নুংগী অশাবা মূর্তিগুম লেপলত্তুনা লৈরম্মী। অত্তবু অস্মূম্না,— মতৌ অস্মূম্না কয়াবু কুইনা বাজকুমাবত্তুনা লেপতুনা লৈথোকপা ঙমগবা?

নুপী ওইবীগী মপোক্তা পোকলবী, ইকাযথীজবতনা মথোযগী মশীজাং ওইজরবী লৈপাকলৈগুম্বী নৌরিবী চহি ১৬ মপুংতমক কারকলিবী নুপী মচা অসিগী অরাবা মতৌ অসি উবদা রাজ-কুমারগী থম্মোযদা অরাবগী ঈথক হৌরকলম্মী। অসিগুম্বা নুপীমচা

অমনা মাগী মফমদা অম্‌ক চাউববা প্রেম অসি লৈবমগীনি হায়বসু মহাকনা থক থাজরমদে। হৌজিক্তি রাজকুমাবত্থু লৈফম চাফম খঙলকতবে। থুনমক মফম অত্থদগী চৎখিবতনা অফবা ওইরগনি হায়বসি মহাক্কী অমত্তা ওইবা লৌচৎ ওইরকলে। মখোঙখাদ নোল্লিবী মাযথোং পিবাংতনা চামথোকলবী ইজেল থাগী পুনিমাগী মায়থোং পুবিবী লৈপাকলৈবু তপ্ন তপ্না কোনথৎপীরগা হায়রকই—"অসি-গুম্বা মমল যামলবা মুংশিবা অসিসু মচল অমনা মবুং অমগী মফমদা কাযনবমদাইগী পুংজাদ মুংশিবীফম থোকই। লৈপাকলৈ, ঐগী অমত্তা ভাযজববী ইচল শকলবী লৈপাকলৈ। মিংথৈ অসি-মক্তনা নঙনা ঐবু মতম অম্‌ক কুইবসি নীংজরকপগী লমন শিংবা শকচবগে। ঐগী থম্মোয অসিদি লৈপাকলৈ, কনাগুম্বী অমগী মফমদা কৎথোকলুবনা হানখে। নহাক ঐবু রাবৌগনু। মুংঙাই যাইফনা পাল্লু'কা। ঐ চৎলে লৈপাকলৈ।"

থুনমক বাজকুমাবত্থু শগোলথক্ত কাখৎখরে। লৈপাকলৈনা হায-জবা পুম্বা অমুক হন্না তাবীবমদরে। মীৎকুপ অমগী মনুংদা ২াঙ্গোই খুদুপ থান্থনা মুংশীৎকী মমাঙ থাখবে।

মীমুংশি লৈত্রবা থৌদোসি উবদা ওল্লাং থাদ শাৎচবী কল্লবা মালেম লৈতংগাই হোগায়ত্থনা ম্লানা থিনগৎচরকপদা ভায়জরিবী লৈপাকলৈবু মীমুংশি খঙত্রবা তাইবংগী খোঙয়া খানা নেৎথায়বী-রম্বগুম বাজকুমারগী মাযকৈ যেংন-য়েংনা উপাই লৈত্রবা লৈপাকলৈ জ্ঞান মাঙলত্থনা তপ্ন তপ্ন মালেম থক্ত হাইথরকলে। উপাই লৈজ-ত্রবী কুন্দালৈনা চেনশিল্লক্তুনা মতাবু লাইকন্নরবে। মুমীৎ অসিদগী হৌনা লৈপাকলৈ তমথীরবা রাথলগী লায়নানা অনা'শঙকুমথরে।

---

## পন লাম্বোকপা ।                ॥১৩॥

*“Let us go then you and I*
*When the evening spread out againse the sky*
*Like a patient upon a table”*

—*T, S. Eliot*

হুমীৎ অহুগী হুংমিদাংৱাইবমহুমক্তদা পাউ অসি সেনাপতী ধনবীরগী নাকোং যৌথিরম্মী। অঙকপা পাউ অসি হেক তাবমক্তদা সেনাপতী শাউমনখিননা লৱাই লুতোন শাৎখিবম্মী। মাগী লমকেৎ লমহাইরবা হাযবা ইন্দ্রবা মচাবু মতীক চানা দগুি পীড্রবদি য়াব- বোই খল্লতুনা মনাই মশল থাতুনা মাবু মফম অতুদা খুদক্তা পুবকনবা থোঁদাখবে। অহুবু মখোযনা বাজকুমাববুদি মফম কদাযদস্থ অমুক হন্না থিবা ফংখিদবে।

হুমীৎ অহুমক্তদা বাজকুমাবদি লাক্কদবা তুংগী থোঁদোক ৱাথোক পূন্নমক উবা ফংখিবম্মী। মবম অতুনা মহাক চৎনবীগী পল, লূন্ন লূন্নবা দগুি, কল্লবা যোৎহ্লিং ফলাং কযাসি থদৎতুনা মথম্মোযগী চান্নবী নাক্ত চৎলগে হাযবসি খল্লকখি।

খোঁগংলবী লৈক্রক চৎলবী মোলেম অসিদা চেঞ্জবী মপূক তপলবী ডুরেলনা মতম কয়া’মা চূপ্না নোংমদোল লাইজ মাবু ঈখোঁলাংনা ঙাইজবগুম ঙাইরকলবী মাগী মথম্মোয়গী চান্নববী চন্দ্রমুখীনি। ঙাইঙমদে থম্মোয়, খাঙঙমদে মৈচাক, মতম খবদং মাগী হুংশিবীগা শৎনরুবহু! ঙসিদি রাজকুমার খোঁগংনরবা থম্মোয়গী অন্না মৈচাক পূন্বসিদগী কোকনরগে মতাঙুম চন্দ্রমুখীগী লাইর-খাঙপোক তন্না শগোল- না অবেপ্পা লৈত’ থোঁজিল্লকলে।

মতম কযামা চুপ্পা হুংশি মাযকৈতবু যেংজবদা মীৎলি চোকলবা চন্দ্রমুখীনা মশাবী মাবু উজবদা হুংঙাইখিবনা মীৎলু পিরাং ঈহৌরকলে। পি। থম্মোযগী পি. মীৎলুদগী তাবকপা পিরাং খুদিংমক অৱাবগী খুদমনি কবম হাযসিবা ? মীওইবগী কা হেন্না হুংঙাইববা মতমদম্ভু খঙহৌদনা পিবাং মানা মশীম্বববই। অৱা হুংঙাইগী ত ইবংদা মীৎলুগী পিনা অচৌবা শক্তক যাবি। মু ঙাইবগী অবে ইবা পনথৈ ফংলবা তাইবং কনাগী মীৎলুদগী পি শিম্বখিদবা যাওবগে ?

অসিগুম্না, মীৎলু পিবাংনা চোৎলবী চন্দ্রমুখী অমুক হন্না পম্বদ্ধুনা লৈবা ঙমশিন্নকতবে। মশাবী মাবু অথাপ্লদগী উবকচৈ, লাইব খাঙপোকমুংদগী হুংশীংকী মনাঙথানা চেম্মোবকলে। রাজকুমাবম্ভু মথম্মোযগী চান্নবীবু উবকচৈ, যাংনা চেল্লিবা যাঙ্গাইথক্তগী চোংথবকলে। কনানা কন'বু কৌনবা ? উনখিবা মীৎকুপতুদা শাবী-শানৌ অনীমক অমনা অমবু চেৎনা,— যান্না চেৎনা কোনশিন্নথবে। মীৎপাই চাউববা শ্ববগী অকনবা নোংলৈ-মুশীৎলক্তা থম্মোযগী ঈবিনা নোংওইনা চুথরকলে। কাযনকুববা হুংশিবা মাগী মথামুংদা ঙসি অমুক হন্না মাযথোং লোৎচবা ফংলবী লাইবক চাউববী চন্দ্রমুখীনা হুংশিবা মাগী মবমচৎ ওইনা রাহৈনা থম্মোয চাকন পাউহংজবকই —

"পাম্মুবা। মতম অসুক কুইবসি নহাক কবিগীদমক্তা লাকত্রিবা ? নঙগী মাযকৈ য়েংন-যেংন কযা রানা খাঙখি ঐনা ?"

"চান্নববী।" ফুইনা হোনবা শ্ববগা লোযননা রাজকুমাবনা মথামুংগী চন্দ্রমুখীবু হন্ন-হন্না নানবীবদ্ধুনা হুংশি মপাউ তমজবকই— "ঐনা হনখিবা মুমীৎতু, শাবা শল্লমলে থৌদোকতু নঙগী ঐগী রারীহু। মুমীৎতুদতা খঙখি তাইবংপাল অসিদি, ঐথোযনা ঙসি থোঙদারিবা, মীওইবগী অধিকার মাঙহল্লমলে, মীনম্বতনা থল্লমলে। চান্নববী! মীচঙ-শঙ্গল নাইরবা অচৌ-পিশক থাযরবা সমাজ অসিদা

নঙগী ঐগী মনক্তা অচৌব পল অমা লৈবমলে। পল অসি থিংগদবগী হোৎনবি চেৎনা, অমুক্কা হেন্না চেৎনা, যান্না চেৎনা। পল অত্থু নমখায়বগা চেল্লকলবনি ঐ। তন্নবকলমগনি মখোয কযামনা ঐবু। চান্নববী। লাঙ্গেই চৎখিড্রিঙৈ যেকনবনা, চৎলসিনে—চৎলসি যেকন খুবৌ চেন্দ্রবা মহোশা লাইবেম্বীগী মশাইগোল তম্না। মফমদ্থদা ফোঙলুবসি থম্মোযন্থংগী যান্না কযা ইনিং তম্না। ওইক্রবসিনে ঐখোযগী সুম নুমীৎনা তাখিবা মফমদা। নোংমগী চবা তমলুসি মহোশা লাইবেম্বা মানা পীনবীবা হৈবাং-লৈবাং খবনা। চৎলসিনে চান্নববী।"

অসি হাযরদুনা চন্দ্রমুখীবু থুনমক শগোল শাযোংথক্ত হাপকৎলকলে। নোংচুপ হাবম পাংনা অঙম্বা চীংযা চীংচেপ কয়া লান্না নংশিৎকী মমাঙ থানা অমুক খৌবা হৌবকলে।

---

## থুদোংথীবা ॥১৪॥

কোবৌ মশেকনা মঙাল ফনা মালেমথক অসিদা তাবিঙৈদগী হৌনা অরাঙবা চীংশাংগী চীংমায লানখৎলকনবা হোৎনবকলিবা শাবী-শানৌ অনীমক হৌজিক্তি চোকথবনা অমুক হন্না খোঙথাংবা থোকচিল্লক্তবে। হৌজিক্তি কোরৌ মাস্থু মবানয়াইদা চঙশিনখবে। মালেমথক অসিবু অমম্বা মঙোন্দা থুৎশিন্নবমলে। হৌজিক অমম্বনদি অবেপ্পা লৈত' লান্দারকলি। কদোমদনো লম্বেলসিবু? ঙমলবা, ঙকলবা উমং রামংতনা পীক থললবা চীংমায অসিদা করম অমুক চৎকবা? লমবী লম্মুকনখরে। চঙশিল্লুবা থুদিং থুদোংথীনিংঙাইতা মওইখরে।

মতমসিদা চোকথববী হুপীমচা অহৃদি তশেংনমক খোঙ থাংবা থোকলকতরে। ঙমলবা চীংমায অহৃদা হাযবা ইল্লবা মপুগী শগোল অহূতংদি মবুঙোগী খুদুং ইন্নবি— অমম্বা অশুকপা উমুং অহূদা তপ্ন তপ্না। চন্দ্রমুখীদি খব থবেৎ-থবেৎ হোল্লকলে। মখৌনাও খ্রক খ্রক কংলকলে। রাজকুমাবগী খুদাং পাযবহুনা হাযরকই—"পাম্মুবা ঐদি চোকথখিবনা থোঙ থাংবা থোক্তবে, অরাম খৌরাংবনম্নু খৌ-গংনবকলে।" হাযন-হাযনা পাঙ্গল শোল্লবীম্বু হন্ন হন্না খুদি থীবকলে। বাজকুমারনা মাবু কোনখৎপীবহুনা হাযবকই— "চান্নববী অতেম্বা চীংমায অমতংবু ফংলবদি পোথাবসি মফমতূদা।" অসি হাযবহুনা ফিবৈদগী হৈবাং লৌথোক্তুনা পীবে। "সে মসি চুপতুনা খৌবাং-বা খবদং কোকপ্রা যেংউ।"

চন্দ্রমুখীনা হৈ লৌন লৌন হাযবকই— "মমশিল্লকলবা মতম অসি ফাওবদা কদায যৌনা অমুক চংখিগনি? অশুকপা উমং অসিগী মনূংদা চঙশিল-চঙশিলুবদা খুদোংথীবা নত্তনা কবিবু অমুক থেংনখিগনি? লেপলসি খুদাক্ষম লৈত্রবা চীংমাযসিদা। যাবেকলসি যাম্নবকলিবা উবী উনাশিংসিদা যাল্লহুনা।"

"মহূবু কবম ওইবা যাগনি?" বাজকুমাবনা চন্দ্রমুখীগী খুজেং পায়রহুনা খব খবদং চিংল চিংলহুনা হাযবকই—"খোঙদাক্ষম খবদং উরিবৈ চঙশিলহৌসি লাইবকনা তম্বা মফমহূদা।"

অসি হায়রহুনা অরেপ্পা লৈতনা খব-খরদং শীৎ শীৎতুনা চঙ-শিল্লকই। করিগুম্বদা কীম্নবগদবা নুংপাকতা নেৎলুবদগী খঙহৌদনা নীংথায়খি। ওনথখিবা নুংদুমগী খোজেলনা তাকলি মফমহূ অম্নুকী মতীক ঙমলবা চীংমাযনি।

হৌজিক্তি মম্বনা শুক তরেৎ তিনখরে। উমং অদো অকিবগী শকুম লৌরকলে। অকাশতা থা থোকপা উদে। থোকলম্বমক ওইরবম্নু অশুকপা উমং অসিদা থাবলগী মঙালনদি ফাওজিনবা ওইথোকলোই!

অসিগুম্বা খুদোং থীববা চীংমায অসিদা খোঙদাফম থিবদা প্রোং প্রেক লাউবা খোজেলহুনা উকৈদা যারেকলম্বা খৈবোইশিংবু ভূম্বা কায়হল্লম্মী। অথাকপা খোজেলনা খেকনা-খেকনা খোংলকই। অকিবা খোজেলশিং অদু তাবদা মীৎপাই চাউববী চন্দ্রমুখী খোঙফম শোযনি হাযবা কাউথে কলুরে! অরাবনি নোংদম্বা। নীংখাযববা নুংচেৎ অমদা নেৎলুবদগী চন্দ্রমুখী চীংমায অদুদা ওন্থবকলে। মাগী খুজেং পাযহুনা চিংলিবা রাজকুমারনা অশিবা পাঙ্গল পুথোকলহুনা মাবু চিংথৎনবা হোংনৈ। অদুবু মতোমতগী খুদাফম ফাওবা নীংথিনা লৈত্রবা চীংমায অদুদা মহাকনদি কয়া কুইনা হুগীনদা অদুবু যান্নহুনা থম্বা ঙমলুগবা। খঙহৌদনা মখোয অনীমক কীন্থবকসবা নুংচেৎশিংগা লোযননা অমম্বা লোকনুং তনা ওন্থমিন্নবকলে।

অসিগুম্বা তাঙ্গা অসি যেংবকলবদি মীওইবনা মশাগী লাইবক লেপচবা ওইথোরকত্রে। পুন্নমক ঈশ্বর মাগী থৌজান মঙাযবকলে। রাববা মতম অসিদা ঈশ্বরনম্মু শাবী-শানৌ অনীমকপু মঙ্গল পীনবীরবপগুমথে। খঙহৌদনা মথোয কবিগুম্বা অপীকপা অতেম্বা মফম অমদা য়োবকলে। মফমদু হেক য়োবগা রাজকুমারদি জ্ঞান তাই। ঙসাই মথৈ মথান্থুংদা চেৎনা কোনশিন্দুনা ওন্থমীন্নরকলবী মথান্থুংগী চান্নবীবু হন্না হন্না কৌজরকই। অদুবু চন্দ্রমুখীদি অমুক হন্না খুমলকত্তরে। মহাক জ্ঞান মাঙলমলে! অহীং চুপ্পহুমা চোকথবর্বী, জ্ঞান মাঙলবী মশানৌবু মতমবাক্তা য়াহিপহন, চেৎনা থাগোন্নজহুনা লেপ্পকলে। কবিগুম্বা মতমদা মপু কায়নববা মহাক্কী শগোল মোবাবীনা অথাপ্পা চীংমায়দগী খেকন-খেকনা খোংলকপদু তারকলম্মী। অথাপ্পা অনকপা উমং-রামংশিংদা শা-কৈনা খোংলি! লাপ্পৈথানবীনা শুকলবা লোকনুংদগী মৈবুন থানবগুম খোরকলি। কবিগুম্বা মতমদা অচৌবা লীলনা খোংবা তারকই। লমহুইনা য়াকনা য়াকনা খোংবা তারকই! ভূত-প্রেতশিংনা মচীঙাক থিবা চৎপগুম মফম খুদিং প্রেক-প্রাক, খাই-খাই লাউবা খোজেলতনা অচীকপা অহীংবু থুগাইরি! পুন্নমক

অসি তত্তনা নাকোং শীংজা ৎৈবগুম তাবি। অত্থবু অথাপ্পা অনক-পা অসিদা মীওইবা ভিবনা খুন্দাবগী শামিনদি খক তাবা ফংখিদে। রাজকুমারনা তাবিবা খোঞ্জেলশিং অদুগা মবক্তগী তাউবা ছুইগী খোঞ্জেল যাওব্রা হায়না মনা থাঙ্গৎতুনা কৃপ্পা তাবি। অত্থবু হায়-বিবা খোঞ্জেল অত্থদি খক তাবা ফংখিদবে। মানা খল্লি—'নফম অসি মীওইবনা খক ৎৌনকর্খিপ্রিবা মফননি।”

অসিগুম্বা অকিবা তুজুংবনা থল্লবা মীৎকুপসিদা বাজবুমাবগী খাইদগী মবাযবক ফবা হাৎবমক্তবু প্রথম্মে যগী মপাঙ্গল শেঞ্জববী চন্দ্রমুখীনা খব পীকন'পীকনা হোল্লহনা জ্ঞান মাউলিবা তুমলিবগুম্বা। অত্থমতংদি মাগী মর্না পুংফবনি। নৎলমদ্রবদি চন্দ্রমুখীগুমবী মীৎপাই চাউজববী মপাঙ্গল শেনজববী কুর্পানচা অননা অসিগুনবা অকিবা ফংলবা অহাংসি কবন্না লেল্লমগনি ??

---

## খুদোংবগী খুদোংথীব। ॥১৫॥

“হিংহৌবা অমা নত্রগা শিদোকখিবা
মসিতনা অবোইবা ৱারেপনি নীংবা কায়ববশিংগীদি ”

তমথীববা অহীং অদু হৌখবে। প্রকৃত না মালেম লৈমদা অঙানবা খুবাক লানথোরকলে। উচেক রায়া য়াকাযবকলে। নোং-ভাল্লমদাইদা তুমথকবদা মত্তাযরিবা রাজকুমাবৱু মশানৌনা কৌজরকই —“পাম্মুবা-পাম্মুবা! নোংভাল্লকলে য়াকায়রো।”

বাজকুমাব থুনমক মীংকপ থোবকই। মতমদু ফাওবা চন্দ্র-মুখীদি মশাবীগী মতম্বাক্তা মোনখাঙনহুনা যাত্তারিবা কোক অদু হাইগৎলমদে। অহুনা মফম অহুগী অকিবা ফংলবা দৃশ্য অদু উ-খিদে। মানা উজবিবা হাযবমক্তবু পাক চাউরবা মালেমথকসিদা স্থপ্নতগী মাগী মুংশিজরবা বাজকুমাব অহুগী মচেৎ-মচেৎ হুবাৎলবা মচী-মচী খামলবা মাযথোং অদু তনি।

বাজকুমাবদি কিববা দৃশ্যশিং অহু মীৎ কূপতনা মথঙ-মথঙ য়েংথবকই। অবাবনি কযাদ কিববা। কযাদ তুজুংনিংঙাই ওইববা চীংমাযনো? মফম অসিদা মতৌ কবন্না মখোযনা যৌবকলিবা।

য়েংসি অমুক্তং চীংমাযদু ওম্বোকনা ঙমই। মীওইবা অমদি শাকৈগী থুনাম অমতা তাবা উদে। মবক মবক্তা তান্ন-তান্না অচৌ-বা পাম্বী খব গৈবা নত্তনা অপীকপা পাম্বীমচা অমতম্ম হৌবা ঙমদে। হৌবমলবম্ম মদ তত্তনা কীন্থবকপা নুংদূম-নুংচেৎনা থুদেকপী। মফমদুদা হৌবিবা হাযবমক্তবু স্থুনতগা মবা চৎপা, মোল্লবা নাপা মচা খরদংদি অঙৎপা চীংমায অদু থুংনা অশংবা চাদব ফৌবগুন শন্দাকলি। অসেগুম্বা নাপীবক অসিদা ওন্থরকখিবনা মখোয থোইনা শোকখিদে।

অহুগা অমুক মখোয অনীনা তমখীববা অহীংহুদা শুংঙাইনা যাবেকমিন্নখিবা মফম অহুদি কমদৌই? মফম অহুনা অমুক্তা হেন্না তুজুংই। ঙমলবা চীংমাযহুগী চীংযায অমদা কীন্থগদবগী মতম ঙাই-হুনা লৈরবা পাকলবা নুংপাক অমনা তুমথোক্নুনা লৈবনি। হূপথ-বক্লিবা নপীতনা যোমশিন্দুনা মফম অহুগী অমোনবা শক্তম লৌরুবতনি। মথাদা য়েংথখিবদা অবোই অথম নাইদ্রবা হেন্না চপ যুংনা ঙমথখ্রবা চীংমাযনা অম্মুম অম্মুম হাইথখিবনা মীৎযেংনা তামথ বা অমম্বা অশুকপা

লোকন্নুংদা তিনখবি! নোংঙাল্লকলবদস্নু মীৎযেংগী পনখৈহ্নদি শুক তবেৎ তিন্না মমখরে। "অরাবনি! অরাবনি। মফমসিদগী মতৌ করম্না অমুক হন্না খোঙ শান্দোকপা ঙমগবা ??" রাজকুমারনা খল্লকই— "চীংমায অসিদা খুদাফম মফম মচেৎ অমতস্নু লৈতে।" শ্বর মপী অমতং শাংনা হোনখরুববা মতুংদা অমুক খললকই— "হে নোংদম্বা তমথীববা ঙবাংগী অহীং অতুদা মমলবা শুকলবা লোকনুংসিগী ঈবো-নন্নুংদা ইথম্মোযগী চান্নবীগা লোযননা থরায থাহনবীবমত্রিবা কবিগী-নো? অস্নুন্না থম্বীবমগদবগী শরুক মতুনা শরুক চাম্মা হেন্না ফবম্মী।"

বাজকুমাবগী ফুম্বংনবা মতৌহ্ উবত্নুনা চন্দ্রমুখীনা হংলকই— "কবি তৌববগে বাজকুমার?"

"যেংউ চান্নববী।" বাজকুমাবনা খোংগংননা হাযবকই—' ঙমলবা চীংমায অসিদা ঐখোযনা কবম যৌববলিবা। হৌজিকং। কবম্না অমুক খোঙশানখিবা?"

চন্দ্রমুখীনা অকিবা ফংলবা দৃশ্যশিংদু কোযনা যেংলুববা মতুংদা নীংবা কাযনা হাযবকই— "কবি উপাই লৈবি? হৌজিক্তি পাকলবা নুংপাকথকসিদা লেপতুনা চাদ-থক্ত কংহ্নুনা শিবা তাববা? নত্তে-নত্তে। অহ্নগী শরুক, যাইবীসিনা ঙৌদ্রিঙৈ, শিমিন্নখ্রুসি ইবাননি নাক্ত যেপলিবা ছুবিহ্নুনা থবাক-ঈবম ফাৎলগা। কল্লক চাউবা তাই-বংদা থমলমলসি শরুগী পোললাংসি, পাইখ্রুসি।। ।। তন্ন, চীক্লবা মালং-তবংদ্, নঙগী-ঐগী থরাই মিরেলসে। কদায? কদায পীন-বীবো ছুবিহ্?"

"মহ্নুনা ফবগত্রনে চান্নরবী?" বাজকুমাবনা মখা তাথবকই—

"অহ্নবু ঐদি যেংখিবা পামলি কুমহৈসি শিবগদবা মীৎকুপকী অবোইবা মতমহ্ ফাওবদং। মথঙদা কবম্না অর'বমুক? অসিগুবা

মপোক্ত পোক্তুনা মালেমথক'সিদা হিংজবিবা ঐখোয কযাদ ইরাই-বক ফখ্রবা।"

রাজকুমারনা তাহাক্তং খল্লুবগা, শ্বর মপী শাংনা হোন্দোকলত্তনা মখা তারকই--"চান্নববী। য়াবিবরনে নহাকপো? শিন্থকগনু পাম্মু-ববা পি! মমল য়ামই মীৎকি পিদি। মদুগীম্ম শিন্থনবা মতম লাকখিনি।" অসি হায়রত্তুনা চন্দ্রমুখীগী মীৎলুগী পি তৈথোকপী-বে। মথান্থুংদা কোনশিনবীবে। হাযরকই- "অস্তুন্না অমুক ওন্থখ সি অরোই অখম নাইদ্রবা লোকন্থুংসি তম্না। থদৎলসি মচেৎ-মচেৎ পাপ চেন্নবা দিহেসি। উহননিংদে ঐখোয অনীগী হকচাংসি, কন্নক চাউবা ত ইংংসিদা।"

মতম অদুমক্তি অঙানবা কোবৌনা মাগী সনা মচু মাললবা মশেকনা মালেম থুংনা চাইবকলে। কোবৌগী মঙালদা উবকই—মপূক তপ্পবা পাকলবা ঈচেল অমনা অমম্বা লোকন্থুং অদুদা মশা লুম্না চেললিবা। লোকনুং অত্তুগী তোর্বান্দা অবোই-অখম নাইদ্রবা লফূবননা পাকন-শন্না শন্দোকলি। রাজকুমাবনা মত্থু পুম্বা হেক উক্রুবা খূদক্তুদা হবাওনা হাযববই— "যেংউনে চান্নববা। উপাই অমা লৈবে । তাইবং মপুনা পীনবীবা ঈপাক অসি উববা? উববা লফূবন অসি? মফম অসি তম্না ওনথমিন্নখ্রসি। পীনহৈববা লফূবনসিদগী পন্থেমগী খোমলাং নিরুবসি। থৌজাল হৈরবা ঈচেল-সিগী তুংইন্না, চৎলসিনে পন্থৌ শকন লমজীংহন, লম্মুকনববা লম্বেলসিবু।"

অসি হায়বত্থুনা শাবী-শানৌ অনীমক অঙম্বা চীংমায অগ্নদা চেৎনা কোনশিন্নরত্থুনা অরেপ্পা লৈতনা থরো-থরো ওন্থমিন্নরকলে। মীওই-বনা উপাই লৈবক্তুবদা শিবা কিদ্রবা থৌনা উৎঙমই। মুংঙাই যাইফরিবা কনানা অসিগুম্বা অকিবা ফংলবা ঙমলবা চীংমায় অসিদা ওন্থৌ হায়বদি খক য়ারকলোই।

## নুংঙাইবা পুন্সি মতেক ॥:৬॥

ঈশ্বরনা পীনবীবা লম্বেল অদুদা লাক্তুনা শাবী-শানৌ অনী মক হৌজিক্তি পুংলবা লফ্রূবন অদু য়োবকলে। লম্বী অদু তশেংনমক লম্মুকনববা উপাই লৈজদ্রবা মখোয়গীদমক মপু মানা শেম্বীবম্বুগুম খল্লকলে। ঙমলবা চীংমায অদু হান্নদগী অমুক্কা হেন্না কূংনা থানা অমোনবা নাপীতনা গালিচা ফিদা শন্দোকপগুম শন্দোক্লম্মী। অসি-গুম্বা নাপীবক অসিদা ওন্থমিন্নবকপনা শাবী-শানৌ অনীমক মতু নাম্ম তেক্তনা মফম অসি যোরকপা ঙমখি। অদুম ওইনমক চীংমায অদু অমুক হন্না য়েংখৎপা ঙম্বগী শক্তিদি মীওইবগী মীৎযেংদা যাওবমদ্রে ।

মফমসি হেক যৌবকপগা রাজকুমারনা শ্বব মপী অমতং শাংনা হোম্বরগা হাযবকই— "যেংউ চান্নববী। হৌজিক্তি ঈশ্বরনা ঐখোযবু কযাদ থৌজানবীরবা। চঙলসি লফ্রূবন অসিদা। তমথীববা নীওইবা সমাজবু কিজহনা চীংমুং-মানমুংসিদা অবেম্বা ওইনা কেন্দুনা মাঙলিবা উহৈ-রাহৈশিংসি চারুবসি। ও। কযাদ ফজবববা। বয়াদ যামখ্রবা! মমুন ফারবা লফোয লউতনা মীৎযেংনা তামখ্রবা লম-দম ফাওবা শন্দোকখ্রি।

মখোয় অনীমক খুৎশন্ননা লফ্রূবন মরকতা চঙলকলে। রাজ-কুমারনা নাকলদগী থাঙ শৎতুনা চাউরবা লফ্র লউ অমা যানথৎলে। খোম্মীৎকারবা লফোয় খর হেকলহনা চন্দ্রমুখীদা পীবকই। হাযরকই — "য়েংসিসে চান্নববী, মহাওসি কমদৌবগে।" অসি হাযবহনা মখোয অনীমক মরীক চুম্মা মহাও লৈববা লফোয় অদু মপূক পেন্না

চামিন্নবে। অপাকপা লাতোন অমা হেকলগা লূববা লাইজ শোকলহুনা মপূক পেন্না থকমিন্নবে। মীৎকূপ খবদংগী মনূংদা শাবী শানৌ অনীমক্কী অবাম খৌবাংবা কোকনবকলে।

অসূন্না মপুক পেন্ন চা-থক্লবা তুংদা চোন্থববা মখোযগী হকচাংশিংহু ঙাহাক্তং পোত্থানবা হাযহুনা বাজকুমাবনা উবী-উনা ফোযদৎতুনা মফন অমতং শেংদোকলে॥ অতেম্বা চীংমায অত্তদা অমোনবা নাপী খব থাবে। বাজকুমাবনা হাযবকই — 'লাকলো চান্নববী। মফমসিদা পোত্থাখিসি মীৎকূপমতং।"

চন্দ্রমুখীস্থু মশাবী নাক্তা চঙলকলে। মশাবী মানা কললবা নূংদূন থক্তা মোনথাংননা হীপলিবহু নাবমগদবোই খল্লহুনা চন্দ্রমুখীনা মাগী মোল্লবা মতম্বাক্তা থাঙ্গৎপীবকলে। মোললবী খূবান্না চাননবগী পাকলবা লাইবক্তা তোযন-তোযনা নানবীবকলে।

"বাজকুমাব।" চন্দ্রমুখীনা মথম্মোয মপাউ পাউদমজবকই—

"পোকপদগী অরাবা মশক খঙলক্রবা নহাক ঙসিদি লোযালমগী পাপ.চল্লবী ইঙংশাংগাদনক অরাবসি নংলবনিকো।"

"নত্তে চাননববী।" বাজকুমাবনা মশানৌগী ঙকতা কোল্লহুনা হাযবকই— "থম্মোযগী সুংশি লৈকোলদা শাৎচবী পম্মুবী। লমশাঙ অসি লাকপদা ব্রাবমগনিদো নহাকতী। লৈকা লান্না শাৎচদ্রিবী লৈবাংবু কল্লবা নূংচেৎ-নুঙ্গাযবক্তা পুবীরকপা, খল্লু খল্লুবগা খাঙঙমলক্রনে থম্মোযসি। ঐগীদমক্তি মসিনা খুদোংথীবা মচেৎনি খন্দোকখি। তমথীববা শাফম কযা মায়োকনবনা ঐখোযগী অমতা ঙাযববা ইথৌ ওইরিবনি। ফবে ব্রাবী অসি তোকলসি। নহাক্তী চোকথদববা ? ঙাহাক খোমলেন যাতাখোদনা ?"

চন্দ্রমুখীনা থুমলকই— "ঐদি তূমখি ঙবাং অহীং চূপ্পা। ঐগীদমক রাজবনা অহীং চূপপা মীৎশেন খাঙখি ইবুঙোদি। হৌজিক্তি পোত্থাবীরোনে থৱাযগী থৱায ওইবা। ননাওনা সেবা তৌজবগে।" অসি হাযবত্নুা চন্দ্রমুখীনা মবুঙোগী হকচাং নোইজবকই। পীক্ত পীকলিবা অঙাঙবু পলেম মমা ওইবীশিংনা নাউশুম ঈশৈ শক্তনা তূমথনবা থেম্বীবগুন রাজকুমারবু তূমথনবা চন্দ্রমুখীনা কম্না হোৎনবকই। চৎগী হবিনস্নু নাউশুন ঈশৈ শকলকলে। চংনূংগী তাম্নানস্নু তাম্ন-তাম্না খোংলকলে।

---

## অমুক হন্না খোঙশানবা ॥১৭॥

মীংকূপ থরদং পোত্থাববা তুংদা রাজকুমারনা হাযবকই—

"কোরৌ অসি কাখৎলকলে। অঙানবা মানা লৈনিথৈ, চীংলোন'মত, লাল.হৌসি। খুল'মতং যৌরহৌসি। চৎলসি।"

"ফ.র চৎলসি। থৱাযসিনা থাত্রিফাও, হৈনা নতুং ইনজগে। অহুম ওইননব ইবুঙো চৎকদবা লম্বীবু কৈদনো?"

"উববা চান্নবী?" রাজকুমারনা মোমোন নোকলহ্নুা হাযবকই—
"ঈচেলসিদা তাউথখিগদবনি।"

"হৈঃ কবন্না।" চন্দ্রমুখীনা ঙকনা হংলকই।

"ঙক্নু। উপাই অসি পীনবীববনি ঈশ্বরনা।' রাজকুমারনা মথা তাথবকই "নহাক মীংকূপ অমতং পোত্থাথো।"

অসি হাযরমলগা রাজকুমার থুনমক লফূবন অহুদা চঙশিনথবে। চাউব-চাউববা লফূ লউ কযামুক যানথবে। মখোযশিংহু

অমমমতা ওইনা পাঙ্গল ফববা বাজকুমারনা তুবেলগী তোবর্বন্দা চিংথোরকলে। অচুম-অচুম্বা উশা রাশা থব, অউইবা উবী থবমু যান্থংলহনা পুবকলে। মীংনা কুপ্পগী মনুংদা চেকশিল্লবা চাউববা পোঙ অমা শেম-শাবা লোইবকলে। লোইরবা তুংদা ফজববা লফোয লউ কযামম্ম পোঙ অত্নদা পুনশিললে। অহ্নগা অশাঙবা উরী অমনা পুল্লহনা পোঙ অহু তপ্ল-তপ্লা অঙখা চীংমায় অত্নদগী ঈচেল তম্না ইন্থবকলে।

"লাকলো হৌজিক্তি চান্নববী।" বাজকুমাবনা হায়রকই – "ঈচেলসিগী তুংইন্না ঐখোযগী পনথুং থিরুবসি।" অসি হাযবহ্ননা চন্দ্রমুখীবু খুংশম্ননা কুমথবকলে। অমোনবা নাপী থবদং পোঙ অত্নগী মথক্তা চাইখাযরত্ননা মখোয অনীমক মফম চানা ফমথবকলে। পোঙত্নবু ফাবম্বা উবী ককথংলকলে। তপ্ল-তপ্ল ঈচেলগী তুংইন্না লফুগী পোঙহ্ন তাউথবকলে।

মতম কযামা অস্থুন্না পোঙ অহ্নুনা শাবী-শানৌ অনীমকপু ঙমখৈ নাইদনা শুকলবা, থেকন-খোযরবা উমং কযা রামং কযা চীংলোন কযা লান্না পুরকলে। মতমসিদা চন্দ্রমুখীদি অরোই অখন নাইদ্রবা নিম মচু মাললবা ঈচেল অত্নগী ঈবিল য়েংনা-য়েংনা মমাঙগী থৌদোক কযাবু তান্ন-তান্না নীংশিংলক মাগী মীংল্ অনীমক পিগী ঈরা শীন্থরকলে। মহ্ন উকরগা রাজকুমাবনা হংলকই "করিগী কপলি ইশানৌ। সে অমুক্তা হাযয়ু করিগী কপলি?" বাজকুমারনা মশানৌগী মিংলুদগী শীন্থরকলিবা পিবাং তৈথোক-তৈথোকনা মখা তারকই – "মান্নি। পুন্সিদা থেংনবকত্রিবা অরাবা কোঙ্গাযসিনা কনাগী থম্মোয় ঈবি শীন্থবোইদগে? অহ্নম ওইমমক চান্নবী, পুন্নমক অসিনা হুংশিবগী মপাঙ্গলদি থোইনা হেন্না হাপকংলি। কপলগহ্ননে ইশানৌ – য়েংলসিনে কু মহৈসে বিধিনা তমলকপা মপোককী!"

ৱাহৈসিগা লোযননা হন্ন-হন্না মীৎলু পিবাং তৈথোকচৈ। হন্ন-হন্না চেম্বরকই। ঈহৌবকফম থম্মোযনদি মচেং তানা কাযবকৈঙে,—মীৎলুদা পনথিংলুবনদি কবি কাননকুগনি? লেপ্পা লৈতে—অবেপ্পা লৈতনা শীম্বরকখি মীৎলু পিবাং। অবেম্বনি পূন্নমক অরেমবনি। থম্মোয পেন্না কপথোকলবতদা মত্থগী পেননফম ওইরগনি।

মশাবীনা তত্তনা পাউহংলবদা চন্দ্রমুখীনা থুমজ্জবকই "অসিগুম অরাবা পূমবসি খাঙজমই, হুংশিবগীদমক্ত। অৱাবা অসিদা শকুক যাহনা কপচবা নচ্চদে। লমদম তান্না লৈহৌনবা ঐগী লাযর থাঙপোক, ঐবু ঈ মতুমদগী পলেম পন্থৌ অনীমক শকনা যোকপীবকপা মবাই-বক থীববা ঐগী বাবা, মহাকনা কনাবু যেংহনা লেল্লমগনি হৌজিক। চীক্লবা লোযালমগী পুন্সিনি। ইপা ইচাতগা সংসাবনি। ঙসিদি মহাক মাগী মমোমবু শেৎন-খাইনবদা ৱাবমগনি। কপলমগনি নোং খোংবগুম। চেল্লমগনি মাযকৈ থঙদে। কৌবমগনি খোম্থাং যৈনা। মহাক্কী মফমদা কাযনবমদাই মীৎকুপতা কাযন ৱাহৈ মচেৎ অমতম্মু হাযবীবমদে।"

চন্দ্রমুখী অমুক হন্না মখা তাবা ঙমখিদ্রব। হীকন-হীকন কপলকই।

"নত্তে চাননববী।" বাজকুমাবনা চন্দ্রমুখীনা তত্তনা শীনথবকলিবা মীৎলু পিবাং তৈথোকপীবগা হাযবকই "তামখুবা ৱাবু নীংশিং-লুবগা থম্মোয লাইমন ওইনবনি। নীংশিংলুরগমু অমুক হননা।" "কবমনা নীংশিংলোই অমুকম্মু" চন্দ্রমুখীনা মখা তাবকই— 'মপু নীংলবা মোবাবীনা মফম কৈদ লৈবিগবা? মবুঙোগীদমক্তা লাকখিবনি মহাকম্ম ঐখোযনা শিবা মফমদা শিজবগে হাযহ্না। তোল্লবা শা অহনা মবুঙোগীদমক কযাগী মতীক অৱাবা নংখিবা। হাযবীয়ু—মহাকপুদি কনাদ শিননবীবম্বগে?"

"মাননি।" বাজকুমাবনা থুমলকই— "ঙবাং অহীং চূপপহ্মা অৱাংবা চীংমায় মথক্তা লম্বী লম্মুকনববা লংফৈ চৎপগুম, মপাং কনা

য়াওদ্রবা মহাকনা ঐবু কোযনা থিঙ্না যাকন-যাকনা খোংখিদো। অহুদগী-অহুদগী অহীং তাংলৌনা থেঙজিললক, মাগী মখোঙ্গেলসু তাখি তামন-তামন · ·। তিনবখিরমই অহুম্মক অচীকপা মালং ঈপোমলক্ত ···।" হন্দক্তী রাজকুমারগী মৈৎলুদগী অরোই অথম নাইদ্রবা শাবরা পিবিকশিংনা মথঙ-মথঙ নাম্বরকলে। হাযরকই— "ফরে মসিনা ওইবসি মখোযগা মফমদা পীবা অবোইবা বিদাই।"

অস্তুমনা শাবী-শানৌ অনীমকনা তামখ্রবা রাবৈবু নীংশিংলিঙৈ খঙহৌদনা রাজকুমারনা ঈচেলগী খব খব কনথৎলকপা, তাংথক নাইরকত্রবা মতৌবু উবকই। মহুতসু নত্তনা অথাপপা চীংমাযদগী অকনবা ঈচেলগী ঈরাওখোলসু তারকলম্মী। রাজকুমারনা কোয়না য়েংলুরগা হাযরকই— "যেংউ চান্নববী। ঈচেল অসি তাংথক নাইরক্তরে। অরাপ্পদা অকনবা ঈরাওথোল তারকলে। চেৎনা পাযনু উরীদুদা "

খঙহৌদনা মখোয়না তোংলিবা পোঙ অহু অঙম্বা চীংমাযদগী যাঙনা তাউথবকই। মহু উবদা রাজকুমারনা পোঙ অহুবু তোবর্ান্দ পুশিননবা কননা হোৎনরকই। অহুবু পুবকলিবা চৈঙাকনা শোনখিবনা হন্ন-হন্না ঈবৈদা চেম্বখিরম্মী।

উপাই লৈত্রবা রাজকুমারনা তত্তনা হাযবকই - "পাযযু চেৎনা চাননববী। ঈচেল অসি তাংথক নাইবকতরে। "

ঝম! ঝম! রা · রা !!

ঈরাওখোলনা নাকোং শীংজা যৈবকই!

খঙহৌদনা পোঙ অহু মনীং তমনা তাউথবকই। থিংবা ঙমদ তাউথরকই। চীংলোন অমা লাংমদাই, ঙমখ্রবা চীংমাযদগী অচৌবা ঈপাক তন্না চেম্বিববা? নত্রগা অচৌবা লোকচাও অমদা ঈতিল-লিবরা? খঙহৌদনা ঈরাওখোলহু অমুক্কা হেননা নকশিল্লকই—ঝম! ঝম!! · ·· রা ···রা ··

রাজকুমারনা পোঙ মথক্ত লেপলহ্না ঈচেলগী মরীল য়েংলকলে। ইনক-নকনা মাঙখ্রে পাকলবা লোকহুংগী ঈচেল। ও। জগৎ প্রলযগী মতৌগুম ঈচেল অহুনা নোং হুংশিংকুম লাউখোংলি! বাজকুমারনা খল্লকই - "কযাদ তাংথক নাইদ্রবা। তমথীরবা ঈচেল অসি শোযদনা হিংচাবীগী শক্তম লৌবমগনি। কবি উপাইনো? ভাহাক্তী বাজকুমাব চমমনৈ। রাখল লৌশিং মাঙশিললকপগুম তৌরকই। যৌশিললকলে তমথীরবা মফম অহুদি।

লাউ খোংলিবা কিববা ঈবাউখোল। তাংথক নাইদ্রবা তমথীববা ঈচেল। শোললবা মফোন থোকলবা লফূগী পোঙ। ও। মহুবু করমনা পাঙ্গল শোল্লবী হুপী মচা অহুনা যেংহুনা তাহনা পৈশহুমগবা! চন্দ্রমুখী জ্ঞান মাঙলকলে। "ও। কবি মতৌ কৌবগে ইবুঙো!"

মশাবীবু চেৎনা কোনশিললকলে!

"চেৎনা পাযয়ু চান্নবী।
চেৎনতা পাযয়ু উবীহুদা!"

পানমক বাজকুমবনা চন্দ্রমুখীবু পোঙ অহুদা উপ্রাকননা হীপ-থরকলে। মহাক্কী ওয়গী পান্বামনা মশানৌবু চেৎনা কোনজরে। যেৎনা পোঙগী অচৌবা অকনবা উরীমদা চেৎনা পাযশিললে। হুংশিজববী মশানৌনাক নকনা হকচাং চেৎপকনা হীপথরকলে। ঈশ্বরগী মফমদা শাবী-শানৌ অনীমককী শিব-চণ্ডবগী নোংদমখোল নিজবকলে।

খওহৌদনা পোঙ অদু তেবা মফোলগুম পাইথবকলে। অকনবা ঈচেলগী শাফূনা শাবী-শানৌ অনীমকপু শ্বর থিংহনখরে। শোল্লবা লফূগী পোঙ মীংনা কৃপপদা মচেৎ-মচেৎ কীন্থবকলে। তেক কায়রবা লফূগী পোঙ অহুগা লোযননা শাবী-শানৌ অনীমক মপাল নাইদ্রবা

ঈরোনহংদা লূপথখবে। অৱাংবা চীংদোলদগী চীংমায অমা কীম্বরকপগুম চেম্বরকলিবা ঈচেল অসিনা মপাল নাইত্রবা ইবং তুবেলদা ইতিনখ:ব। অহুবু! শাবী-শানৌ অনীহনা মফম কৈদ লৈখ্রবা? মখোযগী নৱা-মপাউ অমূক তাবা ফংখিদরে।

---

## থিরকপদা ॥১৮॥

চেকশিন্না থম্নকপা বাজকুমাব নাম্বোক্তুনা চৎখ্রু হাযবা তাবদা সেনাপতী ধনবীব মৈ থোকনা শাউবকহ। মুনাৎ অহুগা মুমিদা, ৱাইবনহুমক হৈ-শিংলবা মনাই মশল কযা কযা মাযকৈ চাঙনা থাহুনা বাজকুমাববু থিহললকলে। অহুবু মীৎনা খোঙনা উবা মফমদা মখোযনা বাজকুমাববু অমুক হন্না থিবা ফংখিদরে।

মতূংদা মখোযনা শগোল তোংহুনা লে যালম তন্না খোংশান্নক্রে। অথৌবা হূইবোই কযাম্থু মখোযগা লোযনলকই। নূংচেৎ-নূঙ্গাযবক্তা শগোলগী খুনামনা তাবকপগী কোক-কোক হাযবা মখোল অনা-হুরোইশিংগী গৌ-গৌ লাউবা খোঞ্জেলতনা চীংমায অহু পূননিন নিনখিবম্মী। থুনমক মখোযনা মধুমঙ্গলগী লাযব থাংপোকশ অহু কোয়শিনখবে। মচা কাযনবগী মৈচাকনা থম্মোয শোকনা, ৱানা চাকনা মীৎলু পিবাং শিম্থবিবা মধুমঙ্গলবু ফাহুনা হংলকই – "রাজকুমাব কদাইদা লৈ?" "লৈবাক্কী অঙম্বশিং!" মধুমঙ্গলনা মখোয়গী মখোঙদা তুরহুনা হায়রকই – "মহাকনা ঐগী মবাইবক থীববী চন্দ্রমুখীবু পুরদুনা চৎখ্রবনি! মপা ঐবু থঙহল্লমদ, লোম্না চেনখিবনি! ঐগী মবাইবক থীববী ইচাহুপী অহুবু মপা ঐগী ইফমদা অমুক্তদি শিম্নবীয়ু।"

"হুঁ! লোয়াললমগী কাওশিং!" লুচিংবতুনা মধুমঙ্গলবু খোঙপাক্না কাওবতুনা হায়বকই— "জাৎ তাখ্রবী নিঙোল অতুবু কবিগীদমক রাজকুমারগী মায খুননবা শীন্দুনা মঙোন্দা লানথোকখিব্রনো?"

"অঙম্বা!" মধুমঙ্গলনা হায়বকই— "জগৎকী মচা হুংশিবা খঙলবা মপা কনানা মচা নিঙোলবু মথুংনা থোংনা লানথোকখিবা যাওবগে? কাওশিং ওইববম্মু মহাক্ত, মপা ঐগী ইকমদদি তাঙলবা মণিনি। ঐগী ইচা পীবমদবা যারোই। ঐগী ইচা পীরীবমউ?" অসি হায়তুনা অঙম্বা অতুগী মখোঙদা অমুক হন্না কোল্লবে। মীহুংশি খঙত্রবা অঙম্বা অহনা পাঙ্গল মযেং তাবক্রবা অহল অদুবু লম হেল্লি হায়তুনা খোঙপাকনা হন্না হন্না কাওথোকলক্লে। চৈফম লৈনা হন্না হন্না ফুবকলে। লাইববগী খাংপোকশঙ মৈ থারকলে। কনা অমতম্মু লৈবমদরে। মবাইবক থাববা অহল অতু জ্ঞান তাদনা রানথতুনা লৈহৌবে।

অমুক হন্না মখোয পুন্নমক হুইবোইশিং অতুনা মাঙ থাতুনা নোংচুপ হাবম পাংবা চীংমাযদা মথঙ-মথঙ হাইগৎলকলে। তোংজৈ মবিল চীংলম্বী তুংইন্না লাক্লে। কবিগুরদা অঙকপা গুরুংদা চঙশিন-খি। কবিগুরদা লম্বী অতুনা তুজুংবা ফংগবা চীংচেংতা হাইথখি। কবিগুরদনা মীওইবনা খোঙদাবা ঙমলবোইদবা অকিবা ফংলবা মকমদা হুইবোইশিং অতুনা শিকারীশিং অতুবু তঙনা লম্মুকনহল্লি। অসিগুম্বা মতাংদদি মখোয়ম্মু থৌনা ফনা হোৎচিল্লুবা ঙমলমদে। মরমদি মখোয় শিবা কি। শিবা য়াবা মফমসিদা মীওইবনা চঙলমগনি হায়বম্মু মখোযগী রাখলদগী থাপ্না থমখিরম্মী।

হৌজিক্তি হুমীৎ তাশিললকলতুনা মনাক নকপা হাওথুল অমদা চঙতুনা অহীংহুমা অমুক লেম্নবা মখোয় শেম-শাখি। অপূম্না হৌখি অহানবা অহীংহু! মথঙগী অয়ুক অঙনবদগী অমুক হন্না মখোয় খোঙশান্দোরকলম্মী। অহানবদা মখোয়না হুইবোইশিংগী খুতুং চুন্না

চুন্না ইন্নহুনা চৎলম্মী। অহুবু মখোয়না হৌখিবা হুমিত্তা নীংহন্নখিবা লম্বেল কয়া কয়া লৈখিবনা হৌজিক্তি মখোয়না থিরিবা পোৎশকশিং অহুদগী লম্বেল তোখাই তাবকলে! লংজিল মাঙখ্রবা লমবেল অদুদা হুইবোইশিং অহুম্মু অমুক হন্না মখোযবু হান্নগুম লমজীংহুনা চৎলু হাযবা যাবকতরে। অহুনা মখোয়না মাঙথানা চৎলকলে লম্বীগী তুংইন্না। জ্ঞান মাঙলবা হুইরোইশিং অদুনা মখোয়গী থূদুং ইন্নরি। লম্বী অদুদি অচূম্বা লমবেলদগী চীংমায় অমতং থেন্নববা লমংবগনি। অদুবু চীংমায অদুমা লাম্বোকপদি অরাইবা থবক নৎলমদে।

---

# অশিবা হাপপা পোঙ ॥১৯॥

অস্থুন্না মখোয়না অৱাবাকোঙ্গায় মাযোকননা অচৌ-অচৌবা অরু অকুবা লোকচপ অমদি তুবেল কয়া লান্দুনা রাজকুমারবু থিরকলম্মী। চীংলোন কয়া লাল্লক্লবা মতুংদা পাকলবা তুরেল অমা থেংনরম্মী। তুবেল অসিনা অরোই-অথম নাইদ্রবা নিম মচু মাল্লবা লুরবা ঈশিংগা লোযননা মখা পাংনা মপূক ঈংনা চেম্বরি। ঈপালথা চঙলকপনা মপূক চোল্লবী তুরেল অসিগী তোবর্বান্দা লেপতুনা য়েংবদদি পূকনীংদা তুজুংবা ফাওই। ঈশিংনা চাউমনখিবনা মশিবু লাম্বোকতুনা চৎকদবা লিতান অদুম্মু ভৎলমলে! তুরেল অসি ঈরং তুরেলনি। চীংলোন কযাগী চীংমায়দগী চেম্বকলিবা চাউর-চাউরবা লোক পুন্নমকনা তুরেল অসিদা অমতা ওইনা তিললরে।

মপুংফানা জ্ঞান লৈজরবা মীওইবনা মোংহাদবগুম, ভাওরবা ঈচেল কয়াম্মু মকম অসিদা তিল্লরবা মতমসিদদি মপূক তপ্প ঈংনা

চেল্লকলে। অদুবু করিগুম্বা মতমদা অকিবা ফংলবা চাউর-চাউরবা ঈরনা উরু উরু লৈশিনখিবস্থু উরকই। মদু উরুবদা খঙহৌদনা মীপুম থুদিং তুজুং মাঙ্গুংনৈ! ঈচেল অসিদা করিগুম্বা মতমদা অশিবা শা ষণগী কামথৎলবা অপুম্বা মশা তাউথরকই। করিগুম্বা মতমদা চাউব-চাউববা উজাও কয়া মরু কৃকতুনা তাওথরকই! করিগুম্বা মতমদা লিনগী লাইরেনগী চাউর-চাউরবা অশিবা মশাশিং য়াওরকই! খঙহৌদনা পাকলবা চাউববা নিম মচু মাল্লবা ঈচেল অদুগী মচু ওললকখিবম্মী। নৈববা লৈডাঙ কাওববা ঈশিংনা নিক-নিক লাউনা চেম্বকই। অসিগুম্বা অওনবা ঈচেল অসি উবদা লাকলিবা মী পুন্নমক মীৎপাইবা পোকনরক্লম্মী। জগৎপু য়োৎপা ভ্রগদবা মতৌ মাল্লবা ঈচেল অসিনা খঙহৌদনা জ্বাব কারকতুনা চীংমাই অহুমকপু থুমহৎখিগদবগুম খল্লক্লম্মী। কিন্নবা শক্তম অসি উবদা মখোয়গী মবক্তগী অমনা হায়বকই— "হল্লসি! হল্লসি! মক্ষম অসিদগী থুনমক হলহৌবনা ফবগনি! নত্রবদি য়েংউ- অকিবা ফংলবা ঈচেল অসি মীৎকুপ থুদিং মচু ওল্লকলে! ঈশিংগী ঈমাই হায়গংলকলে। ও: য়েংউ— মাযকৈ পুম্বা মমশিল্লকলে।· অকনবা ·নোং· হুংশীৎস্থু লাকলে!"

খঙহৌদনা ভাহাক্তংগী মন্নুংদা মক্ষম অদুদা জগৎ প্রলয়গী মতৌ-গুম অকনবা নোং হুংশীৎ অমা অথাক অরাউ অমদি লেন্দুমগা লোয়ননা কৃথবক্লম্মী। মখোয়স্থু মক্ষম অদুদগী কাযহুনা চেম্নখিরম্মী! চীংমায়দা লৈবা গুরুং অমদা চঙশিন্দুনা অকিবা ফংলবা নোং-হুংশিৎ অদুদগী থুম্না লাকনরি। খঙহৌদনা মক্ষম অদুদা হুংশীৎনা চাউর চাউরবা উজাও-য়াজাও থুদেকতুবা ইনথুরকলে। লেন্দুম্না চীংমায় পুম্বা পুমকুপ কুপথেু! জগৎ অসি মীৎকুপসিমগী মনুংদা মাঙ তাকহললগে মতাগুম থকৎলবা অরংবা নোংথাংগা লোয়ননা থক-থক নীকনা বজ্র কয়া থাদরকলে। শক্তি শঙাই কয়া চীংমাইথক্তগী রাম্বহুনা

ওন্থরক্লে। অসিগুম্বা অকিবা ফংলবা মতম অসিদা থঙহৌদনা মমলবা শুরুং মনুং অত্তগী লূমলবা খোঞ্জেল অমা তারে। খোঞ্জেল অসি অক্নৌবা লিননা খোংবগী খোঞ্জেলনি। মবক মরক্তা পোপ-পোপ লাইনা থাবা তাম্বা অমম্ম তাবকলম্মী। মুংথিল ওইদুনম্মু শুক তবেৎ ছিন্না মমলবা শুরুং অসিগী মনূংদা যেংশিনখিবা মতমদা অমম্বা নম্বনা করিগুম্বা অমতম্মু উবা ফংলমদে। মতম অহুদা মী পুম্নমক ফিবমা মীপাইনরম্মী। মপান্দা থোকলুবা তাববম্মু অকনবা লেন্দুম অচৌবা উশা-বাশানা ফূদৎতুনা থরাই মাঙগদৌববনি। মনূংদা অম্বুমক লৈবা তাববম্মু মশক খঙদবা তমথীববা হিংচা য়াইতম্বা অদুনা ক্লোৎখিগদৌবি।

মতম অসিদা লুচিংবা অদুনা লাউবকই— "চৎলু নখোযগী মরক্তগী কনানো অমা শগোলগী থাউদা যাওহৌবা মৈনমতু লৌরুচো?" অহুবু কনামতা মপান থোকউ হাযবা যাদবে। থুনমক লুচিংবা অহুনা লাউবকই— "নখোয উদরবা? যেংউ শুরুং মনূং অসিদা মৈবুন থানবগুম থাম্নিবা অঙকপা অরংবা মমীৎ মরিসে! নখোয উথ্রবা কবিগুম্বদা অসিগুম্বা মমীৎ মরি পানবা জীব অমা ডাইবংম্নিদা?"

থঙহৌদনা শুরুং মনূং অহু লূম্ন-লূম্ন হোনবা ফূইরবা মুংশা শ্বনা পীক থনখিবম্মী। অসিগুম্বা অকিবা ফংলবা শাউম অসি তাবদা মখোয় পুম্নমক কাযহনা চেম্বোকনবক্লম্মী। মখোযনা থুনমক মপান্দা চেনখোবকপা মতম অহুমক্তদা অচৌবা উপাল অমা অকনবা শাফূগা লোয়ননা লৈমায় তম্না ফূথবকলম্মী! অরাবনি! অচৌবা উপালহুগী মশা মরেংতনা ননথেকতুনা মখোযগী মরক্তগী অনী অমদি মথ্রায় থাখরে!

হৌজিক ফাওবা লোইড্রি জগৎ প্রলয়! অকিবা ফংলবা বজ্র শ্রীংজংনা শা-ভা উপাল-বাপাল কয়াবু মচেৎ-মচেৎ থায়থরকলে! থুনমক

লুচিংবা অহুনা শগোলগী খাউদা হাপখিবা মৈনমশিংহু লৌখোকলুরে। মৈবী চাউনা চমখৎলহুনা শুরুং মনূংদা অমুক চঙলকলে।

খবদং চঙশিনখিবমক্তদা উবকই— হান্নদগী শব্দক লীশিং হেন্না কিববা শক্তম অমা। শক্তন অহুগী মবমদা কবিগুম্বা মতমদম্ম মীওইদনা তাখিদ্রি মহুদি-- জগৎ অসিদা অহুগুম্বা জিব অমা হিংহুনা লৈবি হাযবা। অকিবা ফংলবা চাউববা লাইবেনগুমই। মাগী মৈবুলওগলবা লংলবা মমীৎ অনী অমা অহুগা থংননা খবদং খূতক তৌবা অমুক মমীৎ অনী, মমীৎ মবি পূন্না পাল্লি। অঙকপা লিল অহুগী অকিবা ংলবা শাংলবা চীবোং অনী পাল্লি। মনা অনী অমম্ম পাল্লি। অসিগুম্বা জিব অমবু উবদা ঙকলোইদবা তাইবং কনা য়াংবিবগে?

যেংন-যেংনা চাউববা লিল অহু খব খব অম্মুম চঙশিললকলম্মী মখোয তমনা। লুচিংবহুম্ম তুংলোমদা খোঙফম খব খব হন্দোকলহুনা হাযবকই— "কদায তেন অহু পীবকউ? মহু কল্লবা তেনজৈ অহুগা পীবকউ, মৈনমসি পাযবো লাও কনানো অমা।"

থুনমক মনাক্তা লৈবা মুপা অমনা মৈনমহু পাযনবই। লুচিং-বহুনা খাইদগী হেন্না মহু কললবা তেনজৈ অহু হাপনহুনা লাইবেন অহুগী মকোক তন্না কাপশিনখিবম্মী। অকিবা ফংলবা মাগী মবাইবক মতা ফবা অহুদা তেনজৈ অহুনা থুন্না যৈশিন্দুনা পানখিবম্মী। "কৈদ শোযগনি।" লুচিংবহুনা মোমোন নোকনা হাযবকই— "কল্লবা হুগী তেনজৈ অসিনা মাগী হকচাংগী ঈ-তোং পূম্বা মীৎকূপ্তা হুগী ঈচেল ওলহনখিগনি' মহাক মীৎকূপ অমগী মনূংদা শোযদনমক শিবগনি।

অদুবু মহাক্তী লেপ্পা লৈতনা অম্মুন অম্মুম থোববলি' মৈবা পাযবা মুপাদুনা লাউবকই "যেংবীয়ু অথৌবা। মহক শিদে, হৌজিক ফাওবা চঙশিললকলি অবেপপা বৌবা লৈতনা ঐখোয তন্না!"

থুনমক লুচিংবা অহুনা খাইদগী হেন্না মহু কল্লবা হুগী তেৌজ অমা অমুক তেঙ্গা থোংলকলে। হন্দক্তী লাইবেল অহুগী চাউরবা নোযববা অবংবা মথা অহু তমলকলে। থীন্দনা তেৌজ অহুনা মাগী অথোৎপা মথাদা থু়ন্না অমুক চঙখবে।

হন্দমুক্তী লাইবেল অহুনা শুরুং মনুং অহু থক থক নীকপা মথৈ ফু় ফু় কামলকলে। মযা কোঙ্গোল কাবক্লে। হুগী মৈচাকনা শুরুং মনুংদা থেকনা খোযনা লেঙলকলে। অস্নুন্না ফনা কুইনা মৈচাক খাঙলমলবা মতুংদা লাহবেল অহু লেকথবকলে। হৌজিক্তি জগৎ প্রলয় তৌবম্বা নোং-নুংশিৎ, অখাক-অবাউ পুম্বহুস্নু নেমথবকলে।

মতম অসিদা লৈহৌবিবা মখোয অহুম চঙহুনা অকিবা ফংলবা অশিবা লাইবেল অহুবু শুরুং-মনুং অহুদগী চিংথোকলুনবা চঙশিনখিবম্মী। মখোযনা চীবোং পাল্লবা লাইবেন অহুগী মচী অনীহু পাযহুনা ঙমজবা থোনা ফু়ক্তু়না চিংথোকপা লাকনবম্মী। খঙহৌদনা অচৌবা লাইবেল অহুগী মশাহু মতৎ অমা কেল্লকপগুম, কবিগুম্বা শক্তক খব মখোযনা চিংথোকলকখি।

অঙকপনি। মহু চাউববা শাজল অমা ওইবমলে। অকিব ফং-লব, লাইবেল অহুনা চাউববা শাজল অহুনা শুকং মনুংহুদা চঙলুবা মতমদা যোৎলম্বা ওইবমলে। হাযবিবা শুকং অদু়দি লাইবেল অদু়গী মংকাল ওইবম্মী। মতম খুদিং শুরুংদু়গা লাওবা মান্নববা লাইবেলদু়গী চাউববা মথাযাৎ অদু়না কাথেকলদু়না মী-শা-ষল জিবশিংনা থু়পলবা ঙাইদূনা লৈবম্মী। অস্নুন্না শুরুং অদূদা চঙলুবা জিব অমতনা অমুক হন্না মপান থোকনবকখিদে। অদু়গুম্বা শুরুং অদূদনি মখোযনা চঙ-লুবিবদু়। মখোয কযাদ মবায়বক ফখু়বা, কবিগুম্বা শাজল অদু়মা লাইবেলদূনা যোৎলমদবা থোকলবা, নৎত্রগা শাজলদূমক নক্তনা অতোপ্পা জিব অমা যোৎলম্বা থোকলম্নবদি মখোয় খুদিংমকপুন্নু লাই-রেল অহুনা খু়দক্তু়দা পুন্না যোৎ্রবমগদবনি। অশাংবা চীরোং পাল্লবা

শাজল অতুমা য়োৎলুবদি লাইবেল অহ নূং অনীগী মবক্তা হা হাযবত্থ ওইবত্থনা মতম কযামা বান খাঙল্লমলবনি। যোৎশিনসি হায়রে চী-বোংত্থনা যাদ্রে। ওথোকসি হাযবে ওথোকপা ঙমদবে। অস্থুম্না অঙকপা শক্তম অমা ওইনা লৌবমলবা লাইবেলনি। মখোযনা অহানবা কাপ-খিবা তেন অত্থনা শাজলত্থগী মন্নাযবক্তা পানবনা লাইবেলত্থদা ত্থগী মৈচাক ফাওনমদে। অত্থবু অনীশুবা তেন্দুনা মাগী অথোৎপা মথাদা পানবদগী লাইরেল অত্থ শিবনলিবনি। অসিগুম্বা অঙকপা থৌদো অসি খঙলবা মতূংদা মখোয অমুক হন্না মপান্দা থোবকলে।

মতম অত্থদা লুচিংবা অদু না হাযবকই -"হৌজিক নোং-ঙুংশিৎস্থ লেপখ্রে। মবাযবক থীববা মুপা অনীসিবু পোৎলোইবীবন্নবা শীং শে-শি।"

অসি হাযবদু না মখোয অহুমনা থুনমক পোৎলোইনবা থৌরাং তৌবকলে। অকনবা নোং-ঙুংশিং অদু না থুদেকলকপা অকংবা উ-ঋা খিবিক খোমজিন্দুনা অচৌবা তুবেল অত্থগী মপান্দা পোৎলোইফম শেমলে।

মতৌ অস্থুম্না মখোযনা অশিবা মশা অনীমকতুবু পূন্না যজ্ঞগী মৈথক্তা থাঙ্গৎলত্থনা মৈ থাবা হৌবকলম্মী। ঙাহাক্কী মতূংদা মখোয়না পুবকলিবা ত্থইরোইশিং অত্থনা অথাপ্পা তুরেলগী মরীলদগী লাক্না লাক্না খোংলকলম্মী। মখোয পূম্নমক অমত্তা ওইনা মাযকৈ অদোমদা য়েংনরক্লম্মী।

মতম অদু দা মখোযগী মীৎতা অঙকপা থৌদো অমা উরকলম্মী — অকিবা ফংলবা তুরেল অদুগী ঈরৈতন্না উরু-উরু লৈশিল্লবা ঈচেল অদু দা কায়-তোইরবা পোঙ অমদা অশিবা মশা অনী পূম্না তাউথ-মিন্নরক্পদু।

"যেংউ ! যেংউ। অঙকপা মতৌ অসি।" লূচিংবদুনা খুদোম্বী থিল্লদুনা হাযবকই। মখা তাবকই—"অকিবা ফংলবা ঈশিংগী ঈচেল অসিদা অশিবা মশা অনী অসিবু পোঙসিদা হাপলগা থাদবকলিবা অসি।"

অঙকপা মতৌ অসিবু অথাপ্পদগী হৌনা মখোয খুদিংমকনা অমতা ওইবা মীৎযেংনা মনীং কূপতবমথৈ যেংলকলম্মী। পোঙ অহুনা লেপ্পুনা তাউথবকপগা লোযননা মখোযগী মীৎযেংস্থু অস্থুম অস্থুম নকশিল্লকলম্মী।

"অশিবশিং অসিদা মুন্না যেংউ?" লূচিংবদুনা হাযবকই। মখা তাবকই "কনা কনানো হাযবা নখোয খঙলববা? শোযদে মখোয অনীসিনকনি ঐখোযনা থিবকলিবা মখোযশিং অদু। যেংউনে নখোযস্থু রাজকুমাব নত্রা ন? শেৎলিবা ফিজেৎ অসিদা যেংউ?"

"মান্নি—মান্নি অথোবা।" অতৈত্বুনস্থু রাপাঙলকলম্মী। মখা তারকই—"অদুবু হৌজিক কবম তৌবা তাই?"

"করম তৌবা হায়ববু কবিনো?" লূচিংবত্নুনা হাযবকই 'নখোয ফমথোন কানীংবা কনানো? পোঙ অসিবু মফম অসিদা পুশিল্লকপা ওম্বা হুপা অদু শোয়দনমক লূচিংবা হাপকনি।"

মখোয় অনীহ তূমিন-তূমিন লৈনথি। কনামতস্থু হোৎনরুগে নীং-লমদে। মহু উবদা লূচিংবদুনা হাযরকই—"নখোয় কি নত্রা? নখোয় শিবা কি? অহুগা মসিমদি নীংশিংলিবা নত্রা? ঙক য়োম্বনা মেঞ্জব ফংদে হায়বত? য়েংউ ঐখোয়বু মফম অসিদা থারকলিবা, শিবা য়াবা থৌদোক কযা থেংনবিবা, তূমফম চাফম খঙদবা মথৈ খাঙলকলিবা পূম্নমক অসি মাঙদা তাউথবকলিবা মখোয় অনীসিতবু ফংনববনি ! মাঙদা

পোৎলোইবিবা মথোয় অনীসিম্থ করি নত্তবদা মশিখি। শিবা হায-বশিবু কনানা থাদোকপা য়াগদগে, থৌনা ফনা থবক পাঙথোকপদা শিখিবনা অস্থূম্না মমল লৈতনা নোংদম্বগী থযাৎতা তাহ্থনা শিখিবদগীদি শৰুক চাম্মা হেন্না ফৈ।" পোঙ অহ্দা অমুক যেংলহ্থনা হাযবকই—"হাযন-হাযনা পোঙ অসি যৌশিল্লকলে। নথোয চৎলু, থুনমক কশাংবা ৱারোই মচা অমতং যাল্লুচো, ঐ চোংথবগে ঈশিং অসিদা। ঙমলিবমখে অকনবা ঈরৈ অসিদগী পোঙ অসিবু তোবর্বান তান্না চিংশিল্লকনবা হোৎনগে। নথোযনা চৈশাং অত্থ ঐগী খূৎতা লাম্বা ফংহল্লবউ?"

অসি হাযরমলগা থৌনা ফববা লুচিংবদু ঈবৈনা উকু-উকু লৈ-শিল্লবা কল্লবা ঈচেল অদূদা চোংথখবে। তোবর্বান্দা লৈহৌবা অনী অত্থস্থ থুনমক মনাক নকপা চীংমায অত্থদগী শাংলবা ৱাবোই মচা অমতং যাল্লে। অত্থগা মবুঙোনা হাযবম্বত্থমক তৌরুনবা ইত্থনা লৈখ্রে। অথৌবদুনা মাগী অথৌবা মথৌনাদু উৎলদুনা কল্লবা ঈবৈ অদুগা মাযোকনবি। কবিগুম্বা মতমদা মহাক অকনবা ঈবৈলক্তা লূপথখি। কবিগুম্বা মতমদা মহাক ঈবাকনববা মীগুম মগূৎ-মশা হাইববই। অস্থূম্না মতম কুইনা হোংনকুববা মতূংদা অথৌবা অদু পোঙ অত্থদা মখূৎনা লাম্বা ফংখবে। ঙাহাক পোঙ অত্থদা কোন্দুনা শ্বব হোন্দোক্লবা মতূংদা মহাক তপ্না-তপ্না ঈবেল অহ্দা হোৎলহ্থনা তোবর্বানলোমদা চিংশিল্লবা হোৎনবম্মী। অকনবা ঈবেন অত্থদা অচৌবা পোঙ অত্থ অথৌবা অত্থনা চিংবদি পীক্লবা ককচেং অমনা ঈচেন্দা তাউথরকপা অশিবা তীল অমদা তোংলত্থনা তোবর্বান তাম্না পুশিল্লকনবা হোৎন-বগুম্মী। থবদং খোৎল-খোৎলহ্থনা চিংশিল্লকই, ঈবৈনা অমুক পুথখি। অমুক চিংশিল্লি অমুক পুথখি। মতৌ অস্থূম্না য ম্না ৱানা হোৎনরুরবা মতূংদা তোবর্বানলোমদা তপ্না তপ্না চিংশিল্লকল্লে।

অশিবা মশা অরীত্থ তোবর্বান্দা চিংথৎলবা মতূংদা মথোযনা যাম্না কূপ্না মশা শোক্তুনা মিহুন য়েংলকই। মশা পূম্বা ঈংমনখিবনা করিগুম্বা মিহুন অমতম্থ ফাওবা থেংনবমদে।

তাম্না মফম অত্থদা মহাকপু মানাথ-নাহৎপাং [illegible]

থুনমক মখোযনা অশিবা মশা অনীদুগী কামখৎলবা পুক্কী ঈশিং ওথোকহল্লে। যজ্ঞগী অশাবা মৈনিল মনাক্তা পুশিন্দুনা মৈ যাইহল্লে। গুহাক্কী মতুংদা অচোৎপা ফিশিংহু কংশিল্লকলে। মদুনা হিগা য়ৈবগুম থোকহল্লবা, জ্ঞান য়াওরুদ্রব: মশা অনীত্ত খর-খরা লেঙলক-পগুম তৌরকলম্মা। থুনমক লুচিংবত্তুনা মিহুন য়েংলকলম্মী। মানা খঙলে মহুদি অশিবা হকচাং অনামক চেকশিন্না হোৎনরবদি হিংবা যাই হাযনা। মরম অসিনা মখোযনা যজ্ঞ তৌবিবা মশা অনা অহুবু যাবিবমখৈ থুনা লোইশিন্নবা হোৎনবকলে।

* * * *

অশিবগুম তাহুনালৈবিবা শাবী-শানৌ অনী অত্তুগী মমাওগী রা অমুক্তং নীংশিংসি—

অহানবদা মখোয কল্লবা ঈচেল অত্তুগী ঈবোম্নুংদা লুপলুবদা জ্ঞান মাঙলম্মী! অত্তুবু রাজকুমারদি ঙহাক্কী মনুংদা তন্নমক জ্ঞান তাবকলম্মী। তেক কাযরবা পোঙ অহুদা চেৎনা পাযখিবা উবা অত্তুদি খক থাদোক-লমদে! অমুম্না পোঙ অহু ঈবোম্নুংদগী ফাওগৎলক্তুনা অমুক হন্না তাউথবকলম্মা। রাজকুমারনা পোঙ অহু তোবর্বান্দা চিংশিন্নব যাম্না বন্ন হোৎনরকলম্মা। অত্তুবু খঙহৌদনা অকনবা নোংমুংশীৎ অমুক হন্না লাকপদগী মহাক্কী হোৎনবা অহু মহয় য়ানবা ঙমলমদে! অকিবা ফংলবা অচৌবা লেন্দুন কযানা রাজকুমার অত্তুবু অমুক হন্না জ্ঞান মাঙহলখিরম্মী। মহাকনা চন্দ্রমুখীবু চেৎনা কোন্দুনা কয়াম্না খাঙ-জখি, অত্তুবু লেপ্পা লৈত্রবা অকিবা ফংলবা নোং-মুংশীৎ অহুনা চৈনা পাবরা অমদি নুংদুমগুন্না কল্লবা লেন্দুম্না অরৎপা লৈতনা ফুথবীরবা, ইঙবনম্ব ত্রৎ-ত্রৎ চংশিল্লবা মতম অসিদা তেক কাযববা লফুগী পোঙ অমতংনা মখাথবু কয়া কুইনা অকিবা ফংলবা খুদোং থাবা অহুদগী নাম্বোকহনবা ঙমলুগনি? পুম্নমক অবেস্থা ওইখরে। থুনমক মখোয় অনী মতম কযানা কুইনা অশিবগী পাম্দগুম তাউথরকলম্মী!



হৌজিক মখোয অনীবু অমুক হন্না লেমহৌবিব শগোল অনী অহুগী মথক্তা অমমম থাঙ্গৎলহুনা তপ্ন-তপ্না খোঙশানবা হৌবকলে। মতমদু ফাওবা মখোয় অনীদি জ্ঞান তাবমদে।

# চৈরাক পীবা ॥২১॥

থৌদোক অসিদগী অহল ওইববা সেনাপতী ধনবীর মৈ থোকনা শাউরে। হাযবা ইন্দ্রবা লমকেৎ লমহাইববা মচাহুপাবু মত ন থোকনা চৈবাক পীগে খন্নকলে। চৈবাক পুম্বগী মমাঙদা মমায় ফীরুক খুম-লবা সেনাপতিনা অমতা পোকপা মচাবু কৈঙুম শঙদা লংশিনখি। ব্রহ্মসভানসু রায়েন অসি তৌখিবনি।

লমকেৎ লমহাইববী সুপীমচা অহুদি মশম খুদাংদা যেৎলগা মপাগী মনাক্তা থিন্দোকখো, অহুগা চৈপাক অসিগী রাংমদা তাম্বোকখো হাযনা ব্রহ্মসভানা রায়েল তৌখি।

থীন্দনমক চন্দ্রমুখীবু লোয়ালম তান্না অমুক পুরকখি। অরাবনি। মফম অসিদা মাবু পোকপা মরাইবক থীবরা অহল ওইববা মধুমঙ্গলদি অমুক হন্না থিবা ফংখিদরে।

সুমীৎ অহু—

মাপ্পী মতম খুদিং সুমীৎথাঙুম যেংক্কররী মাতগী আশাদা মাল্লেম থক অসিদা পুম্সি খোংচৎনবা ঙমজ্ঞরিবা, মাবু যেংনা যেংনা রারবা পুম্সিবু মায়োকনঙমখিবা অহুগুম্বা মপা অহুনা মথানুংগী মচাবু থিবা খঙত্রবদা সুমীৎ অহুদগী চৎখি মফম কৈদনো খঙদনা! জগৎ অসি

ওন্নখি নুমীৎ অতুমদি মথানুংগী মচা শেংনরবা, থম্মোয় চাকলবা মপাদু নিংথৌগী মনাই অঙম্বনা চৈফম লৈনা ফুবীখি। মাঙখ্রবা লাযববগী লল পীবকলিবা অঙম্বগী চৈবাক, কৈদনো। কৈদনো কবম্বা মপা ওইবনা মচা নুংশিবা খঙলবা, চৈরাক অসিবু খাঙঙমগবা?

নুমীৎ অতুমককী অথেঙবা অহৌংদা অতল অদু থম্মোয কাযনা নোঙ্গাখি। মানা নোঙ্গাখিবগী মরদি - নুংশিজববী মচাগীদক্তা থঙ্গবদা শ্বর ফুনগৎতুনা শিখিবনি!

মচানুপীনা চৎত্রিডৈ, লমবেল অদুদা তমথীবগী মশক কংলবা, মানা মথম্মোয কাযনা পাউমেনখিবনি অস্মুম্না "ইপাগী চন্দ্রমুখী। তাও ব্রাবী অমা ইপা লীগে' ব্রাবী অসি থম্মোয কাযববা; ঙসিদি ইপানা নঙোঙ্গা লীথোকলগে। অমুক লোৎলবোই। অমুক লোৎ-লরোই লীথোকলগে।"

খোগংলবা অহল অতুনা মাগী হৌখ্রবা কাযরবা মথম্মোয়গী ব্রার্বি ছ লীশাং শীংনা লীথবকখি - "নহাক্কী নমাদু ব্রাহ্মন হুবীনি, মশক মতৌ লৈববী। মানা লাঞ্জেললকডৈ, লৈখিবনি ঐখোযগী যুমদা শাইদাংহুনা' মতমনা ওস্থোকপা লাং অমদা ঐখোয অনীবু থুহনবীবমলে! মঃ-ঐ থাদোকনবা ঙমদনা মবী লৈনবকখি। থৌদোক অসি মীনোক চাউ-রবা তাইবংগী নাকোংদা যৈখিবস্মী মথঙ মথঙ ।

"নোংমদি ঐখোয অনীবু ব্রহ্মসভানা কৌখৎখি থাদোকনৌ হাযনা য়াথং পীবকখি, ব্রাকোং শেনতেক লুপা ৫০গা লোযননা।

"চন্দ্রমুখী। নহাক্কী নমাদু নহাক্কা কয়াদ শক্তম মান্নবা। ঙসিদি ঐনা খঙলে - নহাক নমাগী শক্তমতুমক শম্না মফৈ অমতা খেন্নদনা পুহনা লাকলে! নঙগী শক্তম লাংদা বাজকুমার অদু ঐনা অতুডৈ ইরাল লংজখিবঙুম মরাল লংজররে ঙসিদি !

"অতুদগী ইবেম্মা! ব্রাকোং শেনতেক লুপা ৫০০০! লানগাই-রকপগী চিন্নবা মতম! লুপা ৫০গী মমলদি মতমহুদা লৌ পরি অন্দা

পীবিনবস্নু লৈবমদে। নমাগস্নু কাযনবা শেংতেবস্নু তাবা মদুগী মহুংতা ইবান্নিমক চৎনবীগী আইনদু ননখাইরকখি। অদু দগী অদুদগা ওসিদি লোযালমগী মপোককুম মপোক অসিদ ওল্লবা, জাৎ তাবদুনা। অদুগুম্বা তমথীববা লমবেল অদুদা নহাবনা লইবক ফবা রাজকুমার অহুবুস্নু চীংশিনবীবা থক তৌকগনু

"তাও চন্দ্রমুখা ইপাগী ইবম্মা অহুদগী নওবু পোকপী পালমদু লোযালমগী তমথীববা ঈশিং-নুংশীৎনা নওবু পোকলমলবা মতুং থা ও তং লৈবল্লগা সংসার অসি থাদোকখি ..

অস্তুন্না কযাবক হন্না মাগী হুংশিজববা মচানুপীদা পাউমেনখিবনি। মতম অদুদদি মরু লুকথদুনা নতাখি। মমীৎতগী পিবাং শিস্থনা। অদুবু মতন্না যৌশিল্লকনবদা হুংশিবা মাগী মবমচৎ অফ-ফত্ত রাখল পূম্বা কাউখি। হুংশি ঈপাক্কী ঈবোন্নুংদা মফমদদতা থম্মোযসিনা পেঞ্জবদাবা থন্নখি।

মহাকনা মচানুপীবু কাযনখিবা হুমাৎ অদুদা হুংশিববী মহাবনা মহাক্কী মনাগুম রানা নংনা খালমগদবদু নাশিংলকখি। থম্মোয কাযখি থম্মোয কযখি। মানা ত ইবংগালসি থ দে বংমদ ইদু শে জ্ঞ-বম্মই অস্তুন্না থম্মোযশোকনা—

"থম্বাল। (চন্দ্রমুখীগী মমা) থম্বাল। ঐগী থম্মোযগী হুংশি-থোইববী। নহাক্কী অনিশুবকপা শক্তমতু মালেমথক অসিদা লৈকা ফন্না শাৎত্রিঙৈ মপা ঐনা হাযবা তাবিদা চৎখেন্নে। চৎখেন্নে-হুংশি মাগী মবমচৎ মহৌশাগুম' ফবে থম্বাল...নহাকনা মপোক-মপোক থুদিং অসি হন্না হন্না পোক্কুনা মীনমলবা জগৎ অসিদা হুংশি রাবী অহু লীবমখো শকলম্মু হুংশিববা ঈশৈছু।" অসিদং হাযবমলগা অহল অদ পাকলবা নুংপাক অহুদা যাহিপ্না পুন্সিগী অবোইবা তুমখুন তানথবে।

অস্তুন্না মপাস্নু নোঙ্গাখ্রবদা চন্দ্রমুখী অমুক হন্না পুবকখি কোল্লুং তান্না মফম অহুদা মহাকপু মীনায-নাইথাং যৈনা তোল্ল তারা মপোক্কা

মপুনসি লেনহনখি। মুংশিবগীদমকতি মীওইবনা অৱাবা কয়া খাঙ-ঙমই। অসুম্না মবাইবক থীববী চন্দ্ৰমুখীসু নোংমা নৎত্ৰগা নোংমদি মথম্মোযগী চান্নববু উম্নবকখিনি খঞ্জহ্না ৱাববা তমথীববা সমাজগী চেকপলসুং অসিদা মোমোন নোকনা মখুন্সি লেঞ্জবা ঙমখি।

---

## শৰো শীনবা ॥২২॥

নোংমা লৈকোম্নুংদা থেংনখিবী লৈপাকলৈ অহু কমদোৌখ্ৰবগে হাযবহ্ ঐখোয অমুক্তং নীংশিংখিসি।

মহাক্কী বাজকুমাবনা থাদোকপীবম্বা মুমীৎ অহ্নদগী মাগী ৱাখল-তনা অনা শঙ্কুমলকখি ঙসি ফাওবদা। মতম কযামা চুপ্না যাম্ফক যাতাবগুম যাহীপনবকলবনা ঙসিদি লৈপাকলৈগী ফিভম অসিনি হাযবা ঙনদবে। অসিগুম্বা মুংশিবগী লাযনা অসিসু মীওইবগী মফমদা কবি-গুম্বা মতমদা নাবক্তবা নত্তে।

অসুম্না যাহিপ যাতাবিবী লৈপাকলৈগী নাক্তা মতা কুন্দালৈনা মতমখুদিং সেবা তৌজহ্না লৈজে। কবিগুম্বা মতমদা মপূকনীংগী চাক্ৰবা মৰাহৈ কযাসু ফোঙদোবকই। কবিগুম্বা মতমদা বাজকুমাবতবু শোজ্ববনা মঙফাওনবকই। মতাবু কৌশিন্দুনা হাযবকই—"ইতা! বাজকুমাববু অমুক হন্না উনবা ফংলবোইদ্ৰা?"

"কবিগী উনবোইদগে ইতা?" কুন্দালৈনা খুমলকই - "মহাকনা চৎলুবা অবানবা শাজৎ অহ্নগীদমক মপাবুংনা মাবু মতীক থোকপা চৈবাক পীখ্ৰবনি' লমকেৎ লমহাইববী মুপী অহ্নগী মীনায় নাইথাং য়ৈহনখবে।"

"অন্নাবনি ইতা!" লৈপাকলৈনা থূমলকই—"মখোযবু করিগী-দমক অত্থক তমথীবা চৈবাক অত্থদি পীবীবিবা?"

"মখোযগী মপুকচেল ওন্নবগীদমক।" কুন্দালনা হায়রকই—"মত্থনা নহাক্কীদি কযাদ লাইবক ফগবা?"

"ঐগী লাইবক ফবা।" লৈবাকলৈনা মাযথোং স্নুংশুক-স্নুংজাননা থূমলকই—"নখোয খঙদে নংত্রা? নুংশিবা হাযবসি কবিনো হায-বত্থ নখোয খঙদে নংত্রা? নুংশিবগীদমক্তা ঐনা ঙসি অনা শঙকূমলি! অত্থবু! নুংশিবগী মহূদি থোইনা হেনগৎলকই। নখোয থাজবা ঙম্মা ইতা—চৈবাক পীবত্থনা মখোযবু লমবেল অত্থদগী থাইদোকনহনবা ঙমগনি হাযবা? পুম্নমক অবেম্বনি থাপ্নবগা হেম্না নকশিন্নবা, খৎনবগা তেন্না চান্নবা, চৈবাক পীবগা হেন্না অনৌবা থৌনা পোক্‌ক সিনুংশি-বতনি।"

খঙহৌদনা লৈপাকলৈগী মীৎতগী পি শীস্থবকই। ন্নানা মখা তাবকই—'কনিঙ্ম্বা ইতা, ঐ অসিনা মত্থগী অশেঙবা যেকন থুবৌ চেন্নহনবত্থ ওইবম্বা থোকলবদি ঐ শিজখিবনা মতীক চায!"

ঙসাই মখে মচাগী ন্নাঙাংশিং তাত্থনা লৈবম্বী তোম্বীনু (চাউ-খোম্বগী নূপী) না মনাইনুবীদা ওনশিল্লত্থনা হাযবকই—"তাবেদনা নহাকম্নু! লৈপাকলৈ ঙসিদি অঙাওবীগী পাম্দমগুমলে! কবি উপাই লৈ?'

'ঐগী ন্নাখলদা মসি কোকনবা উপাই অমতংদি লৈ' হৈ শিংলবী চন্দ্রজ্ঞিনীনা থূমলকই।

"হাযযু তাসি ফগদবত্থ?" মীপাই চাউবী তোম্বীস্থনা হংই। "ইরেম্মা, মসি চিকনা ঙাংনগদবা ন্নাফমনি। নাকোং অনিশুনা তাবা যাবা নত্তে।" অস্থম্না মপু-মনাই অনীমক অচীকপা মফম অমদা থোরক্তূনা ন্না তানবে। চন্দ্রজীনিনা হাযরকই—"হৌজিক ফাওবদা বাজকুমাব অমদি চন্দ্রমুখীগী ন্নাখল হোংবা লৈনদ্রি!"

"মত্নমকনা ওইবিবনি লৈবাকলৈগী ঙসিগী দশাসি" তোম্বীনুনা খুমলকই—"মত্ন কোকনবা উপাইহ্নু পুথোকলকউ ?"

চন্দ্রজিনীনা লোন্না তোম্বীনুগী মনাবোংদা চঙশিন্দুনা হায়বনই —'উপাই হাযবনু লৈবকেৎ লমহাইবাহ্নু সংসাব অসিদগা মাগী খোঙ্গুল মুথৎখিবা অহ্নু নংত্রিমখৈদি।"

তোম্বীনু খাই লাউখি। ঙকনা হংলকই—'হাযবদি মাবু হাৎপা ?"

"অচূম্বনি মত্নমক পাঙথোক্তবা যান্দ্রবনি।" চন্দ্রজিনীনা খুমই। "কবিগুম্বা মত্নগী মবম খিনবকলবদি ?" তোম্বীনুনা ঙকনা হংই। "মহ্নদি যান্না লাযখ্রবা রফমনিনা ইবেম্মা।" চন্দ্রজিনীনা হৈ-শিংনা খুমলকই। মখা তাবকই "ইবেমদি তাবি দ্র. ছাজিক র জবুম দবু মগা' রাখলহ্নু হোংখিনবা হাযহ্নুনা অকনবা চৈনাক পীববনি। জেল মনু না লৈনা-লৈনা যোহ্লিং ফলাং চন্দুনা মাবু ফু-চৈপিবনি। অসিগুম্বা মবুংঙোগী অন্না-অনা চৈনাখোল খিবিক অসিবু মমীৎ থাৎনা থানা যেংহল্লিবনি চন্দ্রমুখীহ্নু। মবুংঙোগী অন্নাবা খিবিক অসিগী হেনক-নফমদি মাতননি হাযনা খঞ্জবা চন্দ্রমুখীনা নাতোমতা শিজগে থৌবাংখিবা হৌজ-থেংখাঙ কযাবকনি। অহ্নবু বাজকুমাবনা মাগী আশা উহনবতা। মহাক ঙসি ফাওবা হিংহ্নুনা লৈবা ঙমলি। ঙসিদি মহাক বাজকুমাবগা অমুক হন্না উনহনদবে। অনীমক অমনা অমগী মন্না-মপাউ তাববোইদবা মফমদা থন্নখবে।"

"মহাক্তা মহ্নদা শিজখিবা যাদববা ?" তোম্বীনুনা মখা তানা হাযবকই—"কবিগীনো মহাকনা ঙসি ফাওবদা মী ওৎতুনা লৈবিবা অসিবো ?

"অহ্নবু মহাক্তীদি আশা লৈবি।" চন্দ্রজিনীনা হাযবকই—"মহ্নদা মহাকনা পাক হেক শিবা যাববদো ? মানা হাযখিবা রাফম কযা ইনাসিনা তাখ বনি। মহাক খক শিজরোই মথন্নতা।"

“কবি হায় ?—করিদি হায়রিবগে মানা— ?”

“রাজকুমারনা মথল্লাই থাবা হুমীৎতুদা মাগীস্মু অবোইবনি। হুমীৎতুবু মানা খোৗরাংনা ঙাইবি।”

“অহুদি মানা হাযবিববু মাগী মপুনসিহুদা বাজকুমারবুদি খক থাববোই হাযবসিনিনে ?”

“মহুদনিনে ঐখোয়গী খোইদৌ শীকলিবসে।” চন্দ্রজ্রিনীনা হাযবকই মথা তাবকই—“অহনা মহাকপু থুনমক মাঙহনখিদবা য়াদবনি। নৎত্রবদি তমথীববী মহীক অসিনা অতৈদম্মু লৌনগনবা লাযনাগুম শন্দোবক্তুনা পূন্নমক্কী ফত্তবা ওইবকপা যাই।”

“অহুদি হাযযূ ?” তোম্বীহুনা হাযবকই—‘নঙনা কবম্বা উপাইনা থবক অহু পাঙথোক্কদৌবিবনো ?”

“অহুগী ব্লাবুদি ইবেম্মা,’ অসি হাযবহুনা হৈ-শিংলবী চন্দ্রজিনীনা মনাকোংদা চঙশিন্দুনা যাম্না লোম্না কবিগুম্বা ব্লাফম খবা হাযখিবম্মী। তোম্বীনু ব্লাফমহুদা মঙক নোমল-নোমলহুনা তাবমই। যানিংবা উৎলম্মী। মহু পূন্নমক নাপ্পা চীকনা তারুববা মতুংদা তোম্বীহুনা হায়রকই—“ফবে, নঙনা মহু হেক পাঙথোকপদা ঐগী ক্যামলৈগী লীকফাং পরেংসি নথূত্তা শিন্নগদবনি।’

“হুংঙাইজবেদা ইবেম্মা। মনা অহুত্তবু পীনবিববদি ননাই চন্দ্রজিনীনা ঙমখোইদবা থবক কবি অমুক লৈরুগনি ? মহাক শিখ্রবা মতুংদগীদি বাজকুমাবগী ব্লাখলম্মু নোংমা নোংমগী হোংলক্কনি। মীনম্মু থাজননি, অস্নুম্না মৈচাক অসি থাঙবা ঙমজদবদগী মতোমত্তা হু চাহুনা শিজরম্নবনি হায়না। কনাগী মথক্তা অমুক আপতী লৈরগদগে ? লবুক থরোই অহাম্বা অমনা শিজখিবদা—!”

অস্নুম্না ব্লাতানবহু লোইশিনখি, মপু-মনাই অনীমক! তোম্বীহুনা মনাইবু থবক অহু মায পাকনা হৈশিংনা পাঙথোরকনবা শিন্নথল্লে।

---

ঈচেল থাগী হুংখিলদা শাদবপা হুংশা' বালেনগী শাবৰ কোবৌ মৈশানা কৈদৌনি। মালেম অশি শেৎ-শেৎ চিংখাযবগুমলে। তাইবংজিব পূ'ৗ হা-কাব লাউনবকলে? তিন্থ্রোক যাংদৌ চোংবগুম থাঙনবকলে। ঈশিংদা চাউজবা লেমলৈ ঙাবু পাক-পাক ফাবীরগা খাম্বী থক্কী মৈ থোক্লবা উৱানন্নংদা ঙৌবগুমলে।

অসিগুম্বা অকিবা ফংলবা ওল্লাং ওনশাওনববা নংশাগী মৈশা মবক অসিদা নাইথাং-শীংদা চল্লবা মীনায নূপা নূপী কযাদি পোৎপু নমদা থোংলবা শা-ষনগুম মপূগী যাকা ইন্না থবক নোমলি। ৱাবে হাযনামীৎকূপনত' ফাওবা লেপলুবা যাদে, নমদা শাক্তৈ কাবল লাকপী। অৱাবনি – অৱাবনি মীওইবা। মীওইবনা কবিগীদমক মীওইবা অমৱ অম্বুক তমথীনা ওৎপীবিবা? অইঙবা মফম থন্দুনা লৈন-লৈনমক্তা মৈশা অসি খাঙঙনদ্রবদা, মীওইববু তোল্ল-তাব শীংদা ওৎ-নৈবীবা। মখোযগীম্মু মীওইবগ' অৱা অনা মশক খঙবা ঙম্বা মথ'ম্মায পাল্লিবনি। কবিগী অদূক মীনুংশি খঙদবগে?

মতম অসিদা কোক্তা পোল্লাং পুত্থনা নূং হোল্লিবী নৌবিবী নূপী মচা অমনা কোবৌগী মৈশা খাঙঙনদ্রত্থনা, পখৎবী হকচাং—মালেম লৈদা হাইথবকলে। নুপীমচা অসি খৌবাংবনা চবম থ্রক থ্রক কংথে। মাগী মতৌচু উবগা নূং থুগাইবিবা মীনায নুপাশিংনা মুন-মুন যেং-লকই! অৱাবনি। অৱাবনি। শোল্লকই—।

মতমসিদা নাইপানবনা চঙলক্তুনা নূপী মচাত্থগী নৌববী নঙ্গলদা শাক্তৈনা থাবত্থনা হাযরকই—"কবিগী পোথাত্থনা লৈথোকলি? চৎলু নুংশি হোল্লুখো!"

"অঙম্বা।" হুপী মচাহ্না হাযবকই—"অহানবদা ঐবু ঈশিং খরদং পীথকউ, মতুংদা নখূৎ পেন্না ঐবু ফ্বীয়ু?" মাগী মীৎলুদগী পিরাং শিন্থবকই।

হুপীমচা অসি অতে কনা নত্তে। চন্দ্রমুখীনি। চাদবনা শকফম ওললমলে। যাকলবা হুংশাগী মৈশানা মাইথোঙগী ফজবা মাঙহনখবে। তনৌ তনৌ তঙাংবী কুচু মুশিন মুনা কাহৎলমলে।

মানা মমীৎতগী মপি তানা হাযজবিবা অচু তাবীদনা নাইপানবা অচুনা লাউবকই "হুঁম-ঈশিং। ঈশিং॥ নঙগুম্বী নাইথাং যৈববী মীনায়হুবী অমগী খোনাউ চোৎননবা ঈশিং মবিক অনতংদি হাযরুগু। পান্নবা মালেম অসিনা মযা লাওনা কাথোক্নুনা লাইজ ঈবিক অমতং ঙাইজবকপা থাবুম কযা হৌখ্রবনি। অসি ফাওবদা থোক্লগা হৈত্রবা নোংমদোল অসিনা লাইজ ঈবিক অমাফাওবা থাদবীবক্তুবদা নঙগুম্বীনা ঈশিং।" অসি হাযদুনা থাকনা নোকলহুনা মথোং কারকপী হুপী মচাদগা হকচাং কযাৎশিংবু মীহৌ মীৎযেংনা যেংলকই। গতি লৈত্রবী তোন্নবীচু কুৎলবী মমীৎতগী তাঙমত্রবা পিবাং কযা কয়া শিন্থ'শিন্থ শিনবাংনবা চৎখ্রে।

নতন অসিদা হৈ-শিংলবা চন্দ্রজিনীনা মথুৎতা ঈশিংগী তুম্বা অমা পাহবদুনা মীনাম হুবীশিংগী শীংদ চল, অমনবা চবে শেৎ-চাদুনা পৈবিবা নুংযামহুগী মরুমদা লোন্ন-লোন্না মীৎকুপ নাহুম যে হুনা লৈবি।

মতম চানা মহাকনা চন্দ্রমুখীবু মফম অদুদা মঙ্গ্লনহুনা কৌশিল্লে। চন্দ্রমুখীসু হবাও হবাও চঙখি। অস্নুন্না চন্দ্রজিনীনা চন্দ্রমুখীবু চাকনা যান্না চীকনা মরুম নাইবা মফম অমদা পুশিল্লগা হায়রকই "লাইবক থীববী। কযাদ হুংশিখ্রবা নহাকনা মতৌ কবন্না তমথীববা নবক অসিদা চৈবাকসি ফংলবিবা? নঙগী নতৌ যেংবা ঙমদ্রে। ইচাগুন্নবী নহাকনা শাববা মৈশা মবকসিদা নুং থুগাইবা নুং হোনবা। ও নৌববী খুবাক অসি ঈশিং হাল্লে। কয়াদ

তমথীখ্‌বা' ইমাস্ন চৈরাক অসি ফংলি। অহুবু ঐগীদি কুইরক্লে, চহি কুমজা ১৫ হৌখবে। ঙসিদি ঐবু অদুক হাকনা মখোয়না ওৎ-নৈবা তৌত্রে। অহুবু নাই ওইবা হায়বা দগি অসিদগীদি মপু মানা কোক-পিত্রি।"

অস্নুন্না তাৎ তৌবা ৱাঙাং কযা কযাগা লোয়ননা হৈ-শিংলবী চন্দ্রজিনীনা হু হাপ্লবা ঈশিংগী তুম্বা অহু পুথোক্লহুনা হায়রকই "সে ঈশিং অসি নপূক পেন্না থকউ? নখোয থিবিক্কী সেবা তৌজবতনা ঐগী কর্ম্মফল অহু নিজবিবনি ঙসিদি।"

চন্দ্রমুখীগী মফমদা ওইথোক্রবা থৌজাল অসি উরবদা হুপী অহুমক ঈশ্বর মানা তোল্ল তারশীংদা চল্লবা-চল্লব' কযাগী মথাই কনবীনবগীদমক স্বর্গদগী থাবকপগুম থনখবে। হুংঙাইমনখিবনা কবিগুম্বা থাগৎ ৱাহৈ অমা ফাওবা হাযবম্বা নংলমদনা চন্দ্রমুখীনা হুপীহুগী খুৎতগী ঈশিং তুম্বা অহু লৌহুনা অইঙবা লাঈজ অহু হনবা লৈত্রবা খুৎথক অমদা পেন্না থকপা হৌবকলে। ঙাহাক অদুদি মৈচাক ফংলমলবা কেম্লবা মথম্মোয অদূ পুমইং ঈংবগুম নীংলে। অস্নুন্না ঈশিং থকপা লোইববা মতুংদা হায়রকই—"থৌজাল হৈববী ইমা। নহাকপু লেপ্পমক ঈশ্বর মান মপোক মপোক খুদিং মঙ্গল পীনবীবা ওইসগু।

পেল্লে হুপীমচা'" চন্দ্রজিনীনা মোমোন নোকনা চন্দ্রমুখীগী মকোক্তা নাম্ববীরদুনা হায়রকই—"ঙাহাকস্ন পোথাখো উরুম অসিদা ইমাদি চৎলগে, অরাম খোরাংবনা থোগংনববা ইপারী ইমোম কয়াবু তেঙবাংলুখিগে!"

মতম অদুমক্তি চন্দ্রমুখী নেশা চারুরবা মীগুম হকচাংগী ঈ-তোং পুম্বা থর-থর পঙথবা হৌরকলম্মী। মতমদুদা চন্দ্রজিনীনা চন্দ্রমুখীগী মথুত্তা হুগী লীকলি অমা পায়হল্লমলগা থুনমক মকম অদুদগী থোঙ-শানদোকখি।

তাহাক্কী মতুংদা চন্দ্রমুখী হুগী মৈচাকনা ওম থোইনা খাঙবা হৌ-রকলে! শাবরা মৈশাগী মথক্তা থম্মোযথুংগী হুগী মৈচাকনা প্রোক প্রোক চাকহল্লকলে। থম্মোয পেন্না থকলুবা হুগী লাইজ অতুনা মাগী হকচাংগী ঈ-তোং পুম্বদা চঙখ্রমাম্রে। মশা পুম্বা পুম্মু মুশিল্লকলে। রানা মৈচাক খাঙলকলে।

মতম অসিদা নাইপানবনা চঙশিন্নক্রুনা লাউবকই—"কযাদ ঙক-খ্রবা হুপীনো? থবক্তি শুদ্রহুনা উরুম অসিদা পোখাবনলি। মতুগী মনাদি নঙ খঙত্রা?" অসি হায়বতুনা মীহুংশি থঙদ্রবতুনা মখুত্তগী শাজৈ অতুনা শেং-শেং কল্লবই। মতম অতু ফাওবদা মহাক কবিগুম্বা অমত্তা লেঙ-খোংপা তৌবরতন। নাইপানবা অতুনা মথেযদে থীংল-হুনা মহাক্কী পাপ চেল্লবা খোঙপাক অতুনা নৌদিবী অতুগী হকচাংদা কাওবকই। খংহৌদনা চন্দ্রমুখীগী থর ই যাওদ্রবা হকচাংনা নুংথক্কী নৈমাইনা থবো থবো ওন্থবকই। মতু উবদা নাইপানবা অতু ঙকপনা লেংখি। শিবিবা অসিগী মবম মানা ওইফম থোকলবরা হাযনা চিংন-খি। অতুবু থুনমক মহাকনা হুপীমচা অতুগী খুৎতা চেৎনা পাযবমলিবা হু লিক্তি অতু উবকলম্মী। মতু উরুবা খুদক্তা নাইপানবা অতুনা ওম্বোকনা ঙকনা শোঞ্জবকই—'ওঃ হু অসি থক্রুনা মতামতা আত্মা ঘাট তৌজববা। মতোমতা শিজনবা।" ঙাহাক ঙকনা যেংলুবগা মখা তাবরই – 'ফৈ থোনা নৈ হাযনা লৌবি ঐনা নঙবু। অসিগুম্বা পুন্সি মবেল অসিদা অস্থক রানা লেন্দুনা অস্থম্মক থবায হিংগদবগী শক্কপুদি মতুনা লিশিংলক হেন্না ফৈ।"

অসি হায়বমলগা নাইপানবা অতু থুনমক অঙম্বশিংগী মফমদা থৌদোক অদুগী মবীদা পাউদমলুনবা খোঙশানখবে।

# খূলং লমন । ॥২৪॥

নুমীৎতুমককী নুমিদাংরাইবমতুমক চন্দ্রমুখীগী অশিবা হকচাংহূ কোনুংদা পুখৎলকখি। মহূ ব্রহ্মসভাগী যাথংনি। অসিগুম্বা মশা মতোমতনা মশাগী আত্মাবু অরাবা পীদুনা হাৎচবা অসি মাংই। মাগী তিনফম মৈত্রবাকী পাকলবা লমদম অসিদা মনীং তম্না ফংহল্লমদে। মখোয়গী মাংলবা মশাদুবু শেংলবা মৈদা দান তৌহল্লমদে। মখোযবু অমাংবগী অমাংবলক্তা তিল্লবনি হাযদুনা সভাগী যাথং তুংইন্না লমফেল পাংকী পাংথী কোমথীবকতা হুন্দোকহলম্মী। লংজা ক্লাক; লমহূই কৈশাল অসিনচিংবা শাহিং চাবশিংগী মচীঞ্জাক ওইহল্লম্মী।

মবাইনক থীববী নুপীমচা অসিবু পুবকপা মতমদা পুবোহীততুনা মথম্মোয় শোকনা হাযখি—"অসিগুম্বা মাংলবী লমচৎ চুমদ্রবী কয়া পোকপনা মৈত্রবাক অসি খ্রক খ্রক কংলবনি। হৌজিক্তি কংলিবা অসিগী মথক্তা অমুক্কা মতম বুইনা কংবা তাখ্রে। অরাবনি লমচৎ নাইদ্রবী অদুবু হৌজিকমক মফম অসিদগী থাপ্পা পুথোকখ্রে। মাবু ওইহল্লুবো শাহিং চাবশিংগী মচীঞ্জাক।"

অস্তুম্না পুবোহীতকী যাথং ফংলবদা চন্দ্রমুখীগী অশিবা মশাবু কূ চন্দুনা লমফেল পাং তান্না পুখি।

* * *

নুমীৎ অদুগী নুমিদাংবাইরমদু সেনাপতি অমদি কৈরুংহনবগী ইমুংদা কযাগী মতীক নুংঙাইখিবা হরাও তয়ামখিবা। কৈরুংহনবগী নুপী তোম্বীনুনা মাগী আশা থুংলে মতাগুম মনাইহূবী চন্দ্রজিনীদা মাগী অরামন খুদোনপোং কৎথরে! পাপ চেল্লবী মহাক অদু লৈত্র-বনিনা হৌজিক্তি থুনমক রাজকুমার জ্ঞান তারক্লনি হায়না থাজনরম্মী।

হুমীৎ থরনিগী মতুংদা মথোযগী অমতা ঙাযক্ররবী লৈপাকলৈ লুহোং-লগনি। হুমীৎ অত্তুদা মথোয় কযাগী মতীক হুংঙাইগবা, তমফম থোকলমদে।

মতম অসিদা লৈপাকলৈদি কমদোরি? মতম কূইনা অমা অঙ-কুমলকপগী ইশাই হৌরিবী মাগী মনাকোংদা অসিগুম্বা পাপকী মশক ওইববা য়াফম অসি তারুবদগী মথম্মোয কায়না তেংথা নাওইরকই। কুৎলবা মীৎস্না অনীদগী শীন্থবকপা পিতনা চপশিল্লবা চাইরুং অনী লূপলহুনা মতা কুম্দালৈবু থূদাং পাযবতুনা চিংশিল্লগা হাযবকই—"ইতা! য়াফম অসি কবিগুম্বা ঐগী থম্মোযগী মবুঙো অহনা তারম্বা থোক্লবদি মহাকম্মু শোযদনা মাগী চান্নবীগী নাক্তা চৎখিগে হাযবমগনি।"

"নত্তে ইতা, হাযয়ু—ঐদি ঐগী ইথম্মোযগী পান্জনা খিবিক ইবুঙো মহাক্কা হুংশিজনফম ওইবিবী, মাগী মিৎকী পেম্নফম ওইরিবী মাগী থব্লাযগী থব্লায ওইবিবী (চন্দ্রমুখী) মঙোন্দা কৎথোকচববনি! মাগা অপেনবনা ঐগী অ্পনবা ওইগদৌবিবনি। অতুগা করিগীদমক্তনো মানা অত্রক অযম্বগী পুকচেল চেন্দুনা মতোমতা আত্মাঘাট তৌজ-বিবা? মতুগী মহুত্তা ইবুংঙো মাগ' পেম্নবগীদমক ঐহাক শিজবম্বনা হেন্না ফৈ।"

লৈপাকলৈ য়া মখা তাবা ঙমলমদে। হীক্না-হীক্না কপলকই! মতম অসিদা কুন্দালৈ মতাগী হুতিগী হিদাক থকপা মতম ওইবতুনা শেম-শানবা চৎখবে। মীৎলপ নারপ যেংতুনা হৈ-িংবগী চন্দ্রজিনীনা লৈপাকলৈগী নাক্তা চঙলক্তুনা ফমলে। অতুগা মাগী মিৎতগী তা-বলিবা মপিন্ত তৈথোকপিতুনা হাযবকই—"কপকম্মু হৌজিক্তি ইবেম্মা, নহাক্কী খোঙদা যুরম্বা তিংখং অতু নমাইবেম্মগা ঐগা তানতুনা শৎ-তোকখ্রবনি। হৌজিক্তি ঐখোয়গী নীংবা থুংলগনি।"

লৈপাকলৈনা ঙকনা হংলকই—"ঐগী খোঙদগী তিংখং নখোয়না শৎতোকপিরে হাযবা? মতৌ কবম্না?"

"ফত্ত্রবীদো হাংতোকখবে হৌজিক্তি!" চন্দ্রজিনীনা মোমোন নোকনা হায়বকই।

"নত্তে নত্তে। চন্দ্রমুখীবু?" লৈপাকলৈনা মীপাইনা হংলকই।

"মান্নি।" চন্দ্রজিনীনা লোন্না হায়রকই—"ঐনা হু পীথক্কুনা হাংখ্রবনি।'

"নহাকনা হু পীথক্কুনা হাংপা?" থঙহৌদনা লৈপাকলৈ জ্ঞান মাঙখিবম্মী। অমুক হন্না রা ভাংলকখিদবে। অরাবনি। ভমথীববা রাহৈ অহুমতনা লৈপাকলৈগী মীগুংশি খঙলবা আত্মানা লোনম চাউববা মায়া সংসাব অসিবু থাদোকলমলগা মাগী দিহেদগী চৎখিরমলে মহাক অমুক হন্না জ্ঞান ত.বকখিদবে। মশা লেকথবকলে।

মহু উববদা চন্দ্রজিনানা থুনমক "লৈপাকলৈ। লৈপাকলৈ।" হায়না কৌবহুনা নোং খোংবগুম কপলকলে। মাগী মুংশিজববী লৈপাকলৈবু মথুংমকনা হু পীথক্কুনা হাংপগুম খল্লকলে' মচাগীদমক ফননবা শিল্লুবা খিবিক পুন্নমক মাঙন-ত.কনবগী মশক ওইখবে। লোনম চাউববা সংসাব অসিগী মনুংদা মানা মমাঙভৈদা চৎখিবা লমচৎ, লাল্লুববা মরাল খিবিক লোত্তুনা অমুক থমনিংলকতবে। অবোনবা খিবিক ফোঙদোকলগে খল্লকলে। হুমাৎ অহুদগী মহাক মফম অহু থাদোক্কুনা চৎখরে।

---

## লৈপাকলৈ কনানো? ॥২৫॥

চথবকলিবা বারী অসিগী মনুংদা অবোনবা কযামুক লৈখি। ঐনা মসি মতাঙ চাত্রি হায়হুনা খক ফোঙদোকলকত্রি। হৌজিক্তি পাবীরিবা

ইবুংঙো ইবেম্মশিংগী মফমদা অবোনবা অসিগী শক্তক্‌ খরদং অমুক ফোঙদোকচনবা তাঞ্জা ফংজবে। চৌজিক লৈপাকলৈ কনানো হায়রবছু অমুক্তং য়েংসি।

মতম অমদা লৈপাক্কী ফম্নাইবা কৈরুংহনবা অসি মাগী যেক খোকনবা থাবিকমচা কৌবী মুপী অমগী শক্তম লাংদা থুবম্মী। মতম অহু মহাকনা লৈপাক্কী কৈরুংহনবা ওইবক্লবা চহী ১০মুক্কী মতুংদনি। মতমছু মহাকনা মহাক্কী যূমগী মুপী তোম্বীমুবু হুন্দোক্তুনা থারিকমচাগী মনাক্তা লোম্না কয়া ফোংনা কয়া মুংশি যাওন্নজফম খিরম্মী। লৌন লৈনবা যাদবা সমাজগী চৈবাকনদি কল্লকঙৈ, থম্মোযগী অপাম্বনদি ঈখৌলাং, মখোয অনী কযাদি কুইনা পুন্সিগী লমথুংফম খঙদ্রবা ঈপাক্তা তাউরুববা । অহুবু নোংদম্বা বিথিনদি তমলকপনা থারিক-মচাগী গর্ভমুংদা তাউজিংহৈরু মযোন চোংখবে। লৈপাকনম্মু ফম্নাইবা কৈরুংহনবগী অবানবা লৌচৎ শাজ্জৎকী মবমদা নিমফুং নিমফুং ঙাঙ-নবকলে। অম্মুম্না অম্নাঈপাক্তা তাবগদবা মবুঙোগীদমক খঙবদা থাবিকমচা অমা পোলুম্নখবে। অহুবু কৈরুংহনবদি লাক্কমু কৌবদা মযাখিদবে। চিঙৈনা নোংমদি থাবিকমচা চৎলগে হায়না খল্লকলে, মফম অহু থাদোক্তুনা। মতম অহুম্মক্তি মাগী গর্ভমুংগী তাউজিং হৈরুছু থাবুম মবি ফারকলে। মহাক অমুক খম্বা তৌদনা মযুম থাদোক্তুনা চৎ-খবে। মুমৌৎ কয়ানিমুক চঙনা কৈরুংহনবনা মাবু খিখি। ফংখিদে। পাউ অমম্মু তাখি - থারিকমচা মতোমতা আত্মাঘাট তৌহুনা শিবমলে।

থা ৬কী মতুং। নোংমদি কৈরুংহনবনা সনা কোমুংদগী অথেঙবা অহীংদা মতোমতা হল্লকপদা মাগী খরাই থোঙাল মনাক্তা ওইথোক্ত্রবা পোকপদা ঙায়রিবা অঙাঙ অমনা কপ্পগী খোঞ্জেল তারম্মী। অহানবদা মহাক কিরম্মী, মথঙদা মহাকনা অকি অথঙ খিবিক হুন্দোক্তুনা চঙ-শিল্লকপদা মুংশিরবা ঈ মতুমগী অঙাঙ অহুনা, শেগায়রবা ফিজেৎ খরদংনা য়োমলহুনা থুবী থজুপনরম্বা অহু থাবলগী মঙালদা উরকম্মী

মপুন্সিদা মচাগী প্রেম মশক খঙজদ্রিবা কৈরুংহনবনা অঙাঙ অহুবু হন্নাও-হন্নাও পমখৎলহুনা পুন্সিনখি। লৈপাক কনা খঙহন্দনা মচাগুম য়োকখি!

পুম্নমক অহু উরুবগা মমীৎতগী তরং লাইজ শিন্থনা অনকপা উপাল অমগী মরুমদা লোৎলহুনা যেংলম্বী থাবিকমচানা মোমোন নোকনা মীৎলু পিবাং তৌথোকখি!

মহুগী মতুং চহি খরা থারিকমচা শক লোৎতুনা পুন্সি লেনখি। নোংমদি মচাগী প্রেমনা ডাওখিহুনা থারিকমচা কৈরুংহনবগী ময়ুমদা চাকনিবী অমগী ফিভমদা চেঙ নিবা লাকলম্মী। হায়রিবসি লৈপাক-লৈনা চহি ৫ শুরকলবা মতমদনি। মতমহুমক্তি, চাদ-থক্তবনা ফিভম শোকলবী থারিকমচাবু কন্নামতনম্মু অমুক হন্না মাবু থারিকমচানি হায়বা শকখঙলরোই।

অস্থুম্না মানা লোন্ন-লোন্ন মচাবু শক য়েংবা লাকচবা হৌজ থেংখাঙ ঝামথবে। নোংমদি কৈরুংহনবগী মুপী তোম্বীমুনা হংলকই—"ইবেম্মা, নহাকপু ফনম্মু নহা ওইনা উবি। অস্থুম্না পুন্সি চুপ্পা নিদূনতা লেনবা ঙসি ঙমখিগদ্রা?"

"কবিদি উপাই লৈরি ঐহাক্কী? অস্থুম্না পুন্সিশি শিবা ঙাইবা নত্তনা।" থারিকমচানা খুম্নকই।

"অদূদি ঞা অম্না হায়গে" মীমুংশি খঙবী তোম্বীমুনা হায়রকই। —"নহাক্কী কনা লৈত্রে হায়রবনিনা নহাক মফম অসিদা অম্মুম্মক থবক শু-নোমদুনা লৈরোদনা?"

থারিকমচা ঙাহাক ঞাথলদা লুপই। ঙাহুাক লৈরগা খুমলকই—"মদু ঐগীদি কয়াদা ইন্নাযবক ফখ্রবা। অদুবু অঙম্বগী য়াথংদি··· মহাকনা অমুক তানথোকপিগদ্রা?"

"তান্থোকলোই,—ঐনা হায়রিবসিনি।" তোম্বীমুনা মখা তারকই—"অঙাঙ অসিমগা ঐগী অয়াবসি উবদা মহাকনা কনানো অমা থমলসি

হায়রকলিবা কুইরবনি। হন্দক্তী ফনা তান চারে, নঙগীসু ঐগীসু।" ঙাহাক অমুক লৈরুরগা মখা তাবকই—"ঙাইখো, করি হায়য়ে নঙগী নমীংঙবো, হেক্তা কাউই।"

থাবিকমচানা শেমঙনা নোংমা তাকখিবা মাগী অশাবা মীংঙ হায়-বকই "চন্দ্রজিনী' চন্দ্রজিনী হায়বনি সনা ইবেম্মা।'

"হোয় হোয় চন্দ্রজিনী হায়বা। কাউররোই।' তোম্বীমুনা নোক্লহনা হায়বকই, মখা তারকই—"মখোযগী মপাবুংদসু ঐনা হায়-গনি। ঙসিদি নুমিৎ থাবানসু যাম্না কৈ। ঙসিদগী অদুম্মক লৈরোদনা?"

"ঐগাদি ইবাযবক ফবনি।" থারিকমচানা থুমখি!

* * *

নুমীৎ অদুদগী থাবিকমচানা চন্দ্রজিনী হায়না শকলোংতুনা কৈরুং-হনবগী যুমদা তোম্বীনুগী অচানবী মনাই অমা ওইদুনা লৈবকখি। মাগী মবমদা কৈরুংহনবনা কযারক চিংনখ বনি। অদুবু মানা ঙসি ফাওবদা অশেঙবা অদু লোংলদুনা থাঙলকখি। থোইদোকনা থারিক-মচানা মফম অসিদা মুঙাইনা লেনজরিবদি মচাগী অফ-ফুংঙাই রাখলদা তাওদুনা লেনজবনি। মচাগীদমক যাইফনবা খনবদা মঙোন্দা পাপ পুন্যগী রাখল চঙখিদে।

---

## রাজকুমার নাম্বোকখিবা ॥২৬॥

চন্দ্রমুখী লৈখিদ্রে হায়বা পাউ অসি রাজকুমারগী নাকোং য়োখে্র। থম্মোয় কায়রবা পাউ অসি তারবদা থাঙকম খঙদ্রেবা রাজকুমার য়োংহ্লিং-ফলাং থদংলকলে। জেলগী থোঙ নমথায়রকলে। থম্মোযগী

চান্নরবী চন্দ্রমুখীনা করিগীদমক হু থক্তুনা মত্তোমত্তা শিজরিবনো হাযনা মখম্মোয়ন্দা হন্না হন্না পাউহংজবকই। মহাক লৈত্রবা তাইবংপাল অসিদা মানা কবম অমুক হিংলুবা ওমগনি? অদুবু চুমই। তাইবংপাল অসিদা অচূম্বা য়ায়েল যাওদনা য়ানা পুন্সি হিংগদবগী শক্তকপুদি মহাকনা চংখিব্রা লম্বেল অদুনা খাইদগী হেন্না কৈ। অদুম ওইনমক সমাজগী মবক্তা পোক্লগা পোকচরকপগী মালেম থক অসিদা ত'গুনা ফংলবা, মপোক অসিগী অবোইবা পুন্সি লম্বেল চংখিবদা খুববা লাম্বলদা চংখিব্রা। পাক চাউববা পোকনফম মালেম থকসিদা মাগীনি হায়না কনাস্থ লৈখিত্রববা? মহাক্কী তোল্ল-তাবশীংদ চলহনবীববা ৎরায যাওদ্রবা হকচাং অদুবু শা-ডাগী মচীঙ্গাক ওইহন্নবা পুখে হাযবা .... । রাজকুমার অরাবগী ঈপাক্তা তাউবকই।

"অরাবনি। থম্মোযকোনগী চন্দ্রমুখী' পাক্লবা তাইবংপাল অসিদা নঙগী কনা লৈত্রবগুম, নতু ইপোন-পোন, থূদাং পিফমতৈনা নদোম চংলিবদো কৈদনো? মীপাই চাউজরকপী মপোক, বিগনবা নংত্রা তোয়ন-তোয়না ঐগী ইথাহুংদা কোন্দুনা। ওঃ তোঙ্গিদা। নহাক্তী মীওইপোকপু শীংনহুনা অমুক হন্না লাক্লরোই খনখ্রবোই। ফরে—অসিগুম্বা অচান-মীবায, অচৌ পিশক, লাযব-অনং, জাং-বিজাং খায়ববা মীওইপোক্কী মপোক্তা হন্না পোকদবগী শক্তক, তোল্ল-বগী তোল্লবা নাপী-শীংনা ওইনা মপোক মপোক খুদিং পোকলুবনা হেন্না কৈ! নত্তে-নত্তে চান্নরবী। নহাক নদোম চংখিগনু! ঐস্থ লাকনি ননাক্তা—পোকরিন্নরিবে চান্নরবী,, মপোক লাংভোল খুদিংদা!

অস্থুন্না রাজকুমার অহু শারবা সুংথিল চুপ্পহুমা অঙাও-অফৈগুম ভাওনা ফৈনা চংলহুনা চোইরোল লোনবা হৌখি-রম্মী। ভমথীরবা জেল মনুং অত্তুদা! মতম কয়া'মা অপুমনা রানা ক্ষায়ন-মৈচাক খাঙলমলবা মতূংদা মহাক জ্ঞান মাঙলহুনা লৈমায়দা ভুথথিরম্মী!

হৌজিক্তি জেলগী থোঙ হাংদোক্লুনা মাবু অমুক লাইকন্নবা হোৎন-বকলে! পুল্লম্বা যোহ্লিং ফলাং পুম্বা লোথোক্লে' অম্সুম্না অহীং অদু য়ৌরকলম্মী।

অহীং অদু ঙাহাক্তী অস্তুক্কী মতীক থাবল ফবম্মী। পাক্লবা মালেমথক অসি মোং-হাত্রবা থাবলনা চাম্থোকলম্মী। শাবরা ওলাং থাগী মালেমথক অসিবু মীৎকুপমুক্তং ইংহল্লগে হায়দুনা থন্নাম্মীচাক লীশিং-লীশিংনা মিৎলুদগী ঈবি শীন্থবকলম্মী। তাইবংপান পুম্বা নাউশুম্বীবগা লোয়নন্না আবতি বৎলি। তামল-তামলবালবুক লম্ম্ংদা তন্দননা পাইবি। কৌজেং হাবৌনা মুংশি মুংওল ঈশৈ শকলকলি।

মতম অসিদা রাজকুমারদি চোকথববা মশা অদু লেকথবদুনা নিঙাইবা লৈতনা তুমদুনা লৈবম্মী। মফম অদুদা খঙ্হোদনা ফিকুং-ফিবাং খুম-লবী মুপী অমা চঙলকলগা জেলগী থোঙ হাংদোকলবে। মুপী অসিনা মফম অসিদা যৌবকনবা হোৎনবদা কযাদি মতম কুইনা চঙ-খ্রবা। মহয যাল্লবোইদ্রা খল্লুববনি। অদুবু ঈশ্বরনা থৌজানবীদগী শক্তিশিংবু পীজ-পীথক্লুনা মাগী নীংথিনা শেম-শাববা শক্তম লাংদা থুহল্লগা নেশা পীজদুনা ঙাওহল্লমলে। থুনমক মুপী অসিনা রাজকুমারগী নাক্তা চঙশিললকলগা মশা নোমলদুনা হোদোবকই—"রাজকুমার! রাজকুমার!"

রাজকুমার তপ্না-তপ্না জ্ঞান তাবকই। ফুক হৌগত্তুনা কোয়না কোয়না যেংলকই। হংলকই নহাক কনানো?

মুপী অদুনা থুনমক রাজকুমারগী মচীনবানদা থুদোম্বী থমলদুনা লোম্না হায়রকই—"মদু অমুক হংলগনু রাজকুমার। মদুগী মহুত্তা হৌ-জিমক নানথোকখ্রো জেলদুং অসিদগী। মীৎকুপ অমতং পম্বদা থুদোং-চাবা পুম্বা নাম্থোকখ্রগনি। চেনথোকখ্রো থুনমক! জেলগী থোঙালদা হৌবা নিম পাম্বী অদুদা শগোল অমা পুল্লম্বনি। মদুদা তোংলগা

চেনখে। ? নহাক্কী নথম্মোযগী চান্নববীবু তমথীববা শাহিং চাবশিংগী খযাংতগী কল্লুবো—মাবু মৈদা দান তৌথোকলো ॥”

রা অসি তাববদা বাজকুমাবনা হুপী অত্থবু কনানো হাযবা অমুক খিজিনবা তৌদনা মফম অত্থদগী থুনমক মপান্দা চেন্থোবকলে। মতম অত্থমক্তি তাইবং জিব পুম্বা ঈচীক হল্লমলে। নিদ্রা লাইরেম্বীনা পুন্নমক নাউগুম্বীরমলে। শন্ত্রিশিং লেপ্প-লেপ্পা জ্ঞান মাঙথনবকলমলে। বাজ-কুমাবস্ম থুনমক শগোল থক্তা তোংলদ্বনা য়াঙ্গোয খুত্থপ থাখবে।

ও। কযাদ নীংথিখ্রবা অহীংনো ? অসিগুম্বা মালেমথক অসিদা শন্দোকলিবা ঈংলবা থাবলগী ঈপোমসি উকবগা হুংশি মশক খঙলুববা কবম্বা থম্মোযনা কাযন ঈহৌনা মৈশা লাং, হুংশি হুংওল্লকলবা থম্মোয অসিদা হুংশি ঈবি শিন্থদবা যাওবগে ? বাজকুমাব অত্থ কপলকলে। লৌশিংলক থোকনা মথম্মোয চাকুনা তেংথাদ্বনা কাযরবা থম্মোয়না কাযনা হুংশি পাউদম—পাউদম, হন্ন-হন্না কপলকলে!

---

*Then, Since we mortal lovers are,*
*Ask not how long our love will last*
*But while it does, let us take care*
*Each minute be, with pleasure past,*
*were it not madness to deny*
*To live, because we're sure to die?*

*—Sir, George Etherge*

মোংফমনি।

মোংফমনি মফম অসি!! মোংফমনি তোল্ল-তাবশীংদা চল্লবা চল্ল-বীশিংগী। মফমশিবু মৈত্রবাকনা নবককুম্না থন্নে। তশেংনমক মফম অসি ভুত-প্রেত শাহিং চাবা তমথীববা শা-কৈগী মকোল ওইববা মীওইবা জাতিগী অনীশুবা মোংফমনি! অসিগুম্বা থেঙলবা অহীং অসিদদি হাযরুবগনু; নুংথিন পোবোপতা ফাওবদা মীৎপাই চাউববা মীওইবনা মফম অসিদা নাইতোম তানা চৎলুবা থক ঙম্নদ্রবা অতুগুম্বা অকিবগী মশক ফংলবা মোংফমনি।। লোইশিল খোমজিনবীত্রবা মী-ওইবগী অশিবা হকচাং কযাৎ,—তৎলবা শব্দ-ঙাক্না মোংফম অসিগী লৈতেংনি। অসিগুম্বা অকংবা-অত্তেকপা শব্দ-ঙাকতনা মফম অমতদমু খোঙদাফম লৈতে। মাযকৈ খুদিংদগী শীৎচিল্লকপা নুংশীৎতা যাওবি পৎলবা পুম্নবা থীবোং-থীবিল, অপুম-অশাংগী নমথীববা মনম। কায-দোংফম লৈত্রবা মীওইবগী তোল্ল তাববা আত্মা লীশিং-লীশিংনা কায-দোংফম পীযু মতাগুম হাঙলবা মালংদগী খেক্না-খেক্না লাউ খোংলদুনা তম্নরি। মতৎ মতৎ তৎলবা শব্দগী পোল্লাং মচি মচিদা তাবি।

শদোং যাওত্রবা যেংবদা অকিবা ফংলবা মীওইবগী কোক্কী শক্ননা পবেং পবেং লেংখি। মীৎকী কূৎলবা কোমশিংহুনা তাইবং অসিবু খানা খানা যেংলি। শদোং যাওত্রবা নাতোলদগী খব চাউনা চাউনা হোন্দো-বংলি। চৌববা মাযা পবেং-পবেংনা মখা ক্রক-ক্রক চীক্‌না খিগৎ-লহুনা খাক্‌না খাক্‌না নোকলকলি। মুংশীৎকী শাহুমদা থবাক্কী শক্ন পোল্লাংনা ক্রোক-ক্রোক লাউনা থবো থবো ওল্লি। অতৎপা খুৎশা শক্ন-ভাক্কনা পীক থল্লি। মচী-মচী খুদিংদা অনোবা মী অমদি শাগী থীবোং-থীবিল মতৎ-মতৎ তাবি। মচি-মচিদা হৌবা অপুংবা থীকলোই লাংশোইনা মখোযবু চাবা হিংচা যাইতম্নগী শক্তম লৌবহুনা মুশিন মুশিন মূনা চপ-চপ লেপলি। লমহুই, কৈশাল, শা-কৈ খিবিকনা মচি মচি খুদিংদা অতেকপা মীওইবগী শাদোং চাবগী চোপ-চোপ প্রেক প্রেক লাউবা মখোল তাবি। কবিগুম্বা মতমদনা যাল্লবা মী-ওইবগী শদোংহু হুদোক্লগা থীবোং-থীবিন মচেৎ অমগীদমক মখোয় মশেল তপ্‌ তাবমখৈ চীক্‌নবকপগী খোঞ্জেলসু তাবি। অযুক মুং খিলগী মতমদা লংজা-কাক্কী শক্নক ওই, মুমিদাংগী মতমদনা শা কৈগী শক্নক ওই। মীওইবগী শদোং লীশিং-লীশিংনা শা-কৈগী মচীঞ্জাক ওইখিবগী লেমহৌবা শক্ন পোলাংনা মশীং লাকওমদবা মখৈ মফম অসিদা তাহুনা লৈরি।

অসিগুম্বা তমথীববা নবক অসি লৈবিবনি মৈত্রবাক্তা। মফম অসি লমফেল পাৎনি। পাকলবা লম্মাং অসিদা অসিগুম্বা তৃকচন-ফম ওইরবা মোংফম অসি শেমলমম্লিবনি।

বাজকুমাবসু মফম অসিদা যৌবক্লে। পাক্লবা, অকিবা, তুজুংবা ফংলবা লম্মাং অহুদা কোযনা চৎতুনা মথম্মোযগী চান্নবীবু থিরকলে। তাংলো লৈনা থেঙলবা অহীং অহুদা মফম অহুমক্তদা অহীংবা মীগী শমিন ফংবদা মফমহুদা মচীঞ্জাক তাবম্বা শা-কৈ খিবিক খেকনা খেকনা খোংনবকলে।

রাজকুমারন্নু চঙশিল্লকই অরেপ্পা লৈতনা। কিববা শা-কৈশিংছু পুল্লপ-পুল্লপ তাশিন্নখি। মহু উবদা শগোল অহু নীংহন্নবকলে। রাজকুমারনা শাজৈ নমথা-নমথা থাহুনা শগোলতুগী থৌনা শাপ-কংলি। মমৈথঙদা শগোল অহু নুংশীংকী মমাঙথানা খেকনা লাউনা মশোং হাইগৎতুনা চেল্লকলে। রাজকুমাবনা হায়বা ইনখি-দবে। মফমহুদা লৈরম্বা শা কৈ থিবিক কায়তুনা চেন্নরকলে। অস্তুম্বা শগোল অহুনা মাযকৈ থঙদনা চেল্লকপা মতমহুদা রাজকুমারনা অহনবা কু অমা উবকলম্মী। মফম অহুদা কুমথনবা হোৎনবদা শগোল অহু লেপপু হাযবা যারমদে। মখোঙনা পুবা মাযকৈদা, হন্না ফাওবা তাদনা কিন-খংনা খেকনা-লাউনা খোংলহুনা চেনখি-বম্মী। বাজকুমাব থুনমক শগোল থক্তগী চোংথহৌবে। মানা কু অহুবু উখিবা মফম অহু তম্না অমুক হল্লকলে।

"অৱাবনি-অৱাবনি বাজকুমার।। নহাকনা অস্তুক তমথীববা মোংফম অসিদা কবিগীদমক খোঙদাবকলি,—নপাং কনা যাওদ থেঙ-লবা অহীংসিদা! যেংউ-যেংউ মাইকৈ মরীদগী হূপতোবকলিবা তম-থীববা শাহীং চাবা শা-কৈশিং অসি।" ·

মতম চাদনা অথেঙবা অহীং অসিদা নাইতোম তাবা মীওইবগী অতেকপা হকচাং উবদা অনকপা উপালদগী লংজা মপৈ-মপৈ পাই-থোবকখি, অহীং ওইহুনমকস্নু থাবলগী মঙালহুদা। অহাঙবা মালংদগী খেকনা খেকনা ঙংবা আত্মাগী ভুৎ মযামগী মখোঞ্জেলতনা নাকোং শীংজা যৈখি। লাউবকলিবা খোঞ্জেল অহু কদোমদগীনো হাযনা মানা কোযনা যেংখি। অহু বুমতোমতগী আত্মাদগী থোবকপা মখোঞ্জেল ওইবমল্লে।

অকিবা ফংলবা দৃশ্য অহু উরুবদগী রাজকুমার খঙহৌদনা ভুজুংবা পোকখি। অসিগুম্বা মতম অসিদা মরোল থোক্তবা মীওইবগী আত্মান্নু

ৱা ভাঙলকই। লীশিংলক থোকনা থম্মোয়মুংদা মত্থগী প্রতিধ্বনি তৌবংই।

মতম অত্থদা বাজকুমাবগী মাযকৈ তন্না শ.হিং চাবগী হালেংবা লৈত্রবা শা-কৈশিং অত্থ হোৎচিন্নবকলম্মী। মত্থ উবদা বাজকুমাব নাকলদগী খুংলাই মাবকই। ও। অৱাবনি। খুংলাইদি কদায? মমাঙঙৈগী মতৌত্থ নংলমদবে। মহাক জেলহুংদগী লোম্না নাম্থোক-তুনা চেল্লকপনি হাযবা কাউকুরে। কদাযদগী খুংলায যাওবক্নি?

থুনমক মহাকনা লৈমাযদগী মচি পানবা অকনবা শক মাংক অমা থুনগংলম্মী। মত্থ মওইবগী খুবোমগী শক ওইবা তাই। মত্থ মহাকনা খুংপায চেংনা পাযবত্থন তমথীববা শা-কৈশিং অত্থগী মায়োকন-মাযোকনা কূ অত্থগী মনাক্তা যৌবকলম্মী। থুনমক কূ অত্থ ফককাযবে।

ও। মাগী চান্নবীনা পীক্লবা কূ মনূং অত্থদা কযাদ রানা খাঙলম্বা! মহাকনা থুনমক মাগী মথম্মোযগী চান্নবীবু লোখৎতুনা মথামুংদা কোঞ্জবে। পাক্লবা লাইবক্তা হন্না-হন্না চূপলকলে। নোং খোংবঙুম মখোল থোকনা থম্মোয কাযনা কপলকলে।

"ওঃ চান্নববী। নহাক্কী থোৎলবী দেহসিনা কল্লবা মত্রক-মত্রক লাউববা কূ অসিদা খোমলেন তুমথুন তাল্লম্ববু ন.দবনে চান্নববী? কিগল্লবী, পাঙ্গল শোনবী নহাকনা তমথীরবা ভূত-প্রেত, শা-কৈ মবক অসিদা নতোমতা লৈবম্ববু কিদবনে চান্নববী? প্রকৃতীগী শেংলবা হৈনম-লৈনম মবক্তা ওন্না-খোইনা চাউজবক্লবী নহাকনা তাইবংগী তমথীরবা নবক্কী নমথী-হানৈবতনা থল্লবা মুংশীৎ অসিদা শব হোনফম খঙলিববনে চান্নববী?"

"ওঃ চান্নববী। নহাক উদববা? ১৪নি পানবগী থাবলনা মালেম পূম্না শাৎকাযবিবসে। কবোক পোকলেনে থৱাম্মীচাকনা পাক্ল'-তিযা মকোযসে। নীংশিংলক্লেনে ঐহাক্কী অত্থঙৈগী লোয়য়ালমগী

ব়াথোক কয়া। অহীংহ্নদা বিদাই লৌখিবা ঐনা নঙগী নকমদগী। চান্নববী থম্বাল মানবী মীৎস্না অনী যাকাযবো ? যেংলসিনে বুম-হৈসে মীৎ-পেন্না। নঙগী চান্নবনা পনলেনেনে ইতমপাক্তা নুংশিবী শাবসি ; মীৎকপ থোকলোনে চান্নববী!"

"ওঃ চান্নববী! থম্মোয নুংচেৎ নুঙ্গাযবক্তা মকা ফন্না শাৎ-চবম্বী চন্দ্রমুখী! নহাক· নহাক তাইবং ইথম নাইখ্রবকো নুংশিববী! নঙ ···নঙ ঐবু থাদোক্তুনা চৎখ্রবকো ····কায়নববকো চান্নববী" অসি হায়দুনা মথম্মোযগী চান্নবীবু মথানুংদা চেৎনা কোনশিল্লরদুনা হন্না হন্না চূপলবা মতুংদা নোং খোংবগুম কপলকলে।

"তাইবংপাল! হে মীনুংশি খঙদ্রবা! থম্মোযগী চান্নবীবু কাযনহল্লগা ব়ানা চাকনা থম্মোয ঈবি শিন্থহনবা মদুনা নখোযদা কবিদি তোংজবা ? চাক্লবা থম্মোয ; নুংশি কাযনা মৈচাক্কী চাক্লবা থম্মোয কয়া অসিদা নখোযনা লংজকবা পাপকী মহযদি থক ফংদনা তোকলোয!"

খঙহৌদনা মাযকৈ মবীমক্তগী মুনা হূপতোকলিব। তমথীববা শা-কৈনা মখোয অনীমকপু যোমশিনখবে। শিব কিদ্রবা থম্মোয শোকল্লবা বাজকুমাবনা মখোয খুদিংমকপু অমমমতা ওইনা লাম্বা পাবকলে। অতৎপা মীগী শব্দনা খুৎলায ওইদুনা কৈশাল কয়া হাংলকলে। লমহূই কয়া হাংলকলে। মমৈথঙদা চাউববা কৈজাও অমা চঙলকলে। হনবা লৈত্রবা বাজকুমাবনা, মদুসু চোংশিন্দুনা পাঙ্গল থেকনা নম্নবে।

মতম অদুমক্তী চন্দ্রমুখীগী অতেকপা শদোংবু শামযাম চঙদুনা চিংবা হৌবকলে। খূদক্তা অথোৎপা মশাদগী শদোং মতুম-মতুম ফকলকলে। শদোং মুন্নবদা মখোয মশেল অমগা অমগা চীকনবা হৌবকলে! শাংলবা মীওইবগী থীবোং থীরিল মরি-মরি চিংথো বকলে। মীৎকূপ অমগী মনুংদা চন্দ্রমুখীগী কললকনফম ওইববা

দেহহ্ তুক্কচনফম শক্তম অমা ওইরকলে। যেংবদা অকিবা পোক-লক্কলে।

রাজকুমাবনা কৈজাও অহ্রবু মখা শেৎতুনা হাৎলবা মতুংদা মাগী চান্নবীগী নাক্তা মায়ওল্লকই! খঙহৌদনা তমথীববা থৌদৌ অহ্র উবদা মহাকনা মথম্মোয শোকনা থাকনা লাউরকই। হৌজিক্তা চিংথোকখিবা মীওইবগী ঈ-নাই তপ তপ তাববা থীবোং থীবিললা মফম অহ্র পুমচায চাইরমলে। মাগী চান্নবীগী শক্তম লাকপা ঙমলমদবে। তেল্লবা মীৎকুপ খবসিতগী মনুংদা মাগী চান্নবীবু শক্কগী পোল্লাং ওইহল্লমলে। অকিবা ফংলবা শক্কগী পোল্লাং অসিদা ফক্পদা চীথহৌরবা হকচাংগী তোংশানা মচেৎ-মচেৎ পকলমলি।

"নত্তে নত্তে চান্নরবী!" অকিবা ফংলবা শক্তম অহ্র উরুবদা রাজকুমারনা মথম্মোয় শোক্না হায়বকই—"তুক্কচববা শক্তম অসি উৎননববা ঐবু মফম অসিদা লাকহল্লিবা? নত্তে-নত্তে! মীওইবনা হুংশিবদি লু-তোংনা শেম্বা তুকচববা হকচাং কাযাৎ অসিদা ওই-ফম থোক্তে! নোংমা মাঙখিগদবা দেহসিনা ঙাহাক পোৎথানফম ওইরিবা মালেমথক অসিদা মীওইবনা মীওইববু তুক্কচনবগী মবম কবি অমুক লৈরিবগে? হুংশিফম থোকপা মীওইবগী আত্মাদি ঈশ্বরগী নাক্তা ঙম্না পাইনখি! থরায চেক্লানা পাইখ্রবদা পূম্নমক অবেম্বনি পৎপা পুম্বা নাইগদবা মীওইবগী দেহসি।

"অহ্রবু চান্নববী। (মাগী আত্মাদা) ইথম্মোয়গী হুংশিরবী। নহাক্কী দেহসিনা থরায চেক্লাগী তুংনফম ওইবিবা, অম্পুম্না পৎতুনা পুমহ্রনা মাঙহনবদি ঐগী ইথম্মোয়না য়ানিংদে। লাউ চৎলসিনে চাননরবী ঐগা লোয়নননা।"

অসি হায়রহ্রনা রাজকুমারনা মাগী চাননবীগী শক্কগী পোল্লাং অদুবু মরেংবান্দা থাঙ্গৎলদুনা অঙাওবগুম মুরুম-মুরুম শোননা চৎপা হৌরক্লে।

লৈপাকলৈদু কনদোখ্রবগ অমুক যেংলসি—

নুমীৎতুমক্তদা লৈপাকলৈ সংসাব অসিদগী অতুম্মক বিদাই লৌ-তুনা চৎখ্রব। নুমীৎতুগী অহাংতুদি ঐখোয খঙখ্রে, কযাগী মতীক পূবনীং হূবগে হাযবহু। অতুগুম্বা অহাং অতুদি তবামবিনি পানবা থাঙ্গগী লুপা মচু ম'ল্লবা থাবলনা মালেম অসি কবোক পোকপগুম ফিঙৌ ফোববা মতমনি। মতমসিদনি মথোৎ কাবক্লবী লৈপাকলৈনা মনু' মতম চাদনা নোঙ্গাখিবা অতু। মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোয কায-নিংঙাইনি।

মতম অত্তু অহীং ওইশিল্লকলবম্নু, কৈরুংহনবা অভম্বগী পামজবা মতুং ইন্না মচানুপীবু খূদক্তা সংস্কাব তৌতুনা মাগী থবক লোইথোকপা পামজমই। লৈপাক্কী ফমনাইবগী মী ব্রাৎতে। মতুমক পাংথোকনবা খূদক্তা শেম শাখি।

* * *

ইম্ফাল তুবেলগী তোবর্বান্দা অথেঙবা অহীংদা মীযাম চঙতুনা লৈপাকলৈগী অশিবা মশা পোৎলোইবি। মতম অতু নোংযায ঈচীক হুনজিনখ্রবা মতুংনি। মাযকৈ খুদিংমক অচীকপা নত্তনা কবিগুম্বা খোঞ্জেল অমতা তাবা ফংখিদবে। চীকলবা তুরেল খোংহুং অহুদা থেঙলবা মাচিক মীবাওখোল তারকত্রবা মতম অতুদা মী পূম্নমক যজ্ঞ অতু তৌদ যাদবগা তৌবা হাযবহু যৌখ্রে। অহীং তূমদবগী অৱাবা চাদবগী চেংথখবা, পোৎলাইবগী অকিবা পূম্নমক অসিনা অমতা ওইনা তিম্ন খিতুনা মীপূম খুদিংমক থুনা লোইশিন্নবা শেম শাবম্মী।

অযাম্বা মী হুমখ্রগা লেমহৌবিবা মী তবামুক্তং অতুনা থব থাপলপ ফমলগা অশিবগী মবমদা, ভূত প্রেৎকী ৱাবী, হীযাং অথৌবা,

লাম্নৈ থানবী, হেলোযনা পুবা অসিনচিংবগী মবমদা কিন-িন্বা ব্লাবী কযা শানৈ। পালি নাইনত্রুনা অমনম চঙলগা হুমাই পাযনৈ।

ঙাহাক্তংগী মতুংদা অকোনবা হুমাই পাযব। মুপা অদূগী মী'ভা অঙকপা শক্তম অমনা মথা থংবা তুবেল খোঙবাল শুক্লবা উমং মনূংদগী অকিবা ফংলবা শক্তম অমনা লেঙ-লেঙ চৎপত্রু থ.বলগা মঙালদা উরকলম্মী। মদু উরুবা খূদক্তা মুপাদু শ্ব ই লাউখিবম্মা। লবাইগী শম চপ-চপ যুংলকলম্মী। মানা মথূংতগী হুমাই থাদবদুনা লাউবক-লম্মী—"মচোমপাক নাইদবশা। নখোযনা মথোঙ হুক্রুবা ব্লাবী শিংদু শাক্তবদগী হৌজিক কবি থোকলে।" "কবিনো-কবিনো?" মযান্দু ফূক-লূক হোগৎনদুনা অমতা ওইবা খোঞ্জেলদ. হংনবকই।

"যেংউ! যেংউ! আদা লাকলিবা অকিবা ফংলবা ভূত অসি" অসি হায়বগা মুপাদু তুং হন্না হন্না হন্দোরকলম্মী।

খূদক অদুমক্তদা মখোয পূন্নমকনা উবে মদুদি অকিবা ফংলবা মীওইবগী শদোং যাওদ্রবা শক্নগী পোলাং অমনা মখায তম্ন অস্নুম অস্নুম চঙশিল্লকপদু। অরেপ্পা নৈতে, শক্নগী পোলাং অদু চুমদ্রিং চুম্না অদুমক চঙশিল্লকলম্মী।

মখোযগী মবক্তগী অমন হায়রকই—"ভূতনি। ভূতনি॥ ইচিন ইনাও পুন্নমক, তমথীববা ভূত অসিনা ঐখোয খূদিংমকপু হাৎখিবা যাই। ঐখোয চেন্নরসি ইথ্বাই হিংননবা।"

অসি হাযবদুনা মখোয খূদিংমক শমজি থাইনা মাযকৈ শলাই খঙদনা চেন্নখবে।

শক্ন পোলাং অদু অবেপ্পা নৈতনা চঙশিল্লকই। মখোযনা অথাপ্পদগী অমুক হন্না যেংলকপদা উবে মদুদি—তমথীরবা ভূত অদুনা চাক্পা তুমদ্রিবা নৈপাকনৈগী অশিবা মশা অত্রবু মৈথক্তগী লৌথহুনা মচেৎ মচেৎ ফকলগা চাননবা হাৎনবকপত্রু। মত্রু উরুবদগী মখোয় পুন্নমক

মফম অতুদা অমুক হন্না' পন্থবমন্দ্রে, মহৈ মহৈ খূদুপ থাদুনা মনুম মাইকৈ পাংনা যৌনবা চেন্নবকলে।

লাকলিবা ভূত অহূ অ'ত নত্রে' বাজকুমাবনি। মাগী চান্নবীগী লেমহৌববা হকচাং অসবু মৈদা দান তৌজ'গ খন্না পুবকপনি।

হৌজিক্তি চীক্লবা তু'বল খো'ঙনুং অদা মানা মাগী চান্নবীগী লেমহৌববা শক্ত পোলাংবু যন্দ্রগী মৈথক্তা হাপকংলত্তনা নৈপাকনৈগী চাকপা তুমক্রিবা হকচাংগা লো'নেন। তুন্ননবা থাবা হৌবকলে। অচীকপা অথেঙবা অহীং অহুদা কনা অমতম্মু অমুক হন্না থোকলক্তরে। বাজ-কুমাবনা চিতাদা চাকলিবা নথ'ম্মোযগা চান্নববী মাগা মফমদা মীংকী পিনা অ'ে ইবা বিদাই পীবকলে।

*But now Life roars about me like a sea,*
*Sears me like flame, is thunder in my ears*
*There is no time for song no space for tears*

*And every Vision has forsaken me*
*In a world earthquake shaken, lightning-charred*
*Love is the hardest where all things are hard.*

— *Muna Lee*

ঙসিদি অয়ুক যেন্দা অঙনবদা কৈকুংহনবা অঙম্বা চাউথোম্বনা থম্মোয শোকলবা ব্লাফন অমা ব্রহ্মস ভাগী মফমদা হঙ্গৎলরে। হৌখিবা অহীংদা অকিবগী মশক ফংলবা, শাহিং চাবা ভূত প্রেতনা মাগী মচাগী সংস্কার থুগাইখিবা, লোযননা লৈপাক্লগী তুমড্রিবা মশাবু চাথোকখিবা অতুগী মবনদনি। মহাকনা হ যরকই "ঐদি ইচাগীদমক তির্থ মফম থুদিং চৎচনীংই। মাগী লাইবক্কা অষ্টী পুত্থনা। অমত্তা পোকচবী ইচানি। ভাইবংপাল অসিদা পোকঙমদনা পোকলবা মাগী মপোক্তু নীংবা থুংদনা নোঙ্গাশ্রবনি। মাগী মথঙগী মপোক লাঁডোলগীদমক ঐনা ঈশ্বরগী মফমদা ডমজবা হৈ-লৈ থবতা ওইববস্থু থম্মোয শেংনা কৎচনিংই। মাগী শান্তি ফংখিদ্রবা আত্মানা ইঙনা চীকনা পান্নুবগীদমক মাগী লাইবক্কী অষ্টীবু ইঙলবা গঙ্গাগী ঈবোলহুংদা তিলহঙ্গ...ই। অতুবু ঙসিদি আশা পূম্বহু কাযথরে। হাযবীয়ু গুরুদেব। কবি কবষ্বা পাম্বৈনা ঐগা অনীংবসি মপূং ফাগবা?"

সভাগী মকোক ব্রাহ্মন পুরোহীত হঞ্জবনা কৈকুংহনবগী ব্লাকৎ অতুদা ঙাহাক ব্লাখল তৌকুববা তুংদা থুমলকই—"অতুদি কৈকুংহনবা অস্থুম হাযনা তৌবো লৈখিদ্রবী মহাক্কী আত্মানা শান্তি ফংনবগীদমক মপোক-মপোক থুদিং পুন্সি মহয যাননা পোকলুনবগীদমক, মাগী লাইবক্কী অষ্টী থিবা ফংদবে হাযনা থোইনা ব্লাকুরগনু। মাগী হকচাং লোইশিনফম মোংফম অতুদা চৎলো, অতুগা মফম অতুদগী উৎ থবদং লৌথুনা পিণ্ড মচা অমতং লৈপাক্কা লোযননা তাববা, অতু ওইরবদি মাগী লাইবক্কী অষ্টীগা মগুণ চপ মান্নরে। মসি তৌদবা যাদ্রে, মহুনা নহাক্কী পাঙথোকনীংলিবা থবক থৌরম পূম্বা মহয যাম্না পাঙথোকপা ঙমলগনি!"

মতম অসিদা মপাললোমদগী অকিবা শক্তম পুববা, মশা অপুম্বা অকংবা ঈ-নাইতনা পূমতৈ-তৈববা মকোয়-মবাং চোম্রবা রাজকুমাবনা মথূংতা করিগুম্বা পোং অমা পাযবত্থনা সভাগী মাঙদা অরেপ্পা লৈতনা চঙশিল্লকই। মাগী তুক্কচববা হঙ্গোইবতনা থল্লবা, য়েংবদা অকিবা পোক-লবা শক্তম অত্ত উবদা সভা অতুগী লোয়শঙ অত্থদা তিল্লমলিবা ব্রহ্মন বৈষ্ণব পূম্বা রা-রা কাযনবকই। ব্রাহ্মন হঞ্জবনা হাযবকই —"বাজকুমাব। কবিনো নহাকনা তৌবিবা অদো? নহাক মফম অসিদা চঙলক্কনু! লেপখো ঙাহাক্তা মফমত্থদা।"

মহ্থ তাবা তৌদনা বাজকুমাব অবেপ্পা লৈতনা মফমত্থ তম্না চঙ-শিল্লকই। মহাকনা রা-রা কাযনবক্লবা সভাবু খামলত্থনা হাযবকই —"ইকাযখুম্নবগী মশক ওইববা ধর্ম্ম সভাগী মকোক থোংবা অমদি লোযশঙ অসিদা তিনবিবিবা ব্রাহ্মন-বৈষ্ণব পুন্নমক। অমুক্তং তপথ-বীথো। ঐহাক মফম অসিদা কবিগুম্বা খবদং হনগংচনিংত্থনা ল'ক-চবিবনি। মযাম্না লাঙতকননা থিবাবিবা পোংশক অতুম্বু যাওজবদই। অত্থবু অরাবা অমদি

"কবম্বা পোংশক?" ব্রাহ্মন হঞ্জবনা লাউবকই "নহাক লেপখো মফম অত্থদা বাজকুমাব। কদাযদগী ঈ-নাইনো নঙগী নশাদা তৈবিবা অত্থবো?"

"হুংশি হুংওলতনা থম্মোয চাকলবা ঐনি।" বাজকুমাবনা রানা হাযবকলম্মী। মথা তাবকই—"ঐগী হকচাংদা তৈবিবা থিবিক অসি অমোংপা নত্তে। হুংশিবগী কোকনাইত্রবা মচুনি!"

"ঙাইথো—ঙাইথো।" ব্রাহ্মন অহনা লাঙতকননা হাযরকই—"নঙনা পুবকইবা পোংশকতুবু কবিনো?"

"লাইবক্কী শব্দ। মীওইবগী অমাংবা লাইবক্কী শব্দ।।" বাজ-কুমারনা মথা তানা হাযবকই—"আত্মাবু হুংশিবা খঙদবশা। অদুবু কবিগীনো নখোয়না থরায যাওদ্রবা মীওইবগী দেহবুদি অহক

তুক্কচবিবা? অস্তক কিবিবা? মচা হুংশিবা খঙলবা কবম্বা মমানা শিখ্রবা মচাবু মোংফমদগী চিংথোকলুনবা লাকনবগে? শিখ্রবা মচাগী পঞ্চভুতনা শাবা দেহবু উবগা কবিগীদমক কিবিবনো? অহু ওইববদি অত্মাবু হুংশিযু। আত্মাবু হু'শিযু।' মীওইবগী আত্মানা মাগী শিবা নাইবা দেহদা কায'দা'লিংঙ, নখোযনা মী অহুবু হুংশি। আত্মানা চৎখ্রবদা নখোযনা দেহবুদি তুক্কচবিবনি। অচ ওইববদি হাযযু—নখোযনা হুংশিবিবদো আত্মাহুনি। আত্মাদি থক মাংদে। মপোক মপোক থূদিং মশক ওন্না পোকলুই। শেংলবা আত্মা অহুবু নখোযনা কবম্না অমাং অশেং খাযবিবা?"

"নহাক ঙাওবে বাজকুমাব।" ব্রাহ্মন অহুনা হাযরকই - "মীওইবনা মহাক মহাকনা তৌজরুবা কর্ম্মফলনা মহাক্কী আত্মাহু লৈখা তাহল্লি। স্বর্গ কাহল্লি' অহুনা মপোক মপোক থূদিংদা অফবা কর্ম্ম তৌহুনা অফবা কর্ম্মফল তাল্লু হাযবিবনি। পাপ চেনবা আত্মানা অমাংবা দেহদা তোংলৈ' অহুনা মীগা মীগগী মবক্তা অচৌ-পিশক; জাং তে যবা জাং ব্রাংবা খাযবনলিবনি।"

"ফরে অহুদি।" বাজকুমাবনা হাযবকই, মখা তাবকৃই—"জগৎ অসিদা মীওইবগী লূ-তোংনা শাবা দেহবু অমাং-অশেং খন্দোকপা ঙম্মীবিবা গুরু' মফম অসিদা লৈবে শব্দ মচেৎ অনীথক। অমনা ঐগী ইথম্মোযগী চান্নবাগী শব্দ মচেৎনি। অমনা লৈপাকলৈগী শব্দ মচেৎনি' মবান্নিমকপু পুন্না মৈ থাকুবদা খন্দোকফম খঙনহোদবে' মসিদগী খন্দোকপিযু অমুক্তা অমাংবা অমদি অশেঙবা শব্দ মচেৎশিং অহু অমমমতা ওইনা' অশেঙবা অহু পীবিখো মাগী খোবাংলবা মপাগী মথৃৎত।' অমাংবা অহু পীনবীবমউ ঐগী ইফমদা' মাবু চেৎনা থা-গোন্নজবগা চৎচখ্রগে ঐহাক মফম অসিদগী।"

"কবি হাযবা বাজকুমার! নহাকনা মাংলবী হুপীমচা অহুবু শেংলবা মৈদ দান তৌরবা?"

"অত্নদি হায়বু? ভবাং অহীংগী ভূতত্নস্মু নহাক?"

"নহাকনা ঐগা লৈপাক্লৈগী শেংলবা সংস্কাৰ অত্নবু মাংথোকলবা ৰাজকুমাৰ?"

মথন্ড মথং মফম অত্নদা লৈবমলিবা মীপূম খুদিংমকনা ৰাজকুমাৰ তন্না হংজিনকখি ৰাহংশিংসি।

"জগৎ অসিদা অমাংৰ লৈতে।" ৰাজকুমাৰনা খুমলকই—"লৈবৰদি পাইনৰিবো অমাংবা শব্দ মচেৎতা ঐঙোন্দা। ঐগীদি মত্ননা থৱাইগী থৱায়নি। পুন্সিগী পুন্সিনি।"

"কৰম্না খন্দাকনি শব্দ মচেং অত্নদগীদি মত্ন— " ব্ৰাহ্মন অত্ননা হায়বকই নখা তৰকই —"ঐ খঙদে ঐ মত্ন খন্দাকপা ঙমলোই।"

"অত্ন ওইবদি হায়বীয়ু" ৰাজকুমাৰনা মখা শমথবকই —"মী ওইবনু মশক খঙদনা মীগী মশক তাকলিবা কবিগীদমক্তনো? কৰম্না খঙদৌবিবনো জগৎ অসিদা পোকলকলিবা মীওইবশিংগী অমাং অশেং। পুন্নমক অৱেম্বনি। পুন্নমক অৱেম্বনি। শব্দ মচেং অনী অসিগী মিনা তৌবীবা মদুবদি নখোয় চৎখ্রো সমাজ অসিদগী থাপ্না ওইদবা তঙনা মীওইবগী মৰতো মীগ-মীগা যেংথীনহন্নগনু। পুন্নমক অসে চপ্পনা শেন্নাবা ঙাদনি। কনানা কনাস্মু নত্তে। পুন্নমক তনি।"

"কনা-কনা লৈবগে?" ব্ৰাহ্মন অত্ননা শাউনা লাউবকই—
'অঙাওবা ৰাজকুমাৰ অসিগী চোইবোনশিংসে তানিংদবে, মাবু কৈগুম পচদগী কনানা থাদোকলিবনো? মাবু পুশিনখো?'

থুনমক মফম অত্নদা পাঙ্গল ফৰবা হুপা মবি যোৎহ্লিং-ফলাং পুৱন্নুনা চঙলকই। মতম অত্নদা ৰাজকুমাৰনা থম্মোয় পেন্না নোকলত্ননা হায়বকই -"নখোয়না মীওইববু দণ্ডি লক্ষ অমা পীত্নস্মু মাগী আত্মাবুদি খক দণ্ডি পীবা ঙমলোই! লাউ-লাউ পুল্লো লাউ ঐগী

দেহসি পঞ্চভুতনা শাবা। অহুবু থরাই চেক্রাদি চৎলবনি ঙসিদগী নীংতম্না অশেঙবা ঐগী ইযুমদা।”

অসি হায়রমলগা থঙহৌদনা রাজকুমারনা ফিহুংদগী অথোবা ছুবি অমা পুথোরক্তুনা মদোম থবাক ইবম ফাৎচখি। ঙাওনা থৈনা শব্দ মচেৎ অনীহুবু মথম্মোযদা চেৎনা কোনশিনজখি। হুংশিবগী শীন্থবকপা ঈ-মবিক মবিক্তনা শব্দ মচেৎ অনীহুবু চামথোকখি' থৌদৌ অহু উবদা মী পূম্নমক ঙকনবহুনা তুমীন তুমীন যেংনখি।

---

## অরোইবা মতাং। ॥৩০॥

অঙকপা থৌদৌ অহুগী মতুংদা সভা অহু রা-রা নিন্নবলে। বাজকুমাববু কনানা থাদোকলিবনো হাযবসিগী মবীদা অচৌবা রাথোক অমা ওইরকলে। জেল পানবা অমদি থোঙঙাকপা পূম্বা কৌখৎতুনা মতীক চাবা চৈবাক পীননবা রাযেনশঙদা রাযেনবা হৌবকলে।

রাযেন লোয়শঙগী মপূনা হংলকই—“নখোহনা করিগীদমক বাজ-কুমাববু থাদোকলিবনো?

কৈঙুমশঙ পান্নবনা থোঙঙাকপশিংদা অমুক যাথং তৌরকই—বাজকুমাবনা লৈবা কা অহুগী থোঙ অহুবু ঐনা চেকশিন্না শেম্নবা নখোযদা হাযখিবা নৎত্র? নখোযনা কবিগীদমক্তনো মাবু থাদোকখিত্রবা?”

থোঙঙাকপা অমনা খুমলকই—‘অঙম্বা। ঙবাং অহীংগী থৌ-দোক্তু ভশেংনমক ঐখোয় কবিমতা জ্ঞান তাবমদে। অথেঙবা অহীংহুদা হেল্লোথ অমা লাক্তুনা ঐখোয় খুদিংমক জ্ঞান মাংহল্লম্মী। ঐখোয়গী রাথল খন্নবা শক্তি লেঙ-ওৎনবা পাঙ্গল পূম্বা পূমপঙ পঙথহল্লম্মী।”

কৈশুমশঙ পান্নবনা হায়বকই "নখোয়না মতম চাদনা কৈশুম-শঙদা চঙলকলিবা মহাক অহুবু ফাহুনা থমহৌড্রিবা কবিগীনো ? মতুগী মতাক থোকপা দশ্তি ফংগনি হায়বসি নখোয় নিংশিংদ্রা ?"

থোঙডাকপা – "অঙম্বা ! অহানবদা মহাকপু ঐখোয় মযাম্না ফাবম্মী কনানো হায়না হংলম্মী। পুন্নমক কবিস্নু থোশাদনা শকহেল্লবী হেল্লোয় অতুনা মাগী নোংথাংশুম্না ঙাল্লবী মাযথোং অদু থাঙংশতুনা মোমোন নোকলম্মী। মানা ঐখোয় পুন্নমকপু মাগী শক্তম লাদা থুহগ্নবা কম্না হোৎনবম্মী। মমৈথঙদা মহাকনা ঐখোয় খুদিংমকপু মাগী মনাক্তা অমমনতা ওইনা চঙলকনবা হায়বকলম্মী। মতুগী মবমদি মহাকনা ঐখোয়গী ইনাকোংশিংসিদা অবোনবা ঝা অমমম হায়দোকপা পামলম্মী। মাগী অতুগুম্বা পুকনীংবু লাঙতকনহনবা ঙম্বা মতৌ অতুদা অবোনবা ঝাহু তানীংমনখ্রতুনা ঐখোয় খুদিংনক অমমমতা ওইনা মাগা মনাক্তা চঙশিল্লম্মী। অঙকপনি। শকহেল্লবী অদুগী মনাক্তা হেক চংলুবদা ফুংশিববা মনম অমা ফংং লাউনা ফাওবকলম্মী। মহাকনা হায়বকলম্মী— "লৈপাক অসি ওইদবতনা থল্লে। মীনমবতনা কোন্নুং অসি কোয়-শিল্লে। অবানবা লুহূপ উপতুনা ঝাযেল্লে! কৈদ পাইখ্রবা বিক্র-মাদিত্যগী সিংহাসন··· ? খঙহৌদনা অকিবা ফংলবা মহাপ্রলয অমা লাক্তুনা জগৎ অসি মথক মখা ওল্লবনি! মবমদি ঈশ্বরনা হায— মানা পুন্নমকসি বুইনা অমুক যেংথবা ঙমলবোই।" অস্নুম্না ঐখোয় খুদিংমক্কী ইনাকোংদা ঝাহৈশিং অদু তাকলম্মী। অদুদগী ঐখোয় পুম্বা শকহেল্লবী হেল্লোই অদু অমুক উবা ফংখিদবে। মতাক অস্নুম অস্নুম মম্মি শামলকখি। মশেল মবাং উবকখি। অদুদগী ঐখোয় পুন্নমক্কী মীৎযেংদগী চীকমাংনখি। অস্নুম্না ঐখোয় অহীং চুম্নদু পঙথরম্মী। ঐখোয়না জ্ঞান তাবকপদা বাজকুমাবস্নু লৈবমদরে!"

অঙকপা ঝাবী অসি তাবদা সভা অদু পূমঙক ঙকনবম্মী। ঝাফম অসি ওইথোকপা যাত্রা যাদববা হায়বগী মরীদা নৈনরিঙৈ তাঞ্জাসিদা

মকম অহৃদা খঙহৌদনা ফিক-ফিবাং খুমলবী মুপী অমনা অপনবা লৈতনা চঙশিন্নকলগা অঙাওবীগী মতৌগুম সভাগী মমাঙদা তুবরে।

অঙকপগা লোয়ননা ব্রাযেন মপুনা হংলকই -"নহাক কনানো? মফমসিদদি কবিগীদমক লাকলিবনো?"

লাকলিবা মুপী অসিবু মুন্না যেংলুরগা থোঙডাকপশিং অহু মমীৎ মনা পুম্নলং লংখৎলকলম্মী। মশা পুম্বা হুমানো অনপ্পা কাংলম্মী। লম্বাইগী মশম চপ চপ য়ুংখংলকলম্মী। মতু খ্যাও খ্যাও চুংলম্মী। থক থক নীকলম্মী। হাযবকই "অঙম্বা। মহাক অসি ওইবম্বা য়াই। মাম্নি।—মাম্নি।—মহাকনি।"

তিল্লমলিবা মীপুম খুদিংমক মুপীহুদা অঙকপগুম যেংনবম্মী।

ব্রাযেন মপুনা হংলকই -"হায়মু—হায়মু নহাক কনানো?"

"ঐগী ইমিং থারিকমচা কোই।" মুপীহু মীৎকুপতুমগী মনুংদা অঙকপা শাযোন অমা লৌবকলম্মী। অমুবা শম্বুন লৌথোরকলে। মমাযগী কুবোন মপাক-মপাক শেৎতোবকলে। মীহৌনফম ওইববা থবাক্কী নোযববা শাদুম লংথোবকলে। মীৎনা কুপ্পদা অদুক নহা ওই-বম্বা হেল্লোযহু হম্বুরবী মুপী অমা ওন্থোরকলে। মীপুম খুদিং মীৎ কুপনখিদ্রে। মথা তাবকই—"ঐহাক মফম অসিদা মবাল লৈববা মীবু মতীক চাবা দণ্ডি পীবীনবা, মবাল লৈত্রবশিংবু কনবীনবা চঙজবকলি।"

ব্রাযেন মপু -"কনা কনাবুনো মবাল লৈবিবদি? অহুগা কনা কনা-বুনো মরাল লৈত্রিবনা?"

'কনাগীসু মবাল লৈতে।" মুপীহুনা খুমলকখি—"পুম্নমক অহুগী দণ্ডি ঐনা ফংকম থোকই।" মহাকনা মথা তানা ব্রাবী পুম্বা লীখি। লৈপাকলৈ কনানো হাযবা, চন্দ্রমুখীবু কনানা হাৎপনো হায়বা; রাজ কুমারবু কবম্না কৈগুম শঙদগী করিগীদমক থাদোকখিব্রনো, কমদৌনা থাদোকলিবনো, মহুগীদমক থোঙডাকপশিংবু পঙথহন্নবা হোৎনবদা মমল যাম্নবা হিদাক (ক্লোরোফোমগুম্বা) কবম্না পিরুবগে হায়বা, মাগী

অহল ওইরবা মায়থোঙদা মতৌ কবম্না নহা ওইবগী মচু শঙখিবগে অসিনচিংবা খিবীক মবীক চূম্না লীপোকলমলবা মতুংদা থাবিকমচাম্নু মতোম্মতা মবালনা মপোৎ ফাববা নাগী হকচাং অহু থোববা ছুনি অমা খঙহৌদনা নাকলদগী পুথোবকলগা তিল্লিবা সভাহুগী মমাঙদা থহুং ফিবাক খাযতুনা শিজখি"

অঙকপা, মঙদা থোক্কদবা থোঁদোক বাথোকশিংশিবু ইরায-লায়না মাঙদা মথঙ-মথঙ থোকলববা অসিদা তাইবংপালদা পোকলবিবা মী-ওইবগা মপোক্তি খাইদগী হেন্না হুঙাইরবা মপোকনি হায়না চাউথোক-চবা পোকনবমলিবা লৈপাক্কী অচৌবা ফম্নাইবা পুম্নমক অঙকপনা থেংখবে! মখোযনা পুন্সিবু মমল যাওদনা থল্লিবা করিগীনো? মখোয়না শিববু অদুক তবাই-তবাইনা পাঙথোকপা ঙমখিদ্রবদু কবিগীনো? অমম্বনা কূপ্লবা জগৎ অসিদা কনাবুনো অচূম্বনি হাযনা বাযেনগদবা? জগৎ অসিদা মতম পুম্বদা অৱাবতনা পোল্লোইনবা পুন্সি অমা পীবম-লিবসিবু কবিগীনো? পূম্নমক অসিগী হৌবকফম কদাযদগীনে? পূম্নমক অসিনা তিনখিগদবনা মফম কদাযদনো? ··অস্মূম্না লোইবা নাই-ড্রবা বাহং কযা কয়া মদোম হংবগা লোযননা মফমতুদা তিল্লমলিবা মীপূম খূদিংমক তূমীন-তূমীন লৈনখিবম্মী।

*He cried no cry when they drav' the nails*
*And the blood gushed hot and free—*
*The hounds of the crimson sky gave tongue,*
*But never a cry cried he*
*—Ezra Pound·*

---



পাৰীয়্গ নৈনবীয়্গ

শরৎচন্দ্রগী

# অহেনবা ঙৈ

মতমগী ৱাবীমচা ১৮ যাওববা লাইবিক



থিয়েটরদা শান্নবা য়ানবগীদমক

ফোঙলে ফোঙলে

শরৎচন্দ্রগী

# জাং তিন্নদ্রবী মেহরু

( Based on the novel Mehra')

